# চেক্লা মাদি খঙ[illegible]

রাজকুমারী হেমাবতি দেবী



ANURADHA PUBLICATIONS

"ঐ খুক্তনা লানবনি হায়বদা য়াজবা ঙম্লবদি
অরাবা নিঙমদবা মৈচাক পুম্নমক কোকপা ঙম্মী।
অদুবু ইরাল য়াজবা ঙম্লবা ঐনা নীংশিঙলুবা খুদিংদা
নুংঙাইবা হায়বদুদি ফংলরোই।"

*রাজকুমারী হেমাবতি দেবী*

# "CHEKLA MADI KHANGLAMMI"

*a collection of Short Stories*

***by Rajkumari Hemabati***


অহানবা ফোঙবা ঃ জুলাই, ২০০৫ ইং

কোপী মশিং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

অফোঙবা ঃ অনুরাধা পাব্লিকেশন

মখুম য়েকপা ঃ রনজিৎ খোইস্নাম (এম. এ. ইংলিস, ডি. এফ. এ)

কম্প্যুটর সেত্তিং ঃ সাপম হেরোজিৎ

ফংফম থোকপা ঃ অইবী





মমল ঃ লুপা ৮০/-






লাইরিক ফংফম ঃ অইবীগী য়ুম, কাঙাবম লৈকাই, ইম্ফাল

রাজেশ বুক ষ্টোর, গভর্নর রোড, ইম্ফাল

নম্ফম ঃ এম. কুমার ওফসেট প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল

## ৱাহৈ খরদং

শ্রীমতি রাজকুমারী হেমাবতিগী অহানবা পুথোক্লিবা লাইরিক **‘চেক্লা মাদি খঙলক্ষ্মী’** ৱারীমচা কুনমাথোইখক্কী পূনশিনবনি। অইবীগী অহানবা খুৎথাদা মপূং-মরে ফাবা ৱারীশিং থেংনবদা পুক্লীংদা নুংঙাইবা ফাওই। লাইরিকসিগী মিংথোনমক ওইরিবা ৱারীমচাসি ফজে, পাবদা নুংঙাই। সিম্বোলিক ওইবা মওং অমগী খুৎইনি। অপাবশিংবু ৱাখল খন্থহনবা ৱারীমচানি। মমা ওইবীনা মচাবু নুংশিবা তাইবঙপানসিগী লোনচৎনি। থৱায়পানবা খুদিংমক্তা য়াওবা থম্মোইগী ওইবা মগুন অমনি। অদুবু তাইবং মীওইবদা মীনুংশি হায়বা পোংশকসি ৱাৎলকপা অৱাবগী মশক্লি হায়বদু ৱারীমচাসিনা ফোঙদোক্লি। মীনুংশি খঙদবশিংগী মফমদা অইবীগী নুংনাংলবা থম্মোইগী নাকোয়নবা ৱাকৎনি। **‘ঙাইজবগী অৱাবা’** পাবা লোইশিল্লকপদা হাইফেৎ নোক্লীংবা পোকপা, খন্থরুরগনা থম্মোইদা চৈনা অমা পীবা ঙম্বা ৱারীমচানি। ফজবা ৱারীমচানি । অপাবশিংদসু লাঙতক্লবা অমা পোকহনগনি। পুন্সি খূবাক-খূনমগী মশক্লি হায়বসি ফোঙদোকপা ৱারীমচানি। **‘নিঙোলগী য়ূমফম’**। অইবীনা হায়নীংবা ৱা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। অতৈ ৱারীমচাশিং হায়বদি **‘হিংজনিংবদগী হেনগৎনিংবনা’**, **‘পূর্নিমাগী ঈংলবা থাবলদুদা’**, **‘মতমগী নোংলৈনা’**, **‘অশাংবা থৌরী’**, **‘থম্বালতোম্বীগী মপোক’** হায়বনচিংবশিং অসি ফজবা ঙাক্তনি । অইবীগী মশাগী ৱা অপাবশিংগী থম্মোইদা য়ৌহনবা ঙম্মি। **‘তামোয়াই’** সু পাবদা নুংঙাইবা ৱারীমচা অমনি। ফজবা, অর্থ লৈবা ৱারী পিকত্র অমসু থেংনৈ - **‘ৱাহংদুগী পাউখুম’**।

হেমাবতিগী ৱারীমচাশিং হৌজিক্কী সমাজ অসিগী অমদি পুন্সিগী মশক খরা মচেৎ-মচেৎ ওইনা উৎপনি। নুপীগী ওইবা মিৎয়েং অমসুং ৱাফম কয়া অমসু ৱারীমচাশিং অসিদা য়াওরি।

অইবী হেমাবতি ৱারীমচাগী প্লোট শাগৎপা হৈ। মখন-মথেনগী খুৎলাম্থোক্তা ৱারীশিংগী খোঙজেন তপথহনবা তৌদনা পোলোই তম্না ৱারীগী

ঈচেন পুথবা ঙম্মি। কেরেক্তরাইজেশন মওং তাই। ব্রাহে-ব্রাতা মরিক চৃম্মি। মতাং চানা প্রমান-পান্থে শীজিন্নবনা লোনগী শক্তি য়াম্না মতীং লৈহনবা ঙম্মি। অমেঙবা, থোৎ-নৌবা লোন্দা শীজিন্নে। ব্রাহে-ব্রাতা অমদি ব্রাঙাঙ অর্থ লৈনা ফোঙদোক্তুনা ব্রারীমচাগী ব্রারীদা মতীং নীংথিনা হাপ্পা ঙম্মি। অয়াম্বা ব্রারীমচাশিংগী পোলোইসু ফজে। অইবীগী খুৎইগী হৈ-শিংবগী মশক উবা ফংঙি।

মণিপুরগী সাহিত্যগী লৈকোন্দা অইবীবু তবাম্না ওকপগা লোয়ননা মতুং তানা ব্রাবীমচা কয়া ইরক্তুনা মণিপুরী ব্রারীমচাগী পুক্কে চোলহনবদা অঙম্বা থৌদাং লৌরকখিগনি হায়বগী থাজবা থম্লি।

আই এস কাঙ্জম

শগোলশেন
তাং ১৯/৫/২০০৫

( আই এস কাঙ্জম )

# ৱারোল থর

ইশামক্তী অইবা অমা নত্তে। মখল মথেনগী ৱারী-শিংবুনশিংদি পামজে। মদুমক উবিরম্বনা ওইরম্বা য়াই শ্রীমতি রাজকুমারী হেমাবতি দেবীনা মাগী ৱারীমচাশিং খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা পানবা তাঞ্জা পিবিরকখিবা।

থেংনরুবা, উরুবা, তারুবা থৌদোক-ৱাথোকশিংদা য়ুমফম ওইবা ৱারীমচা ২১ পারুবদা লাইরিক অমা ওইনা ফোঙলবদি মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈচল অমদি ওইগনি হায়না অইবী শ্রীমতি রাজকুমারী হেমাবতি দেবীদা থাজবা পিজখিবনি। ঙসি ঙসিমক য়ুমথোঙ কয়া, মীওই কয়ানা হকথেঙনরিবা, খঙবসু ইখঙ-খঙনবগুম তৌবা, ফোংদোকপদি লম ইয়ৌ য়ৌবা ঙমদবা শক্তোল কয়া অপাবা-অপাবিশিংগী থম্মোয়দা দঙ-দঙ পালহনবা ঙম্বা, অতেনবা, অচম্বা ৱাহে কয়া শিজিন্নদুনা অইবীনা থম্মোয়দা শাগৎচবা ৱারীমচাশিং মীয়ামগা শরুক য়ামিন্নবদা অনৌবা মহাও অমা পিবা ঙমগনি থাজে।

ৱারীমচা পুন্নমক ফিদম অমখক্তীদমক ওইনা তৌদে। তোঙান-তোঙানবা পান্দমশিং ফিদম্লীংঙাই ওইনা পুথোক্লী। ঈশ্বরগী খুৎশেমদা মীওইবনা খ্বাইদগী থাক-ৱাংবা জিবনি হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা গুন পুন্নমক চেল্লবা মীওইবনা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা জিব অতৈশিংগী শক্তম, "**চেক্লা মাদি খঙলম্মী**" গী লোইশিল্লকপদা চেকলাগী পান্দমদা অইবীগী থম্মোয়দগী ঈথক হৌনা থোরকখিবা ৱাহে "... মথানুংদগী মচাবু শেৎতুনা পুত্রবদা পুন্সিবু করিসু লৈতনা লাম্ছেংনবা ...?" অমুকসু তেংথাখি "... অৱাবা উরগা ৱাদবা ঙম্বা থম্মোয়দি, নুংঙাইবা উরগা নোক্তবসু ঙমগদরা ... ?"

"**পূর্নিমাগী ঈংলবা থাবলদুদা**" হায়বা ৱারীমচাদা ফোঙদোক্লিবসি অহল ওইশিল্লকপগী শক্তোলনি। মচা-মমৌশিংগী মফমদা থল্লম্বা আশাগী ওন্ন-তৈনবদা থোরকপা শক্তমদুনি। ওইবা য়াই চহিগী ফাক। ৱাখলগী ফাক অমগী চেকশিন থৌরাংনা পোকহনবা য়াই অতোপ্পদা চৈনাখোল, পেম্থোকপগী

মতুংদা মদুম্বক ফোংদোরি অসুম্না "শাওনু শাওনু ইমাগী ফনবা ভাক্তনিকো নচানা হাৎরিবসে" মমৌনুপীগী লোন্তক ভাগুবা ব্রাহে "ঐখোয় লৈশাবী কেনিংবিগে, লাক্লা ব্রাত্রে, চহি মতাওসিদা"।

পন্দবা ঙমদবা থৌওং অমদি "**নিঙোলগী য়ুমফম**" মিংথোনবা ব্রারীমচাদা য়াইফকোলদা চাওরকপী মেমী কৌবী চনু-নিঙোলদুনা পামজবা মাগী মকাদা রাহ্থুংলুবদগী ওইরকখিবা নোংদমখোল অদুনি। নিঙোলবু চেনবগীদমক ইহ্লোকপা, পিবাগীদা মীগী মচা চেল্লক্লবনিনা হায়জ-নোনজদুনা লুহোংনবা হোংনবা কদায়দনো খেন্নবা অমদি লৈবগী মওং নিংথিনা খঙহনবা ঙম্বগী মতৌদুনি।

মতমগী অকনবা শাফুলক্তা, অওনবা কয়া লৈদুনসু ইরৈপাক-ইজাতিগী ফিজেৎ-লৈতেং তুংওইনরকপগী থৌওং পামজদবগী মতৌ "**ওন্নব্রবা নাওশুম ঈশৈ**" অমদি "**নোংথাংনা কুপ্লকপদা**" হায়বা ব্রারীমচাশিংদা উৎলি। হিংনবগী লানফমদা শিন্থা অমা নৎত্রগা অমা পায়দুনা অব্রা-অনা, অইঙ-অসা খঙদনা শু-নোম্লিবা মীওই পুম্নমকপু ব্যবহার তৌহন্নিংবগী অপাম্বা অমরোমদনা মান্নবা কাঙলুপ পুল্লুবদা মীনা মীবু ইকায় খুম্নগনি হায়বা ফাওবা খন্দবা, মমা-মন্দোন, মচে-মচল থৌওইদবা মানবা শক্তম- "**খোইমুগী মগুণ**" হায়বা ব্রারীমচাদা শিংথারি।

অসুম্না সমাজগী থৌদোক-ব্রাথোক্তা য়ুমফম ওইবা শ্রীমতি হেমাবতি দেবীগী অহানবা ব্রারীমচাগী লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলগী লৈচল অমদি ওইগনি নিঙই। অসিগুম্বা ফিদমনিংঙাই ওইবা সাহিত্যগী খুদোল কয়া পুথোরক্কনি হায়বগী থাজবা অইবীগী মফমদা থমলি।

শ্রী ওইনাম বীরেন সিংহ

ইম্ফাল
তাং ০৪/০৪/০৫

(**শ্রীওইনাম বীরেন সিংহ**)
**ডাইরেক্টর,**
**ডাইরেক্টোরেট ওফ ইকোনোমিক্স এন্দ স্টেটিস্টিক্স**

## অইবীগী ৱারোল

ঐগী ৱারীমচা অয়াম্বনা পেন্দবগী ৱাকৎনি। অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবা, অরানবনা অচুম্ববু লাকশিল্লকপা, ওইজবা থিবদা অশেঙবা শক্তম মুৎশিল্লকপা, চৎনবীনা নুপীবু নমথবীবা খঙনা-খঙনা, উনা-উনা চেনজবতা থংলবা, থৌনা মাঙখ্রবশিংনা চেনফম লম্বী লোইরবা, অরোয়বা পলসিদা ঙাক্তুনা অমুক্তংদি মায়য়োক্লরমশি হিংবগী হক।

কবম্বা শানা, কবম্বা উচেক্লা মশাগী খোঞ্জেলবু ফজদে হায়দুনা খোংদবা য়াওবগে'? থীমল্লি হায়দুনা য়োংনবু লোৎতুনা লৈববা'? লৈবীদ্রে হায়দুনা লুকমায়দগী ঙানা ইকায়দুনা ফীরুক খুমখিবরা'? মদু ওইরমাল্লে ঐগী নিঙতম্বা।

চীন্না ঙাঙলিদৌর্দদি লমপাক্তা, লৈপুঙদা ওইরম্মী। কলম পায়রকপদদি সাহিত্যগী লৈকোল ওইরম্মী। ইমিৎসিনদি চিংশিল্লি লৈকোলসিদা ৱাখলনসু য়ৌখ্রে লৈ মরক্তুদা ইখোঙ থাংবদি ঙমজদ্রি মসিনি ঐগী সাহিত্যগী খোঙচৎ।

নৌরিবা লৈয়েংদুনা ঙাঙবদা শোয়বদি নুংশিবনা য়োম্মী। মপুঙ মরৈ ফারবনা শোয়বদি মীমান্নদবা ওইহল্লি। চারা হুনফমদগী মহৌ মকা ফবা পাম্বী পুম্বা কাঙখুলদা লিংথোক্তুনা মপুঙ মরৈ ফাখ্রে, মীগী মিৎয়েঙ পেন্নখ্রে। নোংমতদা হৌমিন্নখ্রবসু চারা হুনফমদুদা চাওজন থীদুনা লৈহৌববা পাম্বী অমখক্লা ঙসিতা কাঙখুল য়ৌরক্তুনা অনৌবা তাঙ্কক্কী অকনবা তেংপাক্তা ঙাদুনা পুম্নমক্কী মিনুংশি ঙাকপী শেনবীবা মিৎয়েঙ ঙাইজরি।

ঐগী ৱারীমচাশিং অসিবু লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্তবা সুকয়া য়ারোই হাযদুনা অকনবা থৌনা পীবিখিবা ঐগী ইথকথোংবশিং, মরুপ মপাংশিং, ইখা থাবশিংগী মফমদা ঙমখৈ লৈতনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল **( শ্রীমতি রাজকুমারী হেমাবতি দেবী )**

তাং ০৩/০৬/০৫

## য়াওফম তাকপা

# চেক্লা মাদি খঙলম্মী

মনিঙগী ব্রাপলদগী থোরক্লগা মচিঞ্জাক হেক হেক চারম্বদু মী লাকপগী শহুম্নু হায়ফেৎতং ফংলবদি ফৎ হেক্তা চেনশিনখি। ঐনদি মাবু খিত্তং কুইনা য়েংজনিংই অদুবু হায়ফেৎ-হায়ফেৎতং উহৌবসি নত্তনা অমুক্তা পেন্না য়েংজবা ফংদে ওন্থোক্লা কিগনখ্রে। নুমিদাংব্রাইরমদদি ব্রাপল মনুঙদগী হৌনা হৌনা খোংলকই। মখোয়গী মখোলশিংদু তাবদা ঐখোয়গী ব্রাপলসি উরেংকোন্থৌ য়াম্না লৈরে হায়বদি খঙই, অদুবু ঐনা য়েংনিংবা মখোয়গী ফজরবা মশক মচু অদুদি নীংথিনা অমুক্তা উবা ফংদে।

মতমদু ঐ ক্লাস সেবন তম্লী। ঐগী হেক য়ুমথংননা ঐগা ক্লাস অমত্তদা তম্মিনবী সুনিতিবালাগী য়ুম লৈ। মাদি ক্লাসকী মকোক তাবদা নত্তনা মতমবুসু য়াম্না কুপ্না শীজিন্নে। স্কুল কাবা কুম্বদা মহাক্কা লোয়নববা ইমানা তত্তনা শেন্নে। ঐনা শান্নবা হৌবা চৎলুবদা মানা লাইরিক পারম্বদগী ঐসু য়ুমদা প্রপ প্রপ হল্লক্লগা লাইরিক হেক হেক পাখিবদু ইমানসু খঙই। অদুননি ইমানা ঐবু মাগা তিন্নহন্নিংলিবা। ঐসু খঙই, লাইরিক ফবা ইমান্নবী তিন্নবা য়াম্না কান্নবা লৈ।

অদুবু মরক্তুদা ঐনা স্কুল কাবদা ময়ামদগী খরা হেন্না ঙনখৎনা কানিংবগী খাঙঙমদবা অমা তত্তনা ফাওরকখি। মরমদি, পঙলাপ লাপ্তনা লৈরিবা স্কুলদু চৎপগী লম্বীদা, অচৌবা ইখোল অনি শম্নমা অশুকপা অকুঙবা ব্রাপল অমা লৈ। মদুদসু উরেংকোন্থৌ লৈ। ঐনা স্কুল কারকপদা উরেংকোন্থৌ অমখক হেক হেক থোরক্তুনা চাক্তারম্বা ইতৎ তত্তনা থেংনৈ। ঐখোয় খরা লাকপগী মীনিল হেক ফংবগা, চেনসিন্দুনা হেক্তা লোৎখি। ঐনা ব্রাপলদু নক্লা চঙশিন্দুনা য়েংবদা হায়ফেৎতং উবা নুমিৎসু য়াওই, উদবনদি অয়াম্বনি। সুনিতিদি ঐনা মদুদা ঙাইহাক মতম মাঙহনবদু শাওই। ঙাইরমদে অদুম চৎখি। ঐনা তান্নদুনা চেনখৎলগা অমুক চৎমিন্নে। পুং ১০ দা হৌগদবা ক্লাসতু ঐনা পুং ৯ দগী

থোরক্লগা ৯:৩০ ফাওবা ঙাইরগা সুনিতিগা স্কুল কামিন্নে। ঐনা উরেংকোষ্ণৌ য়েংনবা ঙনবনি, মাদি ঐনা ঙন্না হৌবা লাকপগী ঙনবনি। স্কুল হেক য়ৌবগা মাদি এসেমব্লী ঙাইবা ওইনা লাইরিক কন্না পাদুনা লৈ। ঐসু পাদবা য়াদবদৌনা পাই।

নোংমদি সুনিতিনা, মাদি পুং তরা তাগদবা মিনিট মঙা ৱাৎলিঙৈদা চৎপনা চপ চায়, য়ুমদা লাইরিক পাবনা ফৈ, হয়েংমখৈদি ইতোম ইতোমতা চৎনরসি হায়রক্নে।

অমরোমদা ঐঙোন্দদি য়াম্না নুংঙাইজরে। নুংতিগী স্কুল কানরকপা মী য়ামদ্রিঙৈ চিক্তক তৌরিঙৈদুদা ঐসু তুমিন-তুমিননা অচিকপা ৱাপলদুদা চঙশিন্দুনা য়েংই। মাসু মমিং তরু তরু ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরম্বসু য়াওই। কুইদে হেক্তো লোৎখি। পুক্লিংদা খল্লি লোৎপফাওদি ওখাক কল্লি। করিগীনো মানা অসুক য়াম্না লোৎনিংঙিসিবো। ফজ ফজবা উচেক কয়ানা অৱাঙবা উশাদা তোংবদু মাদি তোংনিংদবাজাৎলা, মালেমগী ফজবসিবু কোয়না য়েংদুনা ঙাইহাকসু লৈনিংদবরা ? মৌ অনৌবী য়েংবা চৎপদা অনৌবীদুনা ঐখোয়বু চাগদৌবমখৈ য়েংলকপগুম, ঐখোয়সু মাবু পেন্না য়েংজনিদনা।

নোংমদি মা, ঐ লাকই হায়বা খঙদ্রমালে, ৱাপলদগী পুরা থোরক্লগা থৱায় য়াওনা মচিঞ্জাক খুনলম্মী। নহালমখৈ উবগা খেন্নবগুম তৌই। নহালমখৈদি মশাদু তোংগানৈ, ঙসিদি মচু শেংনা মুরবা মনঙ্গল, ময়েক শেংনা ঙৌরবা মথাদু নোয় নোয় লাওরদুনা লেংঙম শাঙমদবা মতৌদু য়েংবগী পেনবা নাইখিদ্রে। তুমিন্না ঐনা চেপথ-চেপথ তোমাল পান্বীগী মরুমদা লেপ্লগা লোন্না য়েংজবদু মাগীসু লোন্না শেন্নজবা মপাং অমনা উরবরা খঙদে "কুক-কুক" পাখৎলপ খোংখি। মাসু তপলপ চেনশিনখি। মহৌশাগা মান্নদে ইনোয় নোয়বা মশাদু ইরুম লুম্মী।

ফনা কুইরে মাগী মশক উবা ফংখিদবা, মৱা মখোলসু তাখিদ্রে। স্কুল কাবা কুম্বদা নোংমতা উবা ফংখিদ্রে। স্কুল মতম য়ৌদ্রিঙৈদা ইমানা চাক

লোইদ্রিবঁগে, তুমিন্না চেন্দুনা য়েংঙুবসু য়াওই, উদে। অতোপ্পা মফমদা চৎখ্রবরা, লৈফম হোংখ্রবরা ঐবুসু কিজরবাজাৎলা, ঐ করিমত্তা খঙদে। শিরন্নদ্রা খল্লুবদা নুংঙাইতবা ফাওই, মাবু করম তৌগ্রবনো খঙনিংবনা লাংতক্লখি।

সুম উখিদবদগী ঐ মাবু কাওরক্লে। হায়ফেৎ য়েংলুবা নত্তনা, ঐগী খৌরাংবা মিৎয়েংনা মাবু উনিংনা য়েংঙুদরে। নীংশিঙলুদবনা মশিং য়ামলক্লে।

নোংমা ইথা থাজদনা ঐনা স্কুল কারকপদা মানা হেক হেক লৈরম্বা মপাদুদগী চেস্থোরক্লগা ঐগী খোঙ ময়াদা লেপলৈ। ঐ পুমঙক ঙকই। মচিন্দা "কুক কুক কুক" তোইনা খোংই। ব্রাপললোমদা খিত্তং অমুক চৎলি অমুক হন্দোরকই ঐগী ইনাক্তা অমুক চঙশিল্লকই। থাজদ্রবা মতৌদুদা ঐনা অমুক মাগী মনাক নক্লা চঙশিল্লি মহাক চেন্দে। ঐনা তৌফম খঙদ্রদুনা ব্রাপলদা নক্লা চঙশিল্লি, মাসু ঐগী ইনাক্তগী ইহেন হেন্দোক্তনা অদুমক লৈ। ঐনা খজিক্তং হেন্না চঙশিন্দুনা পাকথরগা, ব্রাপলদুদা মুন্না য়েংশিল্লুবদা, ঐ খংপ্রেক খংই। নোই নোই লাওরবা চাওরবা হৌদোং অনিখক্লা অমনা মকোন্দু নৈখাইদুনা উরেংকোস্থৌমচা অনিখক নমদুনা ময়ানা চীক্তুনা ফারম্মী। অমনা মচা কন্নবা চঙশিল্লুবা লাবদু ওইরমাল্লে লুসমদা লাক্তুনা লৈরম্মী। পীশক পীক্লিবা মচা অনিখকসু ইচাই চাইনা তিংঙক-তিংঙক লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐ ভাব তারকই, মহাক্কী মচাশিংবু কনবীনবা ঐঙোন্দা চঙজরকপনি।

মচাশিংদু কনবীনিংবগী ব্রাখলনা ঐহাক লৈতাফম খঙলক্ত্রে। কৈদৌসিগে হায়বা ব্রাখলদা হৌদোংদু তম্না চঙশিল্লি। ঐবু উবদা মরাল লৈরবা মীশক্লম, হুরান মিৎয়েংগা লোয়ননা চেলহৌনবা তাঞ্জা ফংদ্রিবঁদা ঐনা অপনবা পীরুবগুম ময়া ময়ানা চীক্লিবা থব্রায়শিংদুদা হেন্না কন্না চীকশিল্লদুনা সুরুপ থীনা ঙংদুনা ঐঙোন্দা শংত্রিক শংত্রিক য়েংলকই। ঐ তৌফম খঙদ্রদুনা কনাগী মতেং লৌশিগে খন্দুনা মাই লৈথোক্তুনা য়েংলকপদা, দাদামনি মখোয় মাঙ্গোলদা লৈবদু উই। ঐনা পাখৎনা কৌই। "দাদামনি, য়াম্না থুনা চেল্লকও উরেংকোস্থৌসে অমুক্তা কনবীসে" ঐগী পাখৎপা খোল্লাওদুদা দাদামনি জ্ঞান মেন তাদনা চেস্থোরকই। মাসু "কৈনো" ঐসু "উরেংকোস্থৌনে" মখা তাবা নংদ্রিবঁগে "ঙাইখো" হায়রন্নগা থুনা য়াঙনা ইমুংদা চেনশিনখি। প্রপ প্রপ চেস্থোরক্লগা ঐনা করিমতা হায়বা নংদ্রিবঁগে, তঙক তঙক লেপ্লীবা উরেংকোস্থৌদুদা, নাওরিগী

মরীদু লৈজবী থাদুনা চিংলগা ফদ্রৎ লাওনা কাপখি। খুদক্তা পুনৱ্রে তুখি। মমিৎ তপ্না উইশিনখি। য়েংনিংদ্রবা সংসারসিদা হিংহৌরিবা মচা অনিদু ফাওবা য়েংলমদ্রে। খঙহৌদনা ঐগী মিৎতা পিনা পিক থল্লকখি। অরুম্বা লাইরিকখাওদু থল্লগা ঐনা, অহিকপা খোঞ্জেল মচা অমত্তংগা লোয়ননা চৈ মচা অমা পায়খৎপদু উরমাল্লে ময়াদা চীক্লিবশিংদু পুদুনা হৌদোং অনিদু মমাঙলোমদা লিৎথোক্লুনা চেনখ্রে। দাদামনিনা অঙাং ময়াম কৌরদুনা কোইরাং লাংহৌই। মচা অনিদুনা তুমিন্না মতু ইপোন পোন্না ৱারক্তা লেপ্তুনা লৈহৌই। মখোয় কয়াম কুইনা হিংগনি, কনানা শেন্নবীনি, শোয়দনা শিবনি।

ঐনা স্কুল য়ৌবদা ফাষ্ট পেরিয়ডকী ওজা চঙলম্লে। এসেমব্লী নংদবগী ফাল মথক্তা লেপহনখি। অদুবু ঐ ইকায়বা, অৱাবা ফাওখিদে।

য়েক্লববু কিজবনা লোৎনবতা হোৎনজবনা মপুন্সি ওইরবা মপোকতুনা মথানুংদগী মচাবু শেৎতুনা পুখ্রবদা পুন্সিবু করিসু লৈতনা লাম্থেংনবা হায়বদুরা মানা নাচুংদনা থোরকখিবা? নৎত্রগা অৱাবগী ঙমখৈ য়ৌরবা উপায় লৈরক্লবা মতমদুদা, মীওইবা মরকশিদা মিনুংশি চাওবা কনা য়াওবমগদ্রা খন্দুনা কনবিনবা চঙজরকখিবরা? ঐগী মিৎতগী পি খাম্বা য়াদনা তাবকখি। ইমান্নবীশিংনা ঐবু থেঙবগী দন্দি ফংবদুদা ইকায়দুনা কপ্লিমানে খন্নখি। ঐগী থম্মোয়নুংগী অৱাবা ৱারীসিদি মখোযনা খঙখিদ্রে।

নুংশি হৈতবনা থল্লবা তাইবংপানসিদা নুংশিবগী মফম থম্লবদি থম্মোয় কায়নিংঙাইতা ওইদুনা তোক্লগদ্রা ? অৱাবা উরগা ৱাদবা ঙম্বা থম্মোয়দি নুংঙাইবা উরগা নোক্তবসু ঙমগদরা ? হায়হৎপা, সুদৎপা, লাকহৎপা ঙম্বা মখোয়দি হৌনা হৌনা নোক্লি। মিনুংশি লৈতবনা, উপাই লৈজদ্রবা শোল্লবা পুন্সি কয়াদি, ফজবা, চাওখৎপা, অফ-নুংঙাই ফংদনা শিবা ঙাইদুনা কনা উদনা লোম্না তুমিন্না হিংবা তারবরা ? মীওইবগা শাগা মিনুংশি লৈতবা চপ মান্নরে হায়বসি চেক্লা মাদি খঙলম্মী।

থৌদোক্লুদতা ময়েক শেংনা খঙলকখি ফজবী চঙখোনবী মহাক্লা লোৎতুনতা লৈবগী মরম।

---

# ঙাইজবগী অব্রাবা

লাইবক্তা তল্লম্বা হায়গদ্রা বিধিগী নোংদমনি হায়গদ্রা, লতা লোন্নবীগী অতোম্বী হায়বদু ওইরে। এম. এ. লোইরে। সরকারগী থবক মচা অমসু মতৌজরবনি। পুন্সিদা অমুক হন্না য়ুম পাল্লরোই খন্দুনা শাংলবা মতম কয়াসি কনামত্তগী মব্রা-মপাও তাও হায়বা য়ারকত্রবনি। নুংশিবনা খোংগাওনবীরল্লবা, থাজবনা নৈহৎপিরল্লবা পুন্সিদা, নুপা হায়বা জাৎতু অমুক হন্না য়েংখ্ররোই হায়বসিনা মাগী অরেপ্পা ব্রাখল ওইরকপনি।

অদুগীসু মথক্তা চেল্লুরবীনি, লৈখা তারবীনি। মাবু করম্বা মমা মপানা মচা-মমৌনি হায়দুনা পুশিল্লকপদা হরাওনা কোনশিনবিগনি। মীওইবা, অচুম্বা নুংশিবখক্তনা শেম্বা মপোক নত্তে। অচেঙবা তাঞ্জা য়েং- য়েংদুনা হৌখ্রবা দাগফমদুনা অরিবা মরু ওইদুনা অনৌবা চৈনা কয়াগী ময়োল চোংফম ওইরক্কনি। মসিনা পুন্সিবু হেন্না-হেন্না মহাও য়াওহল্লক্লোই হায়বসিনি মাগী থাদোকপা ঙমদবা ব্রাখল। চমজরবা পাখঙ অমগী পুন্সিবু চেল্লুরবী অমা লৌরুবগীদমক তুংগী শাংলবা পুন্সিদা, ঙসিগী চৎনবী সমাজনা ধর্ম্ম-কর্ম্ম অফ-নুংঙাই তানখৎলকপা থৌদোক কয়াদা মবুঙনি-মৌপ্পানি, খুড়ানি-মাম্মনি হায়জরবসু মঙ্গল-আশির্বাদ পীবদা মাঙজিল থাবা য়াহল্লক্লোই। মহাকখক্তা মাঙজবা নত্তনা মীশক অমবুসু চিংথবা অচুম্বা লম্বী নত্তে তত্তনা লেপ্পি।

পুন্সিগী ইনখৎলকপা মতমদা ইনাক-কৈরাক খুনবা থাক ব্রাংবা ইমুংদা হৌরকপা রতনগা থেংনরুবদগী নুংশিবগী অকনবা লিপূন্না মাগী থম্মোয়বু পুনখি। রতননা মেডিকেল এনত্রান্সতা খল্লকপদগী লতাবু ময়ুমদা লুহোংদুনা থমলল্লগা, ডাক্তর তম্বা চৎকনি হায়দুনা ঙ্গুং-ঙ্গুং ঙংই। লতানা হায়জবা থেমজবা অমতা তাবিদনা নমদুনা খুদোংচাবা অমদগী লতাবু চেনবিখিবনি। মতম চাদবা অমদি থাক খেন্নবনা, লতানা মতম পুম্নমক্তা অরানবা তারক্কনি হায়জরবসু

মানা নুপানি পুন্নমক মায়য়োক্লগনি হায়দুনা থৌনা ফনা লেপখি। থম্মোয় কায়রবা রতনগী মমা-মপানা লুহোংবীনি হায়দুনা থেল্লগা ময়ুমদা থিন্দোকপিখি। মরক্তুদা কোয়চেন চেন্নদুনা রতনবু নুমিৎ ৫/৬ নিগী মনুংদা নমদুনা মপান্দা থাদোকখিবনি। উপাই লৈত্রবী লতা মরাল পুন্নমক মাতগী ওইদুনা নাইতোম তানা কপ্পা কপ্পা খাঙলকখিবনি। নোংমদি শোয়দনা রতননা মাবু লৌশিনবীখিগনি খন্না মাগী আশাদা হিংলকখিবনি। অদুবু রতননা ডাক্তর তম্বা হেক লোইবা চহিদুদা মমা-মপানা হায়ন শীংনদুনা জর্জ সাহেব অমগী মচানুপীগা লুহোংখি। লতা কপ্পতনা মসিন ওইজখি। কনাদসু ব্রাকৎপা ঙমজখিদে, লাইরবগী মিচং লৈখিদে। নুপা হায়বা জাৎসিবু থম্মোয়দা তাথিবগুম খনখি।

অদুবু অরোইবা লৈতবা নুংশিবগী মরমচৎ, থম্মোয় অমগী নিংঙাইদা থম্মোয় অমনা খাঙবা ঙল্লক্তবা মিৎকুপ্তা, অচুম অরান চঙদবা নুংশিবনা লাঙ্গোই চনখিদুনা হেমন্তগী অতোম্বী ওইখিবনি ।

ইমুং-মনুংনসু, মরি-মতানসু, লৈকাইনসু অতোম্বীবু কনানা নুংশিবীনি। হেমন্তগী নুংশিবা নত্তনা কনামতগী মিনুংশি ফংদনা ব্রানা খাংলকই। ইমুংগী মীপুম খুদিংমক অহলগী মিচংদা লৈখিবনা, হেমন্তগা নুমিৎ কয়ামা উনদনা, চঙনদনা লেনখিবসু য়াওই। পুন্নমক মাগী মরালনি খনজদুনা তুমিন্না খাঙজখিবা কয়ানি। মশিং খঙদ্রবা চৈনা, ফোংদোকফম খঙদ্রবা পেনজদ্রবা মিকুপ কয়া খাঙলক্লবা মতুংদা, লতাগী অনিশুবা মচাদুনা চহি অনি ফারকপা অদুব্রাইদদি লৈখাই অমা তান্নরে। কোম্থোং পুল্লবসু য়ুমদি অনি লৈরিবা ইশ্মোলদুদা হেমন্তনা, নুপী অহল অমদি মচা মরিগী মনাক্তা নুমিৎ ১০ নি লৈবা, অতোম্বী অমদি মচা অনিগী মনাক্তা নুমিৎ ১০নি লৈবা। মীওইবা মপোক্কীনা অব্রাবা শঙবায় নুংঙাইবা লাইতং, অতোম্বী ওইরুবগীনা থুংনবা মচেৎ কায়নবা তংখাই। কমদৌনি অরোইবা পন্থুংদি অমত্তনি খন্দুনা য়ৌনবা ফাওবদি খেন্নরবসু লম্বীসিদদি চৎপা তাবনি।

মিৎকুপ অমা পোখাবা হৈজদবী লতানি। ওফিস মতম নত্তবা অশং-অশংবা তাঞ্জাদা ইয়োংফি পান্দুনা শাই। নুমিদাংদা ফি মপান লোল্লি। ইঞ্জাং-নাপি, মনা মশিং ঙল্লীবমখৈ লৈদনবা ইঙ্খোল নিংথিনা কোই। চাবদগী হেন্দোক্তুনা লৈকাইদসু য়েল্লি। ময়াম্না শোন্নে, নুপী থোকই মরম ওকই, অতোম্বী ওইদুনা হেক মাঙই। ইমুং পুবদা হেমন্তগী মতেং মানা তংখাই অমা পুই। মমান্নবীশিংনা ফাগী তৌই, “নঙনা অতোম্বী ওইবসিদি নরল থাংদোক্লগা ওইবনি মীগীদি অতোম্বীনা চুপথোকই হায়নৈ।” মানা নোকথোকই, “মীগী মরল চাও তমদ তৌরিনি।”

লতা, ঙসিদি ওফিস কুম্লকপদা লং হারৈ অনিদং লৈখিদবা য়াদে খন্দুনা কৈথেল চঙলুই। থোরকপদা লম্বীগী মতাই অমদা ঙায়োম্বী নুপী অমনা ঙাকচ্রৌ য়োল্লম্বদু হেক উরুরে। ওন্থোক্লা ফজখ্রে মাগী ঙাকচ্রৌদু, খুদোন-খুদোম্বীমুক চাওরদনা ফ্রং-ফ্রং চোংই। ঙাকচ্রৌদদি শবী ফারবা হায়বদুনি। লতাদি ঙাকচ্রৌ চাবদি লাইরদনা য়েংবফাওবা কিগুম তুকৎচগুম য়াম্না হৈনজদবনি। হেমন্তদি ঙাকচ্রৌ হায়খ্রদি লোইরে পামজবনা। কুইরে মতাঙ চানদবনরা ঙাকচ্রৌ থেংনদবা। ঙসিদি ফনা তান চারে খন্দুনা ঙায়োনবীদুদা চেকশিন্না য়োমশিনহল্লদুনা লৈরক্লে। ঙরাংসু ইঞ্জাংদু নাতৈ অমা ইচা চাখিদবগা, ঙসাই অয়ুকসু ঙন্তানা থবক চিল্লি হায়দুনা চাক চাখিদবনে ইনুং নুংঙাইজদ্রবনি।

নুমিদাংদু মচা অনিগী পিজনবা তোঙান্না শেম শারগা পিজদুনা তুমহনখ্রে। হেমন্তনা পামজবী মওংদা, নাপাকপি, শিং, হৈরিবোপ, ফদিগোম থাক্তুনা তেঙ্গোৎ অমত্তং থোক্লবা চিরি-চিরি তনান্না থোংলে। উমোরোক মনম তাজবদা, চাকতোকপদা ঙাইরিঙৈদা অমুকসু লাম্মী হায়জবা হেমন্তনি। চকহৱাইগা থাংজিংগদু, উমোরোক থাক্তুনা তেঙ্গোৎ মচা অমসু লোনবোই মেৎপোই তৌবিরে, মরোই মপাং সুনা শেমলে। হেমন্তনা হাওনা হৱাওনা চাজগদবদু মমিৎতা উই। নুংতিগী চাকহাপতগী খরাসু হেন্না হাপ্পী। চাক লৈত্রবরা হংঙক্লবসু হায়দুনা চফুদা খরাসু থাকই।

হেমন্তবু ঙাইনা-ঙাইনা লোইশিনবা য়াবা থবক-ইনখাং পুম্নমক লোইশিল্লে। ইমুং ফাওবা ৱাই শিং নান্না তৈথোক্লে। মনম নুংশিবা ধুপ অমসু থানিংঙকপা ফাওদুনা থাদোকই। ফমুংদা ঙাইহাক হিপথৈ, খল্লি - ঙরাংদি পুং ৫ দবু হল্লকপনি। নোংমতা থেঙনা হজিন্দবনি। থেঙলবদা পুং ৬/৭ তগী থেঙথবা অমুক্তা য়াওদবনি। খন্না-খন্না পুং ৯ তাশিল্লকই, ঙাইনা-ঙাইনা পুং ১০ তাশিনখি। নুমিদাংগী অচিকপদা পুক্লিংনা নিংকোক নিংকোক্লরিঙৈ পুং ১১ তারমলে। কৈদৌরবা জাৎনো, করি খুদোংথিবা থোক্লবনো মওল-মওল খল্লকই। লম্বীদা তুশিন্দুনা জ্ঞান মাংদুনা তাদুনা লৈরবসু, থেঙলবনিনা কনামত্তা উবীদদুনা অদুম লৈরম্লবদি কমদৌবা। নিংথেমচামযুমগী স্নায়াইমদু হল্লক্তে হল্লক্তে হায়দনা চেন্নরুরগা খোংবানদগী শিনা ফংখিবদু ঙসি মরিনিতা মঙাইরি। মখারোমগী ডাক্তর তোম্বীসু ৱাকিং চৎখ্রগা লেকথরকই হায়দুনা ময়াম চঙদুনা ফুরিৎখাওদা য়াওরম্বা এদ্রেশ য়েংদুনা ময়ুমদা থিল্লকপদু নুমিৎ হুম্নিমুক লাইকন্নরম্লগা ঙরাং নুমিদাং লৈখিদবনি। লতা তৌফম খঙলক্তে। স্বর চনিঙ তাদে লময়াইদা হঙ্গৎ -হন্দা কয়াম তোইনা চৎখ্রবনো খঙহৌদে, কল্লাক চোকপদা নত্তনা নিকপা অমা য়াওরকই, লেপ্পা ঙম্লক্তে। ফমুংদা তপ্পা হিপথরকই ।

তুবা তাবরোমদা খল্লম্বদু খংতোক তোকথোক্লগা, খংচিং চিংনরকতুনা লোংনা ফুক হৌগৎলি। কেলেন্দরদা চেনশিন্দুনা য়েংলুই। শোয়দনা ওইরমতোক্লরনি, মিহুল দং-দং চোংই।

লতা নোকপনা চুম্মী খল্লমালে, মমিৎতা পিগী ইরা চেন্না নোকথোরকই। ঙসিদগী অহলগীদা লৈবা পাল্লি তারম্মী।

---

# শম্বলসিনি পুন্সিগী মরুপ

রাধারানী মচানুপী ঙাক্তা মঙা শুরে। মশাগী চহি তরা তরুক্তা ঙায়রিঙৈদা চন্দ্রকুমারনা মাবু ফাবনি হায় চিংবনি হায় তৌদুনা লৌবীখিবনি। মচানুপা ঙাইবদা মচানুপী মশিং য়ামখিবনি। ওক্তবা, নিশা চাবা চন্দ্রকুমার উশঙদা উ শুবা য়াওদুনা ফনা শুয় হায়বদু মঙাই মাগী যুথকশেল ফাওবা কোন্নদে। মচানুপা য়াওদ্রবনি হায়বগী নামাদা নুপীকোয়বা, ময়ুমদা হনজিল্লক্তবা, জাৎ জাৎ য়াম্না তোইশিল্লকই। ব্রাপল মখোঙগী, অপুম্বা খোংবাল অচৌবদুগী মনাক নক্লা লৈরিবা, শেগায়রবা ই-গী ইপৈ পৈথবা, মচু মচুগী ফিজেৎ ফিগাইনা ফক্লাং অহোবা মেল্লিবা যুমদুদগী থোক্লক্লীবা খোন্থোক, ঙাংনরিবা লোনদা-লক্তা অঙকপনি। চন্দ্রকুমারগী ফাইরবা লৈয়েংদুনা ঙাঙলিবা শক্লিবা, চৈরিবা ময়ামদু শেংনা তাবা ফংদ্রবসু মরক মরক্তা "চৎলো" "চৎখ্রো" "হাৎতোকউরো" হায়বা কয়াসিদি য়াম্না শেংনা তায়। অঙাংদা ফুবগী, মাগী নুপীদা ফুবগী, খাম্নবগী, কপ্লবগী, পেন্দবগী, শাওনবগী, পুমনিল নিল্লি ইমুংদু। অউবা অতাবা কনা য়াওরবদি, যুমদুগা থোক্লক্লিবা খোঞ্জেলশিংদুগা অসুক্কী মতিক চুনৈ হায়নিংগনি।

নুমিৎ নিপান্নি সুরে, চন্দ্রকুমার হল্লক্তবা। লিখুল অমবুদি খঙলে, হাও নুপীনি হায়, ইঞ্জাং য়োনবীনি হায়, অমা লৌরে হায়বরা চেল্লে হায়বরা মুসুক মুসুক ঙাংনৈ। রাধারানীদা থোইদোক্তে, অসিগুম্বসিদি কয়ারক থোকখ্রবনি। ওক্তবা মপুরোইবা চহি তরামরি লৈমিন্নরক্লবনি। চানিংঙাই লৈরক্রগা হেক্তা হল্লক্কনি। যুথকপা, শুনিংদবা নুপাবু কনাগী মনাক্তা কুইনা লৈহন্নিংগনি।

রাধারানী মচাশিংগী মবুক থন্নবরোমদা মায় ওনসিল্লি। অফং অফংবা শুই, নোম্মী। মীগী কোনফেঙবা, ফি-শুবা ফাওবা চৎলি। খোমজিংলিবী মচানুপী অতোনবীদু পোদুনা চৎখ্রবসু, পিশক পিশক পিক্লিবা মচাশিংদু, মচানুপী

অহলনা শেন্নহৌই। ক্লাস সিক্স কাজবতা ঙাইরিবী মহাক্লা স্কুল কাবা নংনবা চাকথোংই। ইমুংগী অৱাৎ অপা য়েংশিল্লি। থাঙজৌ মচা অমা পুথোরক্লুনা চাকখুম শীং ওইনবা শীং মচেৎ তাথোক তাথোক্লা মনাওনুপী য়াইমদুদা হায় -

- ননাও ঐনা শীং খায়রিঙৈদা নঙ হোম ৱার্ক তৌথোকউ।

চফু সৌবা ঙাইরিঙৈদা ইঞ্জাং শেন্বা য়াউকো। ঐগীসু হোম ৱার্ক খর ৱাৎলি।

- চেচে ঐগীসে তাকপিয়ো, হৈত্রে।

- নঙগীদু তাক লৈরদি চাক নংঙরোই।

- ঙাইহাক্তংনে সে, চেচে, ওজানা ফুরনিএ।

থাদক্কী মনাওনুপীদু অমুক চেনশিল্লকই,

- চেচে, চাচা চাম্বীয়ো, চাচা চাম্বীয়ো। মাঙোন্দা অমুক মমায় ওনশিল্লি।

স্কুলগী ইউনিফোর্ম শেৎচিন শেৎচিন্ন মনাওশিং চাক পীজথোকই। মনিঙথোঙদা চেনথোরক্লুনা নিঙগাঙ ফন্নগা মাগী হোম ৱার্কতু সৎ সৎ তৌই। মনাওনুপী অনিগী স্কুলগী মফি শেৎপদু অমুক য়াওবী। পীক্লিবী মানা খর চাওরবনি হায়দুনা পুম্নমক নংনবা হোৎনৈ। মমা মপাদা কেজদুনা নাওথী সাজগদবনি হায়বা কবিমত্তা খঙজদ্রবগুম কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনজৈ। রাধারানীসু মচাশিংগী স্কুল নংনবা হল্লকপা হায়বসিমদি শোয়হন্দে। হেক য়ৌরকপগা স্কুল কাগদবা মচামখৈ চৎহনখ্রগা, চাইরম্ব, ৱাৎলম্বা পুম্নমক য়েংসিনজৈ।

মচানুপী অহলনা গ্যাস অমা লৈনবা মমাদা কন্না তকই "মামা গ্যাস লৈনবা নোংমদা চরা অমমম হেনদোকসি। উপুদৈ ফিশিংসি, অমমমদং থন্নগা লোয়না য়োনথোকসি। গ্যাস লৈরদি চাক থোংনা থোংনা লাইরিক পাবসু নুংঙাইনি।" রাধাসু খল্লি, অশেংবনি গ্যাস অমত্তদি মরৈরগে। ইচাশিংসু পিক্লি, ফীগে অমগা, মুগা ইন্নফি অমখক্কা লৈরিবসিসু য়োনথোক্লগে লুপা চাম্মাগী মরুপ,

লিশিং অহুম তাবা অমা ইনে ইবেতোম্বীনা হৌনি হায়বদু য়াওশিল্লগে।

উচিন-নাচিন্না মচানুপী অহলগী মনাদা য়ানজরিবা চংনিং তরামাথোইগী লৈমচাদু য়াওনা হাপচিনখ্রগা গ্যাস অমদি লৈজরে। রাধানা খনজৈ অৱাবসি খরদি কোকচরে, নুংঙাইবগী মমী অমদি তমজরে।

নোংমা মনম্মা সুবদনি লাক্কুনা হায়রে।

- রাধা কান্নদে, নঙনা অমদা অমদা চৎতুনা শুরিবনি নোম্লীবনি হায়দনা তৌরিবদো ৱাবনা হেল্লে ইবেম্মা। নচা পিশকশিংসিনা নঙনা চথোকখ্রগা ওইরিবা ফীভমসে য়েংবা ঙমদ্রে। পুখ্রি খোংবান্না নকপনে, লম্বীসিদা গাড়ি মচাশিংসিনা কন্না কন্না থৌরিবা; নচা মকুপ মকুপশিংসিনা লম্বীদা লৈবনা কোঙ্গাই অমা, য়েংবা ঙমদ্রেহে ইবেম্মা।

- উপায় লৈতবনিনে ইনম্মা, চরাদং হেন্দনবনিনে মায়য়োক্ল রিবশিংসে।

- অদো অসুম তৌরো। ইনম্মানা বজারদা হোটেল ফম্মী সুমহাইনা নঙসু ফম্লবা তৌরো। ঐখোয়না নুমিৎ চুপ্পা অমা ফমজরবসু নঙদিনে, অয়ুক ঙন্তা ৱাকিং চৎপা ময়ামসিগী ওইনা পুং ৭/৮ ফাওবদং ফম্মো। চাবফাওবদি লায়না পুননি। অয়ুক ঙাইহাক মাঙলুরগা নুমিৎচুপ্পা নচাশিংসে শেন্নদুনা লৈরো ইবেম্মা। হয়েং মখোয়না চাওরগা চাওবগী থোকপা লাক্কনি।

- হোয়নে ইনম্মা অদুনবু ফরদরা ?

- মপানেনা কৈদৌদগেদো, মচা ময়ামসিবু হন্না হেক য়েংদমখৈ হুন্দোক্কুনা চৎখ্রিবসে কয়াদা ঙম্মীগেসে। নত্তে, মাবু নোংমতা লাক লাক্কে ?

- লাকপা হায়বু ইনম্মা, নহান্দসু অথেঙবদা তুমিন্না লাক্লগা অঙাংগী স্কুলগী থীনবা থম্বা পৈশাদু নমদুনা লুপা চনি মুল্লগা পুখ্রিবনি। অঙাংশিং

খঙহন্নিংদদনা তুমিন্না লৈজরবনি।

- হোয় হোয় ইবেম্মা, করমদি তৌনি। ফত্তবা মৱা মপুরোইবা থেংনদবা মীনা মসিগী অৱাবসে খঙবীবা নত্তেনে। ঙম্মা ঙম্মবা থেংনবা তারেদনা। কনাদা তাইনরুনি। নচাশিংসি মী ওইহৌরগা লোইরে, থৌনা লৈয়ু ইচলসিদি।

নোংমা রাধানা হোটেলদগী থেঙখ্রে হায়দুনা প্রপ প্রপ হল্লকপদা, মচানুপী অহলদু হিক হিক কপ্তুনা লৈরম্মী। মপা য়াওনা মী খর লাক্কুনা গ্যাসতু পুরগা চৎখ্রে। মীগী লুপা লিশিং অহুম শোকচিল্লুবগী গ্যাসতু পুখিবনি হায়। মপাসু ঙসিদগী য়ুমদা লাল্লনি, চাক হাপ্লু হায়রম্মী।

রাধারানী উপাই লৈতনা ওঃ খোংনা কপথোক্লককই - "ঐদা হেক শিখ্রগা মহাক পেল্লগদবনি, ঈশ্বর ইবুংঙো ঐবু হিংহনবিরিবসিবু করিগীনো, ঐদা শিজরগে, ঐবু লৌশিনবীরো।" থম্মোয় পেন্না কপথোক্লককলে। মচা ময়ামদুসু ৱা ৱা কপ্লকই। রাধা, পেন্না কপচনবা মতম লৈজদে। মচা করম করম্বনো পরিক্ষাসু লৈ হায়বনি। য়েনখা-লুখাদগী চৈতেক-চৈরাং, ৱাচেৎ-উচেৎ থিদুনা, হিক হিক কপ্তুনা চাক মৈ থাগৎলি। মচানুপী অহলদুনা মমাগী মনাক্তা তপ্না চংশিল্লক্কুনা খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই - "মামা, পাপা হল্লক্ত্রিদৈদা ঐখোয় লোইনা হু চারগা শিদোকঅসিরা, মামা নতোমতা শিখিনুকো।" বাধা শ্বাই লাওই, মচাগী নৌরিবা থম্মোয়দা তারিবা শোন্থরবা ৱাখলগী মমিদু মুৎথৎনবা হোৎনরকই।

এঃ করিগী শিজকনি হায়গে ইচাশিদি, ইমা লৈরিসিদি। লাইরিক্তা কন্না পাও, ইমানা মরুপ অমা য়াওরগা অমমমুক থুনা লৈরগা লোইরে। চৎলো চৎলো, ইমা চাক থুনা লোইরগে।

ঙসি হুম্নি সুরে, বীজয়না রাধারানীগী হোটেলসিদা চা থকপা চঙঙকপা। ইংজ তপচবী মতৌসিনা লোনথোক্তবী অমগুম, নোংমতা মানা ঙাংবা ৱা তাদি।

তৌববুদি মী কোন্বা মতম ওইবনা ঙাংনিংঙাই লৈতবসু ওইরম্বা য়াই। বীজয়সু অমুক্তা মানা ৱা ঙাংলকপা য়াবগী তাঞ্জা হেক পিরুদবা হায়বদুনি। ৱাকিং হল্লকপগী খবর পাবা ওইনা মাগী হোটেল মচাসিদা চা থকপা হেক ফমথবগা "তল অমগা চা অমগা পীয়ু" মসিখক্তনি। মাসু অদুম পীরকই। বীজয়সু খবর পানা পানা চাবা থকপা লোইরগা পৈশা পীরল্লগা অদুম থোক্লকই। অঙনবনিনা মীবুদি লৎলি, থংনবগী হোটেলশিংদদি অদু অদা, লৈ লৈতে, হংনবা, নোকপা, কৌনবা অদুম মরাংনৈ। মাগীসিদি পুমচিক্লি। মী অমা অনি লাকপসু মথেঙনৈ, অদুসু অদু মঙাই। লৌথিবা, পীখিবা অসিখক্তা ওইনা উই। চেৎনা পুল্লিবা শম্বুলদু য়ৌদ্রবা লাইবক্কী চুবাগী অচোইবা শম খরদু মবক মরক্তা খুদাংনা হায়গৎচবা, কারক্লিবা হুমাং মরিকশিংদু ফিজিনা হেক হেক তৈথোকচবা, সি মঙাই মাগী চিল্লবা হোটেলগী থবক্তুদগী হেনদোরকপা হায়ববু। মীঙোন্দা য়েংবদি লায়রদনা, অহাংবদা লাপতক ফাওবা য়েংদে। শকফমদু য়েংবদা বীজয়গী থম্মোয়দা অৱা-অনঙ খম থেংনা মাইয়োক্লরবী অমা ওইরমগদরা খলহল্লি।

অসুন্না বাধানা হোটেল ফম্বা হৌবা পঙকুই কুইদ্রিঙৈদনি বীজয়না ৱাকিং হল্লকপদা চা থকপা হেক হেক ফল্লুবা। হান্নসু হোটেল অমদা অমদা তাঞ্জা তাঞ্জাগী অদুম মথকই। অদুবু রাধাগী হোটেলদা চংঙুবদগী অতৈ হোটেলদা চংগে খল্লক্তরে। মাগী তৌসিন্নবা য়াওদবা, মথৌদা পুক্লিং চংবা, অৱাববু থম্মোয় শেংনা মাইয়োক্লনবা হোৎনজবা কয়াদু উবদা তশেংনা লুপা ২/৩ তা ওইরবসু মাঙোন্দগী লৈবিবগা কান্নজসনু খল্লি। অহোয়নদুম বীজয়না মরুপ মপাং অতৈ খঙনা চান্নবশিং হোটেলসিদা পুসিনবী। মতোমতা থক্লম্বদগী মরুপ ২ দগী ৩, ৩ দগী ৫,৬,৭ - ঙসিদি মখোয় ৯ বু সুরে। মখোয় লোইনমক ফম্বায়াও লেপ্পা য়াও পিক থল্লে, মী য়াম্মবনিনা অচিকপা হোটেলদু খরমখৈ নিল্লে। অওইবনি, রাধাগী মায়থোংদা মীয়াম চংবীরকপগী হরাও মোমোন্নবা, লাঙজবা করিমত্তা উদে। মীওক-মীচান ফবগী ৱাঙাংসু অমত্তা ঙাংদে। তৌবতবু ইকাইরপ তৌবা মানবা মাগী মায়থোংদু, হান্নদগী খিত্তং হেন্না লুকথরপ তৌরদুনা খুৎলৈ থুবদি হেনজিল্লি। সৎ-সৎ, অমসু-অমসু কুইনা ঙাইনদনবা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনৈ।

ঙন্নমখৈ য়োলহৌরগে খঞ্জবা মতানি। মী য়াম্লবনিনা মচিন য়াংবসু অদুম য়াওরকই - "ইচেগী তলসি হাওমনখিদনা নোংমগী চাহৌদবদা ঙাওবসু য়াওনরে।" অওক অথোং নুংঙাইনবা নৎত্রেগা ৱাহৈ নাতৈ চান্নবা করিমত্তা খুল্লক্তে। খঙহৌদনা নোকফেৎ তৌগে তৌরুবা মায়থোংদু লোৎশিনবা ওইনা লৈরংলোমদা লৈশিনখি। অচিকপা অহিংনা মতোমতা চিকচবা নত্তনা, তাইবঙ জিবা পুম্নমক চিকহনবগুম তুমিন-তুমিন লৈনখিবা নত্তনা মখা তাথরুবদা মহৌশাগী লোনচৎ থুগাইরদবোই খলহল্লি।

ময়ামগী মশিং সুনবা হোৎনবদা ফনা কুইনদি চঙবনি। অদুবু মাঙোন্দগী ৱাহৈ অমত্তা তাদে। ফম্মীবা ময়ামদুনা অমগা অমগা ফাগী তৌনদুনা মাসু নোক্লকপরা য়েং য়েংদুনা, অচম্বা ফাগী তৌনৈ, ঙাংনৈ। মখোয় মশেল লাংলগা অদুম তোকই।

চাবা থকপা লোইরগা থোক্লরকপদা মখোয় মশেল ৱারী শান্নৈ।

- অঙকপনি মীওইবা হায়বসে মী য়াম্না চংবীনবা মানা কৌশিনবসু তৌদে, ৱাঙাং-শাঙাং নুংঙাইহন্দুনা মীবু ফাবসু তৌদে। অদুবু কয়াদা নুংশিখ্রবনো। তরু তরু হোৎনজরিবা মঙোন্দগীতা লৈবীনিংই। ঙসি ঐখোয়না চারিবদু লুপা ৩৬ নি। মাঙোন্দা ফনা কান্নজরনি। নোংমতা কনামত্তা মতেং পাংবিবসু উদে। মচা মৱা লৈতবরা খঙদেনে।

- ঐদি খঙঙেদা, থংনবা হোটেলদুনা হায়ববু মাগী নুপা য়ুঙাওবদুনা হন্না তুনা য়েংবীদদনা মচা ময়াম অমা থাক্লীবনি হায়। অদুবু হোটেল ইনেদো মরৌ অমবু তৌরকই। মা থোক্লকপদগী পোৎ শিংত্রে হায়দুনা কোচি কোৎলকই। নহানিনা য়াই থাবা হৈরমালেবু হায়রকই।

- উম, সি ঙাক্তনি ঐখোয় মৈতৈসিদি। অমত্তা ফনা খনবীবা ঙমদবা। মরাইবক থিরবনি, চাওখৎচসনু খনবীবদি অমত্তা থোরক্লোই।

- ফৈনে অদু ওইরদি ভায়, ইবোবীখোইগী ৱাকিং পার্টিদু মী

১২/১৩ মুক সুবনি। হয়েংদি মখোয়সু পুরক্লসি। ঐখোয় কুনমুক্কা লৈবীরদি, লুপা ৫০/৬০ মুক্তি সিৎচরনি। লেম্না পাংবিবা ঙমদ্রবসু মহৈদুম ওইনি। ইচলগুম্বনি, শকফমদু অঙাংনি, অব্রা অনঙনা নমহৎতুনা শকফম ওনবনি।

বীজয় মথঙগী অয়ুক্কি ব্রাকিংগীদমক হান্নদগী হেন্না থব্রায় য়াওনা, ঙন্তা হৌগৎতুনা থোরকই। হোটেলদুগী নুংশিবা ব্রারী মরুপশিংদুদা লী। মরুপশিংদু রাধারানীবু সুকউ উদনা নুংশিবা ফাওই। মরমদি বীজয় অফবা, মিনুংশি চাওবা মীয়াম্না য়াবা মীনি। মানা ব্রা অমা হায়রকপদা ময়াম্না মতুং ইন্নিংবা মীনি। বীজয়না মাঙ থাদুনা, খোংথাঙ থুরপ হোটেলদু তম্না লাকই।

কৈনো মাগী হোটেলসিবু থোঙদি হাংই হায়ববু মহৌশাগা ইমান মান্নদে, ময়ামদু লাংতক্লে। মী লৈবগী সহুমসু ফংদবগুম তৌই। থোঙদুদা বীজয়না চংশিন্দুনা য়েংশিল্লুবদা, য়ুমায় তাবা মাগী মপুরোইবদু ফিজাও অমা ইল্লগা, মমাঙদা থাংজৌ অমা থল্লগা বোড়া অমদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্মী। বীজয় সৎ হন্দোরকই। ময়ামদুসু হায়ফেৎ হায়ফেৎ চংশিন্দুনা য়েংনরুরগা সৎ সৎ হায়দোক্লরকই। তুমিন তুমিন কল্লপ চৎনরকই। ব্রা অমত্তা ঙাংনদে। মচিন হেক হেক নানথোক্কনবা অমা য়াওরিদুনা খদাং থাদরকই - "ঙসিদগী হোটেলদুগী অকিবা ব্রারী হৌরসি।" থীক থীক নোকপসু য়াওরকই। তুং হন্না য়েংবসু য়াওরকই। বীজয়দি, চাওখৎচরক্লীবা শিন্থাগী লম্বী মাঙখ্রবা রাধারানীগী লম্বীদুদা মাসু য়াওনা লম্মুক্লরুরি। খল্লুই "লৈকোলগী লৈবু হন্না য়েংবিদ্রবা তেকথরবা শম্বলনা, ঈশিং চাইবীরিবা মালিগী লম্বীসু মনিং তম্না থিংবা ঙম্মী।"

---

# নিঙোলগী য়ুমফম

নুংথিলগী পুং ২ মুক তারল্লগনি। আলু, হঙ্গাম, কোবিনচিংবা মনা মশিংনা লেক লেক লাওরবা, চাওরবা ইখোলদুদা, মেমীনা লাইরিক পারম্বদগী পোখাবোইনা, ৱাওরি ৱাওরি চত্তুনা য়েংলিঙৈদা থোই লাকই। চোকথরবা শকফমদুনা মেমীগী মনাক্তা তপ্না চংশিল্লক্লগা হায়রকই। "মেমী চাক লৈহৌবরা চরা ৱাল্লুসি। হায়দোকখ্রবা ৱাহৈশিংদুগী মতুংদা ঙাংশিল্লিবা মাগী মাইথোংদু উবদা মেমীনা খঙই, থোই-না ইকায়বা পুম্নমক ফাজিল্লগা ইকায়দবা শাদুনা, কোইদবগী মওং তানবা শেমদুনা হায়রকপনি হায়বা। পুম্নমক্ত অমত্তা উন্নদনবা মেমীনা অমুক শেমদুনা খুম্মী - চারুসিনে, ঐসু চবা ৱানগে খল্লম্মীনি, ইতোমতা চাবা তন্দুনা সুম লৈরম্মীনি। চাক্কি ৱাদি ঐখোয়গীদি অয়ুকসু নুংথিলসু সুংৱাৎ ৱাৎলোই। ঐখোয় ইচিল ইনাও মাপলসিদা চরা ৱান্দবা অমত্তা য়াওদে। অদুনা ইমানা চফু অচৌবদুমা পিক থন্না থোংজিল্লগা, নুমিদাংগী অরেম্বনা অয়ুক চরা ৱানবা, অয়ুক্কী অরেম্বনা নুংথিল চরা ৱানবা অদুদগী অমুক লেমথরকপশিংদুনা য়েনগা হুইগগী খঙঙেদনা।

মবানীনা চাক উপুদু হাংদোক্নুনা য়েংঙুবদা, পুখম অচৌবদুদা লৈরম্লীবা চাক্কী মওংদু, য়েংবদা ওনথোক্লা ফিভম থীনা লৈরম্লে। ঙসাই হৱাই থোংবা অমগা আলু কংমেৎ অমগা তৌখিবনি। খাই খাইদুনা চানবা, পুখম অমদা পুল্লপ পিক থন্না থিদোক্লগা থন্লম্বনি। মখোয় অঙাং অহুম অমনা হান্না চারম্লবা জাৎনি। ময়ায়দা মফম অহুম হুৎ হুত্তুনা চাখিবগী কোম মচা মচা শাদুনা লৈরম্লীবা চাক্ত হৱাই থোংবনা পুমতৈ তৈরে। কংমেৎসু অমত্তা লৈরমদ্রে। চাক্তি য়াম্না য়াওরি, হৱাইদি তেঙ্গোৎ তংখাইমুক ইতৈ তৈনা চাক মথক্তুদা থাঙ্গৎতুনা লৈরম্মী। মেমীনা নুংঙাইতনা হায়, - থোই সিদি নঙ হঙ্গোইরনিবু কমাই তৌনি ? "এ করিমত্তা হঙ্গোইদে ঐ লাম্বনা শিদৌরে মোরোক অকংবগা চাসি, থুমগা।"

মেমীনা থুমগা মোরোক্কা লৌথোকপা হোৎনরিঙৈদা মাদি চাবা হৌখ্রে। করিমত্তা হঙ্গোইবা, হৈনদবা তৌদনা অঙাংনা চারম্বা মফমদুমক্তদা হব্রাইদু তোত্তুনা চাই। মেমীনফাও খজিক ফোইদোক্লগা চাশিরা খনবদু মাগী মতৌদুদা ঙমদ্রে।

মখোয় অনিমক পুক থন্নরক্লবা ফাওবদা চাক্তি লৈরি। মেমীনা ঙা লৌরগা ঙমশিনসি হায়বদু থোইসু য়াই। ঙশাইমখৈ জ্ঞান ইতা তাদনা চারম্বদু জ্ঞান তারকপদৌনা থোইনা তপ্পা হায়রকই।

- ঐ ব্রা অমা হায়দোকউরা ?

- হায়য়ুনে কৈনো।

ঐখোয় ইমুংদি ঙরাং নুমিদাংদগী হুজিক ফাওবা চাক থোংদ্রি। হোরেল নুমিদাংগীবুদি ইমানা হোটেল য়াওরুবা হল্লকপদা ব্রাল্লক্লনি। ঐগী ফিশামলসু হয়েংদি ফংঙনি। ঐ ফি শাবা ঙম্মক্ত্রদনা লাকইনি।

- মখোয় অতৈদি।

- ইমা, দাদা, দাদামচা, ঐ, ননাও ঐখোয় মখৈদি অমত্তা চাদ্রে। ইনাওনুপী অহুমদুদি, চেঙ খিত্তংগা লফুগা পুল্লপ থোংলগা ইমানা পিজরম্লে। ঐনা নঙোন্দা হায়দোকইসে ননাও তারদি চৈবনা, শাওবনা লোইরদৌনি। মাসু লাম্বনা লোইহৌরবনি, ইকাইজৈ হায়দুনা মাদি মীঙোন্দা অমুক্তা হায়দোক্তে। অদুম খাঙই। দাদাহোইসু য়ুমদা অমত্তা লৈহৌদ্রে, চৎথোক্ল খ্রে।"

- অদুদি ননাওসু কৌরগা খর পীজসিরা।

- হুং সুকয়া য়ারক্লোই, ঐঙোন্দদুম শাওরক্লনি, ইকাই খঙদে হায়দনা।

"অদুদি চেঙসে থুমোক মচাসিমা পুখ্রো, খামেনসু য়াম্না পাল্লি, ভারিমা

হেকপীগে, মোরোক্কা আলুগা ঙা অয়াইবা খরগা পুখ্রো, দুকান্দগীনি হায়য়ু, ঙরাংদা ফৌ বোড়া অনি তকউবনি, ঐসু ইমাদা হায়দোক্লরোই ইবানিদং খণ্ডনসি।"

ঙাইহাক্তং লৈরগা মেমীনা কোয়বা শাদুনা চৎলুবদা থোই-না চাক থোংবা লোইরমদৌরে, ননাওনা চরাম চদৎননা ফমুংদা হিপতুনা চাক ঙাইবা মান্না লৈরম্মী। মেমীনা লাঙশিন্নদুনা হংই, "করি থবক লৈগে চাক য়াম্না ঙল্লিনা?" ননাওনা খিত্তং নোকফেৎ তৌনা তপ্না হায়রকই, "ঐখোয় ইচেদি ঙসাই চাক চানিংদ্রেনা চাদ্রে, হৌজিক্লা লাম্মক্লমালে, মানা হান্না চাকখুম চঙখ্রে।"

- উম হোরেল চারমদাইদনা, লাম্মন্দনা থনগৎখ্রে, চানিংদ্রেনা অমুক চাজরোই।

- অং, ইচেদি অদুমাইনা হেক্তা তৌগনবনি।

ইনখৎলকপা মতমগী, লৈজবা পুম্বা উৎথোক্লিংবা, ফজবা পুম্বা ঐতগী ওইনিংবা যৌবনগী ইথীলদি অমত্তনি। নুংশিববু অৱাৎপনা মিরাইহল্লি, অৱাৎপনা হন্থবা ওইহল্লি, হন্থবনা লাপথোক্লহল্লি।

ফনা লুনা তিন্নরবসু, অৱাৎ-অপা কয়া মতেং পাংনরবসু, ফি- রোল, সনা-লুপা কয়া ৱায়হন্দুনা তিন্নরবসু, কুন্ধে-ফিয়োং, চাকচা-হৈজানবা, মীয়াম তিনবা, মীরক-তিল্লকপদা মখোয়না মেমীদগী লাপথোক্লিংই। মরম হায়ববু চৎমিন্নবা ইকায়, ফিজেৎতা লৈতেংদা খেন্নবনা মখোয়না তোঙান্না চৎনিংই।

থোইনদি ইফোং ফোংনা হেক্তা হায়, - নঙগা চৎমিন্নবা তল্লি, লিকও, লৈও, খুজিও, খুদোপও, ঐখোয়না পুমকোক। ফিসু নঙ্গীনা তোঙান্না হেক্তা তাই। নঙনদি চৎমিন্নসি হায়রিবা, নঙনা সিতা, ঐখোয়না সিতা ঙাকপী, তল্লিনে। ফবৈনি সি হায়রদি।" হায়রগা থোই-না ফাক ফাক নোকথোক্লকই। কয়া নোকচরবসু অপেনবগী সুরদি য়াওদে। মীনোক্তু ইকং কংই, অদুনরা খঙদে অরোইবদা মপীদি ইরা চেল্লি।

শম্বলনা ঙাকলৌ নীংথিনা পীরিবা লৈনা মাইথোং মকা লাম্না অতিয়াদা মঙক থাঙ্গৎতুনা শাৎলি। শম্বলদুনা অমুক ননথেকপীরবা লৈনা মঙক শুজিন্দুনা শাৎঙমদনা শাৎলি। লৈজবগা পামজগনা পুল্লবদা মেমীগী কেজবগা ফজবগসু থাদোক্লৌ য়াদে।

অসুম্না খর উসিন্নদা, খর খঙসিন্নদা, খর লৈথোক, খর লৈসিন লোয়নরকই, তিন্নরকই ।

নোংলৈ-নুংশিৎ কয়াদা, ঈশিং ইচাও থোরকপদা, মেমীখোয়গী অহাঙবা শঙ্গোইগী দলান মথক্তা নৎত্রগা মখাদা তত্তনা থোইখোয়না তাংজফম লৌই। মনাওনুপী ইতোন তোনবীদুনা পুক্নুংদা থা ৭ শুরকপদা মপা শিখিবদগী মমা লুখ্রাবীগা, থোইগী মচিন মনাও ৭ কা, মখোইগী মাম্মগীদা লাক্লুনা, ইনা কুপ্পা মখা শঙ্গোই অপৈবদুদা খাজিন্দুনা লৈবনি।

মেমীনা বীজুদা চেনখীবসি, মতম চারে হায়দুনা নত্তে। মখোয় অনি শকখঙনখীবসি কোলেজ তন্নিঙৈদনি। বীজুনা মেমীবু নুংশি। লাইরিক ফবা মবুক তপ্পা মিনুংশি লৈবা বীজুবু মেমীনসু নুংশিবতা নত্তে, মাবু থাদোক্লুনা মফম কদাইদসু চৎলরোই হায়বসি মেমীগী অরেপ্পনি। মপা চান্নবা, ইনাক কৈরাক খুনবা মচা, দাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার কয়াগী, মচা মমৌ ওইজগে হায়রকপা মশীং নাইদে। মমা মপানা পামজবা কয়াবু মানা সিদ্র পী পীদুনা থৈদোক্লুনা থন্নগা, মবানিগী মরক্তা অমত্তংবু থবক ফংলবদি হায়দুনা খাংলক্লীবসি কুইরক্লে, মবানিমক এম. এ. পাশ তৌবা চহি ৩ শুজিল্লক্লে। মেমীনা থবক তান্নবিঙৈ, ইঞ্জিনিয়ার অমনা মেমীবু কন্না তান্নরকই। চেন্দুনা থাপতোকপা য়াররোইদবা থৌরাং কয়া উরকপদগী চেনবগী চেনবা কানবগী কানবা মবুং সুরজিৎ কাল্লন্নগা মেমী বীজুদা চেনখিবনি।

চেল্লবদি লুহোংলোই হায়বা মপাগী অকনবা ফিরেপ লৈ হায়বসি, হায়না শিংনদুনা অওং অউন তমদুনা লুহোংখিবী মচেশিংগী হাকতক্তগী মেমীসু মুন্না খঙই। মেমীনসু খঞ্জে চৎনবিসু হোংলকই, অচেৎপা ব্রাখলসু কোল্লকই।

নুংশিবগী কানি লৈথোকপা ঙমদবগা, মচাগী কাদবু মপানা করি হেন্নবু অচেৎপ ফিরেপনো খল্লকপা, মেমীগীসু হায়ফেৎ কোমথোকচরুবা ৱাখলনি। মমা মপাগী "লুহোংলরোই" হায়বা চেৎলবা ৱাশকপু হনদোকপিনবা মবুং সুরজিৎনদি কন্না থেমজিনজে। "চেনবগীদমক লুহোংবিদবা অচুম্বা ফিরেপ নত্তে। চেনবা চৎনবীগী ৱাংমা লানবা নত্তে।" অদুবু নহা ৱা, অঙাং ৱা তাদুনা তোক্লে। চেনবগীদমক মেমীবু ইন্থোকখ্রে।

থবক্কী ইন্টরভিউ যাওনবা বীজুনা হোৎনবসি পাখং ওইরিঙৈদগী হৌজিক ফাওবা লেপত্রি। মচাসু লৈবক্কদৌরে, হন্দক্তি অরোইবী থাদুনা মাগী লৈজবদগীনা, মেমীনা শিজবকপা সনা লুপা কাইথোক্লুনা হোৎনবনি অদুবু হান্না হান্নগুম মহৈদা জ্ঞান্দা হেনবা নত্তবা অহেনবা অমনা অদুমক খনখ্রে।

শুকওই ওইনিংদবা "লাইবক থীবা" কনাগীনো খঙদ্রবসু, মিকুপ্তদি হেক্তা ওইরকপা মীওইপোক্কী খুদোলনি। লাইবক থীবনা লাক্লবদা, নুংঙাইবনা হৌনরগা চৎখি, অৱাবনা হৌনরগা লাকই হায়বদুনি। মোবে বস এক্সিদেন্ট থোকপদা য়াওবদগী বীজু মখোং নাম্মা ককখ্রে। পাঙ্গল শোনবা হায়বদু ওইখিবতা নত্তনা উপাই লৈত্রবা পুন্সিদুদা অশোনবা পুম্নমক্কী মফম ওইরক্লে। মেমী ইমুং পুবা ঙম্নবা মতৈনা লৌবা মচে ললিতাগী মতুং ইন্দুনা হৈমাং, লৈবাক হৱাই হৈঙান শাদুনা কৈথেলদা থাদোক থাজিনগী থবক্তা য়াওরকই। অশোনবা মপুরোইবা, অপীকপা মচাশিং হিংবা ঙম্নবা হোৎনবদা বোড়াখাও অচৌবদুমা থাদোকপা যাদনা, ফিজেৎ লৈতেংনদি থাপ্পা ইনথোকপিরবী ওইরকই। নিঙোল ওইরিঙৈ পুন্সিদা মঙোন্দগী থৈদোকখীবা মমান্নবীশিংদু উরগা ঙসি মানা অমুক থৈদোক্কী। চুম্নতা থৈদোক্লিংবা নত্তে, লৈত লায়রনা কাহৎলবা মায়থোং অদুনা লম্বী মযাইদা লাক্লিবা গাড়িমচাদা, কারদা থবক কারিবী মমান্নবীশিংদু উদনবা লম্বীগী মতায়দা থৈদোক্লুনা চৎপদুনা পেল্লক্তে। নাকলদা লৈরিবা খোংবালদু ফাওবা অমম্বা লম্বী ওইহন্নিংলকই। মদুদা চীক্লা চৎনিংলকই।

মেমীগী মবুং সুরজিৎ নুপী অমা চেল্লক্লে। মমা মপানা পামজবা লাইরিক

হৈবীসু নত্তে। সঙ্গ লৈবা ইমুংগী নুংঙাই য়াইফ মচাসু নত্তে। অদুবু নুপাময়ুম হায়বদু ওইরবনিনা মীগী মচা হুরাল্লুবা কৌই, নুপী ময়ুমগী য়াকা য়েংদুনা ব্রাহৈ খুদিং খুরুমজবা, হায়জবা, নোনজবা, চৎনবীনি। চৎনবীসিদগী নানথোকপা য়ারোই। লৈকাই অহলশিংনা খুরুমগদবা তাঞ্জা কয়া তাকপী, মপাবুংনসু পুক্লিং চংই। পিবাগী কা ওইবনরা চেল্লদি লুহোংবা য়াদে হায়বগী মমি উবা ফংদে। সুরজিৎনদি মাগী লুহোংদ্রিঙৈদা মেমীবু হান্না লৌখৎপিদুনা চংথোক চংশিন য়াহনসি তত্তনা হায়জে। তরেৎ তরা থোক্লা খন্নরবা মতুংদা মপাবুংনা অয়াবা অমদি পীরে। "নঙবু হান্না লুহোংবা হাযবসি ইপাগীদি অরেপ্পনি। নঙনা নয়ুম নকৈ পান্দুনা য়ুম হান্না লেপ্পবা মতুংদা নচলগীসু চংনা থোক্লা য়ানবা নঙনা পুম্ন মক শীল্লো ইপাদি য়াওররোই, শেল থুমগীদি ইপা লৈরিদনা।"

নিঙোলনি কেজ-মৌজ, অনৌবা-অনৌবী ওইরিঙৈগী, নাক-য়েৎকি লাঙজবা মরক্তা হায়না-হুম্না চৎচবা ফংখিদ্রবসু, মমিংতগী ওইনা লৌখৎতুনা, চংনা থোক্লগী লম্বীদি ফাৎলে।

মমা-মপা, মচিন-মনাও, কৈরোয়- লৈকাই মমাংদা, নুংঙাই-য়াইফ হেন্দোক-থোয়দোকপগী মপাও তমজনিংবা, মরেক-মহাও থোক্লা মপাম মায়কৈ পাংজনিংবা নিঙোল ওইবীশিংগী হৌনশানি। লৈত-লাইরনা অৱাৎপতা ওইদুনা ফিরুক খুমদুনা খাঙলিবী নিঙোলশিংনা মপাম লমদমবু নীংশিঙদুনা কপচবা নত্তনা হেন্না হেন্না লাপথোক্লীংলকই, হেন্না হেন্না তাম্নরকই।

পৈশা পায়দবা, সঙ্গ লৈতবা মী মরুওইবা মী নত্তে। থৌদোক ব্রাথোক্তা, ঙনতা লাকপগীসু তোংদে, থেঙনা লাকপগীসু মাঙদে। পাঙ্গল থৌনা পুথোক্কুনা মতেং পাংজবা মতেংগী মচি কাদে, থম্মোয় পুথোক্কুনা নুংশিবা হৈথবা খলদা লুমথবা নুংশিবা নত্তে। মমা মপা অনিমক লৈখিদবা কুইরকপগা, মচিন মনাও পুম্নমক লুহোং খোংদোংবসু লোইনখ্রবনিনা দেব-কর্ম্ম লাক্তবা য়াদবা হায়বগী নামাদা ঙাইহাকতং শক উৎলবা সি মঙাইরে মেমী।

নোংমা মেমীগী মপামদা লৈকাই মরুপ অমগী চাক চান্নবা তাবদগী মেমীদা চাক্কি পাও অমা লাকই। ঙন্তা লাক্তুনা শিনবা লাঙবা, শেম্বা শাবা য়াওরনবা মনম্মনা য়াম্না চেৎনা শিন্নরকই।

মেমীনা মপাম য়ৌরকপদা মনম্মনা কোইলাং লাংদুনা লৈরম্মী। মচু তারবা ফিজেৎ সনা লুপা, লিক কোন্না পুমঙাং ঙাংলদুনা য়ুমগী মতেং পাংনবা থল্লিবা অঙাংশিংদা থবক শিন্নৈ, তাকই, থৌদাই। অৱাং শঙ্গোইগী পাক্লবা দাড়িদুদা মনম্মনা ঙাইহাকসু মকা লাম্না মোরা অমদা ফল্লদুনা নুংশা হায়ফেৎ য়াইনা অঙাংশিংনা লাল্লকপা চাদু থক্তুনা ফম্মী। দুকান ভারা কারকপশিংদু, মবুংনা মনম্মদা শিন্নখিবদু উরকই। লৈশারিঙৈদা মপাবুংগী মখুৎতগী মবুংগা মাগা মুন্নদুনা লৌবদা মপাবুংনা নোক্তুনা চপ মান্ননা পীখিবদু নীংশিঙলকই। অমুকসু ময়াম্না তাল্লকপা মচাক-মথুম পীনবা মনম্মনা কোইচেল চেল্লি। চেঙগৈদগী চেঙ বোড়া বোড়া চিংথোকহল্লি। অমুকসু নীংশিঙলকই, কুম খুদিংগী কারকপা লৌশানশিং হোনজিনবদা পিবা মখৈনা নানথোকখ্রগা নিঙোল মখৈনা অততাই ওইহৌবা।

য়ুমগী অনিশুবা মথোলদুদা মবুংগা মনম্মগগী কা ওইনরল্লে। মতম অমদা মেম্মীনা খ্বাইদগী নুংঙাইনা লেনজখিবা মনিং তম্না কেজখিবা, মিংশেল কয়ানা লৈতেংবা, মখল মথেলগী লৈতেংনা থল্লবা কাদুসু মনম্মগী কেফম কা ওইনরল্লে।

খল্লি, "য়াম্লবা লৌ-শিঙ, চাউরবা ইম্খোল অতোপ্পগী নত্তে, ইপাগী মরলনি। অদুবু নিঙোলগী মফমদগীদি পুম্নমক মাঙখি। মতম অমদা ইনিঙ তমজরম্মী হায়বখক্তনি মাঙদবা।"

নুংথিলদা মনম্মনা মেম্মীদা হাপখিনবা ইম্খোলদগী মনা-মশিং থিদুনা হেকই। মেম্মীনা হেকনিংবা ইঞ্জাং মখল কয়া, মনম্মনদি হেকলক্তে। মানসু হেকপা ঙমদে। জপান কোবিনি হায়নৈ ফজমনখ্রদুনা পায়দুনা য়েংলুববু, মৌ

অতোম্বীদুনা হায়রকই - "ঐখোয় তাম্মোনা হেকপা য়াদ্রি হায়বনি, হেকপা হৌদ্রি।" মেম্মী হন্দোরক্তুনা লাপতক্লা অমুক লেপ্লি।

ইখোলগী মচী-ময়া খুদিং কোয়না চত্তুনা পেন্না য়েংজরকই। মানা থারম্বা মাধবী, চিগোংলৈ, মধুমতি, ইখোলগী মতাইদা কংলি কংলি খরসু হিংলম্মী। পারিজাৎতি মুৎখ্রে, লৈরমদ্রে। মতমগী অনৌবা লৈ ময়াম্না মহুৎসিন্দুনা শুমাঙ মাঙ্গোল পিক থন্না শাৎলম্মী।

নুমিৎ তারক্কদৌরে। মেম্মী য়ুমদা হন্নবা থোরক্লে। মৌ ময়াম্না থিনদোরকই। য়া য়া পঙলাংতা লাংই। স্কুটর, কারদি শঙ্গোয়দা গেরেজদা তুমিন তুমিন লৈহৌই। থিন্নিংদবা নৎত্রগসু থিনগে কনাসু খন্নদে। মেম্মীনদি লাঙবগী লাঙবা থিনবীনবসু লাঙহন্নিংই। "চৎলো চৎলো লৈহৌরগে" হায়রকপা ব্রাহৈশিংদুনা পুক্লিংগী ব্রা ফাওবা পুক্লিংদা মাঙখ্রে। রিক্সো ভারা ওইনবা অশোনবা মপুরোইবনা শেঙ্গাওদা হাপ্লীরকখিবা লুপা ২০ দুনা মাবু থিনবীনি হায়না লেপ্লীরকপগুম তৌই।

মতম অমদা থোইগীদমক মানা চেনজখীবা চোংজখিবা মিকুপশিংদু নীংশিঙলকই। নীংশিঙবা খুদিংদা শিন্থরকপা পিশিংদুগী মরক্তা তুমিন্না লেপহৌরিবা তামহৌরগদবা মপাম লমদমবু অমুক্তং হন্না য়েংলকই। উরকই, য়াইফকোলদুদা মনম্মা ওইনা লৈহৌরিবী " অদুঙৈগী থোই " গী পুন্সি। মেম্মীগী লেপত্রবা পিশিংদুনা তত্তনা হায়রক্লী " অসিনি নিঙোলগী পুন্সি।"

# হিংজনিংবদগী হেনগৎনিংবনা

তোঙান চাবা মতুং চহি অনিমুক্তি ব্রারবসু ব্রানা শিন্নবা কোন্নখি। চহি মরিমুক শুরক্লবা অদুব্রাইদদি হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রাবা হেল্লকখি। খজিক্তং কান্নবা ফংগদ্রা খন্দুনা ঠিকা মচা অমগী সিয়ার য়াওরুবদুসু পুরুবা শেনফমদগী শেন্দোইনা হেনদোকখিদুনা, লৈজরম্বা সনা কায়রগা মরুপ মচা অমগী শেনফমদুগা পুনসিন্দুনা উচিন নাচিন্না শিংখি। বিলদি ঙসি ফাওবা ফংদ্রি। কান্তা, শুফম নোমফম খংদবা, শেনথোক লম্বী লৈতবগা, ঙাওচৎনবা মরক্তা মচা অনিগী হেনগৎলক্লীবা ভারসিদা অমুক্কা হেন্না অব্রাবা ওইরকই।

চেঙদু নুমিৎ নিনি হুম্লিদি কোন্নরনি খন্নরিঙে মচা অপিকপদু মশা কন্না শাগৎলকই। হিদাক লৈনবা লুপা ৫০ দং য়াম্না দরকার লৈরকই। ইবেতোম্বী, মখুৎতা পৈশাসু লুপা ১ ফাওবা লৈতে। শুপ্নগী নুমিৎ নিনিদং থংবিনবা অমতং লৈরবদি, মানা শাজবা ফনেক য়োনখিবগী পৈশাদু হংচিত্তি শোয়দনা পীরক্কনি হায়বনি, মদুনা শিংবা য়াবনি। অমদা অমদা হংগদবদু, মপামদা ওইনা হংঙুবনা ফরনি খনবা ব্রাখল অমদগী ফি হোংদোকপা হৌরকপদা মখারোমগী অবোকচা হেক চংঙকই। "এঃ লুপা ৫০ খক্কিবু ইসুনা করিগী নপাম অমুক য়ৌদোইনো, অবোক্কী লৈ, লৈবগা হেক পীরকউ।" লেম্না ফংবগুম ইবেতোম্বী পুময়াং য়াংজে।

অহিংদু ইবেতোম্বী তুম্বা য়াদে। মচাদুসু শাগৎপদি খর হনথরে। মচাবু নানবিদুনা, অমুক ফম ঙাইহাক অমুক হিপ তৌদুনা বুধি থোক্ত্রুবা ব্রাখল কয়া পংখন্দা খল্লি। অসুম্না হিংলিবা মহিংসিনা করম্না মীমান্নবা ঙম্লক্কনি। করি উপাই লৈ। কান্তনা শুগদবা থবক্তা করিনো। তম্বা য়াবা মহৈ তম্লুরে, ইঞ্জিনিয়ার পাস তৌরে। থবক ফংদদুনা লৈরিবনি। রিক্সো থৌগদরা, লৈবাক হোনগদরা। মদুবু ওইথোকপা য়াগদরা। নোংমদা লুপা ২০ দং ওইরবসু ফংবা য়াবা থবক করি লৈ। খল্লু খল্লুবদা হেন্না হেন্না বুধি মল্লকই। কপ্লিংবনা থজিল ফুনগৎলকই। শুৎ

শুৎ কপলম্বদগী পেন্নবা কপথোরকই। খনবমখৈ খল্লগা তৌফম খংলক্তবা মতমদা পেন্না পেন্না কপথোকচবনা ঙাইহাক পোথাফম ওইরকই।

কান্তসু তৌফম খঙদে। ঐমুক মমল য়াওদবা মীসিবু লৈরমখিদ্রা তত্তনা খল্লি। শামু মখোংদা থবক শুনবা ঙাইরিবশিংদুনা মাঙোন্দগী হেন্না মরাইবক ফৈ খল্লি। মানা মদু ঙমদ্রিবসি পাঙদবনি খল্লি। পাঙদবদুবু নমহৎপা ঙম্বা মাগী থৌনাসু তশেংনা লৈতে, মশানা য়াজে। কুইরবগী তুংদা ঠিকাগী পৈশা মচিং খরা ফংবা য়াবগী পাও লাকপদগী কান্তা আশা মচা অমা উরকই। য়ুমদা তুমিন্না শুবা য়াবা থবক অমা ওইনা গন্না অহৈবা শাগে খল্লি। চঙগদবা মচাক খুদিংমক্কী চঙগদবা পৈশাগী অঙ্ক হোৎলি। গন্না অমদা লুপা ২০ য়োল্লবদি য়ারে, ফল পুথোকই।

নুমিদাংৱাইরমদু কান্তা মানা তৌগদবা থবক্কী মবমদা ব্রাখল ইরাং লাংনা তুমিন্না ফম্লীঙৈ শাগৈগী ইনে থরোঙৌবী লাকই। মখুরা অতোম্বগী ইমুংদা চংখি। কয়াম কুইরবনো খঙহৌদে, ইনে থরোঙৌবীনা ঙাংনা ঙাংনা থোকলকই। " থা ২ ফারক্কদৌরে দুকান অমা হাঙলিবা। দুকান ৬ সিগী ভারানা ঙাক্তনি য়াওরিবা মরুপশিংসে। দুকান অমগীদি ভারা লাকত্রবনিনা, হিসাব অমা কায়রকলবনিনে।" কান্তানা সৎ হংদোকখি - "ইনেগী দুকানলো হাঙডিবো ?"

- " হোয়নেহে কনা কনানো খরা তারকউনে। ফমগে হায়ববুদি পংলৈ মরৈবা। অদুদা মীদাদু খরা য়েংদনদি হেক পামদবা। ভারা মতম চানা পীবা ঙম্মোইদবা, লৈত্রেগা, ব্রারেগা তৌগদবা, তিন্নবা নুংঙাইরোইদবদুদি কৈদৌনরুনি।" কান্তনা ফাগীওই করিওই, ইয়াং য়াংনা হায়রকই - "এঃ ঐ হেক্তা ফম্লগেনে।

- "খঙদে, নঙলা মীরা, ফগদবা; ভারা নুংঙাইগদবা হায়রিসিনি। ঐগীদি থুনা থিরিবনি।

কান্তা, ইবেতোম্বীগী মনাক্তা চংলক্তুনা ব্রাফমদু তানৈ। অনিমক ব্রাখল

মান্নরকই। আশাগী মঙাল লাকই। থা অসিগী মনুংদা ঠিকাগী পৈশা লুপা লিশিং কুনমুক ফংগদবা লৈরে। মদুনা ললোনশেন ওইরসি, লিশিং কুন দিপোজিৎ তৌগদবদুনা সনা মচা মচা খরসি কায়থোক্লগা, অৱাংপদুনা শেন্দোই কাবিদা পুবা লেপ্লরে।

দুকান ফম্বা থা ফাগদবা নুমিৎ তরুকনি চপ চানা ৱাংলিঙৈদগী ভারাগী পৈশা জমা তৌশিন্দুনা থম্মী। " ভারা নুংঙাইগদবা" হায়খিবদু নীংশিঙনৈ। মখোয় অনি থৱায় য়াওনা খন্নে পোৎ সিংপা সিংতবা, পৈশা লৈবা-লৈতবা মদুনা তোঙানবা ৱাফম্লি। তাং ৫ দা ফম্বা হৌবনি, তাং ৫ দা ভারা পীবা, শোয়বা য়াদে, থাজবা মাঙহনবা য়াদে। অৱা-অনা, লৈত লায়রবগী ৱারী পুদুনা লাকপা মীবু কয়াম তোইনা লাকহন্নিংগদগে। হেক উবদা থম্মোয় শোনথৈ, মায়োক্লনিংদে হায়দুনা লৈথোক্লীংগদবা ঙাক্তনি। মীওইবগী হৌনসানি। অদুবু, সেমজিন সাজিন্দুনা মাইয়োক্লবা তাই।

লোইনবা নুংঙাই, তিন্নবা য়াই হায়নবা; নোক্লিংদ্রবসু নোকশিন্না; ঙাংনিংদ্রবসু ঙাংশিন্না; চাওখৎ লম্বীদা লাক্লবা লম্বী শেম্বা হৌরকই।

করিগুম্বা থাদসু ভারা পীনিংঙাই শুদ্রবদা মীঙোন্দগী ৬ কাবিদা পুরগা পীবসু য়াওই। পুখ্খিনি পাখৎচবনা, দুকান্দগী লৌথোকপা ইমুংগী দরকার ওইবা পোৎ ফাওবা, তোঙানবা শেংগাওদগী লৌথোক্লগা দুকান বাকসিদা থাদজে।

নোংমা মনাওনুপী অতোম্বীদু মচেগী দুকান য়েংবোইনা লাকই। দুকানগী অৱাং-অপা পোৎ হাপতোক-হাপচিনগী খন্না- নৈনবা মরক্তুদা মসিমসু হায়রকই - " ইচে দুকান ফম্বা হায়বসিসু মীরক তিনবা হৌরবনি। লৈতে হায়দুনা, লৈতবদু তপতাখে উংথোকপসু য়াপোত্তে, মীনা উসিংলোই। নঙকসু ননাসু সনা মচেৎ অমা পক্তবা নঙনা পোৎ থাদোক থাজিন্দা, নোংফাদোক লুপা ৫০ দং ১০০ দং ঙাগে হায়কবদা মচুক পৈখিদৌতনি। ঐখোয় বেমবেগী সন অনি মখাইগী লীক মরি মচাদু উপুদা শুম লৈদৌ শরুক নঙ শিনরো। নুঙ মচা অমখক থিনবা শনখাই চংনিং ৬ কী ঐগী নানপ্পিদো চিন্নরো। মরুপ মচা অমা য়াওশিল্লসি

নঙগী ওইরসু ঐগী ওইরসু ইনথোক ইনসিন তৌননবা।

খঙহৌদে চহি অমা হেক ওল্লকপা মতুংদা খঙহৌদনা ভারা লুপা ২০০ হেনগৎলনি হায়রকই। চহি ২/৩ গী মতুংদদি খুৎফা লৈনরক্কুনা ভারা ফাওবদি পীবা কোন্নরনি খনজরবসু হৌজিকমক্তি কোন্নবা ঙমদ্রিবনি। মতম খর হেনবিখিনু হায়জসি খন্নে। হেনগৎপা ঙম্বা মীদা ফমহনজরগে হায়রক্লবদি হেনগৎহৌবা তাবনি, লেপ্পে।

নুমিৎ তাবদি কুইদ্রিবা, চপ চানদি মল্লবা মতম অদুৱাইদা কান্তা পুক্লিং ইনুং নুংঙাইতনা দুকান পরেং লৈরিবদু হায়ফেৎ য়েংনা যেংনা ঙাহৌ ঙাহৌ থোরকই। ইনে থরোনা দুকান অচৌবশিংদুদা চঙ চঙদুনা ভারা থৌবা ওইনা ঙাংনরিবশিংদু তায়। দুকান মপুদুনা খুম্মী " পোৎ শিৎমন্দদুনা উপাই লৈত তৌবনি, মথঙগী থাদা শোয়দনা পীজরগে।"

- তৌনু তৌনু, থা মরি ফারকএ, সিবু হৌনবরো ।

- শাওবীনু ইন্দোন, মথং থাদা থা অনিগী পুন্না ইনখৎচরগে, থংনবা থাদা অমুক লোইনা শেংদোক্লবা তৌজরগে।

- হোয়নে হোয়নে, পোৎনদি শিৎতে হায়রবনিনা খরা য়েংনরবা হায়দুনি। শোয়দনবদি হোৎনৌকো।

দুকান খুদিংমক্কু পাওখুম ইমান মান্নহৌই কান্তা মাগী দুকান্দা অমুক চংলক্কুনা ঙাইহাক ফমথৈ। ইনে থরোনা নোক-নোক্কুনা চংলক্লগা দুকান থনবা মান্নবা সরা সন্দুনা থমজরীবা পোৎ খরদু নুংঙাইনা য়েংলদুনা হায়রকই - ' কান্তো নঙগা ইবেতোম্বীগদি, দুকান ফম্বদগী নশক নচুবু থোকএহে ইবুংঙো। নঙদী রাশী ফবনরা মীনা নুংশিবনরা, মী পুম্নমক্না পোৎ শিৎনদ্রসু নঙদি অদুম শিৎলি। নঙনা নরাশী ফবগা; দুকান মফম ফবগা পুল্লবা হায়দু ওইরেহে ইবো। ইবেতোম্বীসু কয়া থুনা, মঙক্তা মনাদা সনা মচা অমমম পকচবা ঙম্মগেদোসে। ইমাইপেম্মা ব্রাহেংবমগী নন্দো মতৈ মনাওনা লিশিং নিফু দিপোজিৎ তৌরগে,

ভারাসু হেনগে ফমজরগেনা অমুক তোইবা খুমফম খুঙদ্রবনি। ঐনা ধর্ম্ম নত্তবা তৌরোই হায়দনা লৈথোকইবনিনে। কদাই কদাই ইনে লাকইঙৈসিদা পুখ্রগেদনা। হন্দক থাদগী ওইরমগনিনে, ঐনা হায়খিবদো।” কান্তা ৱা মখা তাবা ঙমদে। লুপা ২০০ হেনগত্তুনা ভারা পীখি।

নোংমা নিনি লৈরগা কান্তানা থংনবা দুকানশিংদা ভারাগী মতাংদা হৌদোক্লুই। খ্বাইদগী চাওনা ফগ্নীবা দুকান মপুদুনা হায়রকই। “ হৌজিক মতমসিদি ইবুংঙো, মীনা খিত্তং নুংঙাইবা, চাওখৎপবু উরবদি, নিয়ম চুম্বা লানবা খুঙদে মানা মানা ঙম্বা শক্তি শিজিন্নদুনা, মীগী মপোৎ মরলদো মখোয়গী ওইহৌগে সি ঙাক্তনি। পোৎকাসি মপান্দা অরৈবমখৈ থেন্দুনা থম্বগা য়াপোত্তে, মমিৎ চাওখিদৌরিবনি। ঐখোয় নুপীহোয়, লীক মরি অপৌবা কাদু সিজনিংবা কৌবনিনা নোংফাদোক সিরগা দুকান থোকচরকপদু ইন্দোন থোরকপা উরদি লৌথোক্লগা উরিক অমা হুকচিল্লিবনি। তৌশিন্নবা খরা য়াওদবা য়াপোত্তে। কারবার হৈতবা য়াদবনিনে মতমসে।”

চাওখৎ লক্ষ্মীদা লাক্লবা তৌশিন্নবা খরা য়াওদবা য়াদে হায়বা মন্ত্রসি কান্তসু শিজিন্নখি খল্লি কনা খুঙহন্দনা। অদুবু মন্ত্রদু মথক মখা ওন্নরল্লে হায়বা তশেংনা খুঙলক্লবসু অমুক শেমদোক্কে খল্লুবা ঙমদবসিনা হিংজগে হায়বশিংগী লক্ষ্মী থৎলক্লী হেনগৎনিংবশিংনা।

---

# পূর্নিমাগী ঈংলবা থাবলদুদা

ঐজ্ঞাবোক্কা হেক ফম্মিন্নরুবা, থেংনরুবা খুদিংদা লিলিস্নানা হেক-হেক হায়-"ঐসু হয়েং হনুরকান্দা ঐজ্ঞাবোক্তৌনা কেনা নান্না নান্না লৈবা ঙম্বা ওইজগে।" ঐজ্ঞাবোক্লা চরি তৎলপ তৌনা নোক্কুনা খুম্মি -অঙাওবিসিনা অসুম্না হেক্তো হায়বা, ঐবু হেক থাগৎপিরিবা নঙনা।

ঐজ্ঞাবোক্লা থিনবা চন্দোন, খুৎহৈবগী তুরিনা হাইজিনবা য়ারোই, ছাপাগী মযেক্তো নোংমতা খজিক হাজিনবা য়াওদে। তখেল্লৈ, মাল্লিকা, লৈহাও অমা নৎত্রগা অমা নোংমগী নাপদা চিন্দবা নুমিৎ য়াওদে, নুমিৎতুগী ঈশ্বরদা কৎচবা নির্মাল্যনি। মশুনুপা অমাখক য়াওবা অতাঙবদুনা ঐজ্ঞাবোক্কী ফমুংদা হেক হেক লাক্কুনা হিপ্লি। ঐজ্ঞাবোক্কী মোন ময়াদা থল্লীবা জাতিকুপ্লি, কবোকলৈ, কেতুকি মনমদুদা ঙাওজরিবা। ঐজ্ঞাবোক্লা - "হনুবী ফমুংদা হিপ্লিরনু" নুংশিনা হায়। "হনুবী ফমুংসে মনম নুংশিনে" মশুনুপাগী ব্রাতাদুদা ঐজ্ঞাবোক্লা ফম্মুংদুদা নৈশিনবিরম্বদু শিৎ শিৎ নান্দুনা অমুক শেমজিঞ্জবদা অৱাবা পোক্তে।

ঐজ্ঞাবোক্লা নোক্লা নোক্লা ঙাংলম্বদগী নোংমদি মপি হেক তানা, খোঞ্জেল নিক্লা হায়রকই - "নোংমগী শুদোক্লবা ফিরোল শেৎচবা, কাংখল, মোনখুম, মোমপাকফিদক ঈশিং মনম নম্লা হিপচবা ঙল্লিঙৈ, ঈশ্বরগী খুয়া য়ৌজনিংই। পাঙ্গলনদি শোঞ্জিল্লক, ফিশু-ফিজাম্বদি ঙম্লক্তা ইচা ইশুদা ঙাইহাক লৈতনা হায়জবসু ঙমদ মী চংলকপদা নমথি হঙ্গোইবা পোক্কদবা চহিদু য়ৌনদি হিংজরোই, মসিতনি ঈশ্বরদা নিজরিবা।"

কৈথেলদা য়োনবা উরৈরোম মকুপ্না শংবা পুঙৌ ফনেক ঐজ্ঞাবোক্লা সুকপাম পামজদে। মমাং শঙ্গোই ময়াদা হৌবিবা উরৈরোম পাম্বীদগী খুদক্তা হৈক্লুবা উরৈরোম মহৈদু নোইখাইদুনা, ফিশুহিদাক নিম লাক্কুনা, ঈশিং চাইরা-কৌরা, নুমিৎ হুমনি মরিনি চঙনা শঙবা ঐজ্ঞাবোক্কী পুঙৌফনেক্তি, লেক লেক

লাওনা, ফিশু তানা থোৎনা নৌনা ফজে। চহি ৭৬ মপুং ফারে হায়রিবা ঐজ্ঞাবোক মপোক্কিনি খঙদে, চেঙহী অফুৎপগী মপান্ননি খঙদে পোক হৌদে। মীনা কল্লক্লে, ঐজ্ঞাবোক্লদি "চহি মতাংসিদা পোক হৌমন্দ্রবসু পকত্রেদা, করি হিদাক্লা শংবনো হংবনসু কোঙ্গাই অমনি" হায়জে।

চাক্কোন্নরিবা মচানুপাসু মমৌসু ডাক্তর ঙাক্তনি। ইঞ্জিনিয়ারদুদি নুপী মপামদা লৈখ্রে। অমা অমগী নত্তে, চুম্মা মী লৈজদবগীনি। মচানিঙোল য়াওদে, পিবা অনিখক পোকচবদু মতিক চাবা মী অমমম ওইহন্নবা হোৎনরকপদা ইধৌগী মোহোরি ওইবগী তলবতুনা কোন্নরক্তুবদু মেনখৎনবতা নত্তনা ইমুংগী ঙাচেৎ-থুমচেৎ পুনবা হোৎনবদা ঐজ্ঞাবোক্লা ফি শারকপা চনাং থারকপা, ফনেক লোল্লকপগী ব্রারীদি লিরিমখৈ ঐখোয়সু ব্রাবা য়াওই।

ঐজ্ঞাবোক ডায়্যাবেটিজ পেসেন্টনি। হকচাং ফনবগী য়েংদুনা ঐজ্ঞাবোক হোয়গী ইমুংদি মৈতৈ চেঙ অফবা চাদে। ঐজ্ঞাবোক্লা চেঙ হাওতবগীদি ব্রাদে, চেঙহী ফংদবসিনি ব্রাজরিবা। মৈতৈ চেঙ অফবা চাবা থংনবা য়ুমলেংদা চেঙহী য়াবিনবা পাত্র হেক-হেক থমলুই। সংব্রে মনা হৈজাং মনা হাপ্তুনা মনম নুংশিনা ফুৎলি। ফুৎতবা চেঙহি নোংমতা লুজদে।

নোংমা ঐজ্ঞাবোক্লা মচিনবান নিক্লি নিক্লি, শিথ শিথ নোক্লদুনা লিলিস্নাদা তম্মী। ঙসাইদি ইঞ্জাং খর হেকচিন্নবা ইম্খোল চংগে তৌরিঙৈদা তোম্বীরৈনা লম্বী ফাওরকপগা থেংনরে। ঐবু মুন্না য়েংলগা "স্নাইবেম্মা কদায় লেংদোইনো" হংঙকএনে, অবোক্লা খুমফম হেক খংদ্রদুনা "অস্বাইফাওবতং চৎথোকউগে" হায়দনা খুম্মবনিনে। লিলিস্নানা খুম্মী - হোয়নে, ঐজ্ঞাবোক্কী ইচু তাবা অঙৌবা ফুরিৎ, ঙৌরবা চন্দোন, তখেল্লৈ নাচোম, তরু তরুবা উরৈরোম ফনেক, ফিজোন্দুদা কৈসু চৎলোই হায়রুরদি, থাজদবরা কেমল্লি খনবরা অমদি তৌশ্রদৌবা। - " হোয়নে য়ুমদা লৈবদা কেমল্লি নোক্লখ্রদরা হায়দনা খুম্মবনিনে।"

- অদুনি ঐজ্ঞাবোক অহল ওইর ওইরগা কেবা নানবা হেনগদৌনি। নহানা কেবদি ফজবদা ফজবা হাপ্পনি। অহলনা কেবদি অচাইবা উনা-ৱানা শিৎতোক্তুনা অমোৎপা মফমদু লুহনবগুম্বনি। মতুং মনাওদি কদোম লেংবিদোইনো হায়নবু হংলক্লবা থবক অমতং চৎতৌ লৈ হেক্তা খুম্বিয়ু। ৱাখল অনিমক ইয়াং য়াংন্নবা।

লিলিস্না ঐজ্ঞাবোক্বা য়াম্না য়ান্নজৈ। য়ুমথংনবগী মৌনি। লুহোংলকপা চহি অনি খরা হেলক্লে। মচানুপা অমসু লৈজরে। কেবা নানবা গৌরিয়া-ধর্ম্ম, ৱারী-ৱাতাইদা ওস্থোক্লা চান্নজখ্রবা। লিলিস্নাসু সনানি। তশেংবদি নহারোলগী শমজিনবী, অশেং-অমাং চৎনা লোনচৎ থওইদবদা অদুম য়াওরিবনি। মাগী অপিকপা ইমুংদা চুম্লগী নানজবা নত্তনা থোইদোকপা অশেং-অমাং, লাই-তিনগী থবক তৌদে। অদুবু মপাবুং পোকপী ঐজ্ঞাসিনা তাকপিরকখিবা অমখক্তি চপ চানা ইল্লি। "ইমুং অমা লোনচৎ অমা, লৈকাই অমা শৈশক অমা হায়বসি লুবনি। নিঙোল ওইবী নখোযদি লৈরু লৈরুবা ইমুংদুগী, তিন্নরুবা লৈকাইগী লোনচৎ য়েংনা মতুং ইন্দুনা চৎলু। নৌনা লাকপা হায়বসে, ফনা ফজবা, কান্নবা পোরম পুথোক্তুনসু হেক্তা ওইশিনবা য়াবোই। মপা মপুনা ৱারক্তবী, নাৎ-পু খংদবী তাখিনি। মখোয়গী অপাম্বদা নখোয়না হেঞ্জিল্লু। নুমিৎ থাবু হুইনা চাবরা ? নখোয়গীসু মতম লাক্কনি।"

লিলিস্নানা ঐজ্ঞাবোক্কী পামজবা গৌরিয়া ধর্ম্ম, ইমুংগী অশেং-অমাংগী ৱারী তৌজবদা থৱায় য়াওনা মতেং পাংসিল্লি। ঐজ্ঞাবোক্কী ফজবা য়ুম্বানলোন তমহৌদোইনি হায়দুনা ঐজ্ঞাবোক্কী ৱারী পুক্লিং চঙনা চঙনা তাবি। থম্মোয়নুংদা "হেনমনলি মতমগা চুনদ্রে" খনবা কয়া য়াওরবসু, ঐজ্ঞাবোক্কী অপাম্বদা মানা পাম্বা হেঞ্জিনবা উৎলি।

ঐজ্ঞাবোক্বা চাক্কোন্নহৌরিবী মমৌইবেস্মা ডাক্তর ফত্তবী নুপী নত্তে। তৌবতবু সাইন্সকি চাওখৎলবা য়ুগনি। কান্নদে মরম চাদে হায়বসিনা থাইনগী চৎনা-লোনচৎ, অশেং-অমাং, তৌহৈ-তৌহৈদে হায়বা কয়াবু সাইন্সনা

ককপসিনি মাগী পামজবী। য়েন, য়েরুম ইমুংদা থোংগনু হায়বসি মমৌ ডাক্তরনা য়ানিংদে। ডাক্তরগী হিদাক লাংথক্তা, শা, ঙা, তিলহৌ চনম পুম্নমক দরকার লৈ। হকচাং ফনবা অফবা অচা অথক শেম্বদা, শা, ঙা, য়েরুম য়াওই। থাইনগী অমাং-অশেং, য়াই-য়াদে হায়বসিনা কান্নদবদা হিংবদা খুরৌ ওইহল্লি অফবা কয়া মাঙহল্লি, অরেম্বদা মতম কয়া মাঙহল্লি। লাইরিক হৈতবা চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রবা মীদি অহল ওইসনু নহা ওইসনু তুমিন্না মতমগী য়াওনসিদা তুংইল্লু হায়বসিনি মমৌইবেম্মগী অপাম্বা।

লুহোং-খোংদোংবা, অকে-অমৌ চৎপদা ঐজ্ঞাবোক্লা মমৌবু লৈ নাচোম চিন্দুনা মরৈ পরেং শিহন্দুনা মমাঙ থানা পুজনিংই। মমৌনা মনাদা সনা ফাওবা চিল্লু য়াদে। লিক লৈ দরকার ওইদে। সনা লুপা শিদুনা কেবা স্টেনর্দড য়াওদে অহলগা থবক চৎপা খুরৌ থাঙই হায়দোকই। ঐজ্ঞাবোক্লা উরিক মরক্তা সনাগী অকুপ্পা লিক মরি মচা অমত্তং শিজনিংবা ফাওবদুদি খল্লুবগা মাঙখিবগা অদুম পুনখ্রে। মরমদি ঐজ্ঞাবোক্লা লৈ মচুগী ইন্নফি ইল্লুবদা ঐখোয় লৈশাবী কৌবী। ঐজ্ঞাবোক্লা নুংঙাইজদে, নোক্তুনা ইকাইবা খাঙজে। মণি-মমৌ মত মান্নদবনা ৱারীদা থবক্তা পুনবদি ইয়া য়াদে। য়েংথিনবা নুংশিনদবদি নত্তে।

ঐজ্ঞাবোক অহল ওইশিল্লকপগা, লায়না লৈশিল্লকপগা, না তাথিবগা তৌবসিদা মচানুপানসু মমৌনসু লাপ্না চৎথোকহন্দে, কুম্মৈ-ফিয়োং য়াওহন্দে। লাই-তিনগী, ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক্তমক চৎহল্লি। চাবা থকপা চেকশিনবনে, হিদাক লাংথক্লা য়োমদুনা লৈবনে মচা মমৌনা ডাক্তরগা ওইবনে ঐজ্ঞাবোক মীনদি নায় হায়বা থাজদে। কেজবগা যতনগনা মচু তানা লৈ। তৌবতবু য়ুম পাল্লবা মতুংদা মচা মমৌনা মমা-মপা নুংশিবা হায়বসি মনুংদা নুংশিবনা ৱাৎলকপা মপান্দা নুংশিবা শাবনা হেঞ্জিল্লকপা হৌনসানি। ঈশ্বর নিংজবদি ঐজ্ঞাবোক্লি কুম খুদিংগী পূর্নিমা নুমিৎকী ঝুলোন্দা গোবীন্দ খুরুম্বা লেঙবদি, তামোগা ইনমবেম্মাগা য়েংকা ওইগা নান্না কারদুদা লেঙখি। য়ুমদা ঐজ্ঞাবোক্লা কপ্না-কপ্না খুৎ

লোন্নদুনা থাপ্না গোবীন্দ খুরুম্মী। "ননাইদি পাপ চেনবীনিনা ননাক য়ৌবা ঙমদ্রে।" নহা ঙাক্তা চৎচবগী নুংঙাইবদা লুপ্লনরা, কুম অমত্তবু ঐজ্ঞাবোকপু পুবিদে।

কৈরোই-লৈকাই মমাংদা মমা-মপা, মনেম-মকু লুনা তৌই হায়নবগী ফজবদু লৈহন্নিংবনা দন্দি পাল্লবা নুংশিবনা ওইরম্বা য়াই, তাঞ্জা খজিক্তুং ফংবদা কন্থী থোক্লা মুক্লবসু ঙম্মী।

ঐজ্ঞাবোক্লা হন্দকসি তুমিন তুমিন লিলিস্নাগী মনাক্তা লাক্তুনা নুংঙাইরবা থৌরাং অমা শিন্নবগী ৱাতান্নবা হেক-হেক লাকই। ঐজ্ঞাবোক্কী থৌরাংদুদা লিলিস্নানা পাংগদবা মতেঙ ময়াম অমা হায়রকপদা ঐগ্যাবোক্লা তাহৌবোই তাহৌদবোই তৌবা ৱাহৈদ ফাওবা সুর কাইনা হরাওনা নোকচৈ। মশাদু খিং-খিং লাওনা চৎথোক-চৎশিন্দা খোংথাং থুবা হেনগৎলি।

অতৈ নত্তে, জলকেলি নকশিল্লক্লে। নহা ওইরিঙৈ অনা-অয়েক য়াওদ্রিঙৈ, ঐজ্ঞাবোক্কী মনেম ইবেম্মনা মমৌ সনাগী কুম খুদিংগী জলকেলি য়াওবা চিংথদনবা কন্না লাঙজৈ। মরন্নাই মন্দিলা লৈবীদুনা ঈশৈ য়াওবদা চঙগদবা মচাক মথুম পুম্নমক শেম শাবী। ঐজ্ঞাবোকসু কুম কাংদনা য়াওরকই। কুইরে য়াওখিদবা। কুমসিদি নাদ-য়েক্তনা হৌজিক লৈরিবা অশুম্লা শুম লৈরবদি কোনুংগী জলকেলিদা য়াওদুনা ঈশ্বরগী থৌগলসু ফংজবা ওইনা, কেথদুনা অমুক্তং ঈশৈ শকচগে মশিনি লাঙজবিবা। লায়নাগা ফৎতবনিনা মতুংদা অমুক য়াওবা ঙম্নিসু থাজদে, পাঙ্গলসু নোংমা-নোংমগী শোঞ্জিল্লকদৌবতা মঙাইরে হায়জৈ। অদুবু লৈম শিঙ্গ, সনা ঙাক্তগী মপুং ওইবা কুম্মৈদুদা ঐসু সনানি হায়দুনা, সাগৈ জাৎ মরক তিঞ্জবদুসু ঐজ্ঞাবোক্কী থম্মোয়নুংদা নুংঙাইজবিনি। লিলিস্নানা হংজৈ - "অদুদি ঐজ্ঞাবোক চৎথোক-চৎশিন্দি করম হায়না তৌনি?"

- "নঙ তামোদা ঙাইহাক থিনবা লৌবা তৌবিয়ু হায়রগবুদি য়েংগনি। মথৌনা চিঞ্জবনিনা শংদ্রগসু কোমলাম্নাসু, কেতুকিম্নাসু য়াওদৌরি, মখোয়গা

খোঙবু ওইরবসু য়ারে। ইমায়পেম্মা অবোক য়াওগনি হায়দুদা মখোয়না হরাওজখ্রিবা মহানি।"

- অদুদি ঐজ্ঞাবোক্কী চিন্নবা চিগোংলৈ মপালগী লৈদুদি জলকেলি য়াওবগীদি পিকমল্লি। ঐখোয় ইমাগী মথাং মরিগী কোখুরদু চিল্লদি চপ চারনি, ঐ কাইনেটিক থৌরগা সৎ হেক্তা লৌরুগে। ঐজ্ঞাবোক্কী অরুপ্পা লিক্কু অনি ওনবিদুখক্তা শিবদি নৌমল্লি, মরৈ পরেং শিশিরা, ঐগী লৈ।

- "হুং মরৈদি চাওমল্লে, অবোক ইকায়। মীনা নোক্লখিদনা।"

- "অদুদি ঐগী হৈনজোম মশুং অনি ওনবীদুনা চপ চারনি। লিক্কুদুগা পুন্না শিরশি।"

- খুদোপ্তি য়ুবী খুদোপ অমখকসিদা ঙাইদো।

- "ঐগী খোয় মহুম অনি লৈরে। য়ুবী খুদোপ্তুগা অহুম সুরদি য়ারে।"

- "এঃ য়ামল্লে য়ামল্লে।"

- লৈ নাচোমদি ঐজ্ঞাবোক্লা শেম্মো শমজিদা থেৎনবদি ঐনা শেমদোইনি, ফজবা তান্নদোইনি। পাওদরসু ঐগিদা মখল শুনা লৈরে।" পাওদর পল্লকপদা ঐজ্ঞাবোক্লা খোনশিদা চিংথদুনা নোকচৈ।

হংচিৎতি জলকেলি নুমিৎনি। ঐজ্ঞাবোক ঙাইহাক্তুং ফাওবা হিপতোকতুনা পোত্থাদে। মচা মমৌগী মমাংদা, পাঙ্গল কনবা, নাদবা, উৎনবা হোৎনবদা থবক ফবা হেনগৎলি। ঙস্তা হৌগৎতুনা ইমুং মাঙ্গোল ব্রাই শিৎলি। তরু-তরু তৈথোকই। হৈ-লৈ ঈশিং চাই। মচানুপানদি খোন হৌরপ হৌরপ চৈ - "ইমা নুংঙাইনা পোত্থা লৈয়ু, করিগী ব্রানবা থবক তৌরিনো, নারগদি ইমাদনি ব্রাগদবা, ঐখোয়না শিনবা য়ারোইদো।"

- নাদ্রেদা ইমা য়াম্না কল্লেদা, য়াম্না ফরে।"

ঐজ্ঞাবোক্লা মশা খিঙনা কোইনোম নোম্মী। লিলিস্নাদা কেশ্বরি চণদন তপ্তুনা লৈহনবদু চণদন উপুদা থমদে, ফি উপুগী মচি অমদা থন্নীবদু মরক মরক্তা হেক হেক য়েংজৈ। কুইনা শিজিন্নরুদ্রবা মন্দিলা, হৈনজোম হেক্তুনা লংত্রিক লংনা ফেংদোকই। মন্দিলা মরিসু তরু তরু শুদোকই। মৈতৈ কুমগী থম্বাললৈখোক অৱাওবদুগা, ৱাঙ্খে ইন্নফি পারপ তৌবদুগা তোঙান্না য়োমদুনা থম্মী। ঙৌরোক ঙৌবা মোনখুম, রুমাল ঙৌনা ঙৌনা শুদুনা কেতুকি হাপ্তুনা থম্মী। জলকেলি নুমিৎতা হেক চঙগদবা পুম্নমক উপুগী কা অমদা পুল্লপ মরোল মরোল থমজৈ। সোমদা লিলিস্নাসু ঐজ্ঞাবোক্কী কেনবা মচাক শুনা শেমদুনা থম্মী। জাচন্দনগী পর্ফ্যুম থাংদোক্তুনা থম্মী। ঐজ্ঞাবোক্কী রেশোনগী চেপল অমুবদু লৌরুদুনা নিংথিনা শেংদোকপিরে। নাকল অনিমক্তা থৌরাং লোইনরে।

ঙসিদি জলকেলি নুমীৎনি। লিলিস্না ঙন্তা হৌগৎতুনা ইমুংগী থবক লোইশিল্লি। চাক ঙন্তা লোইথোক্লগা ঐজ্ঞাবোক্কী কেবদগীনা চৎখিবা ফাওবা মতম কাইথোক্লবা শেম শাই। চাক ঈশিং লোইবা ফাওবগী মনুংদা ঐজ্ঞাবোক্তু মু-মা করিমতা হায়রক্তে। মথৌ চিনখ্রমালে খন্দুনা লিলিস্নানা ইমুংগী লোইশিনবা য়াবা লোইশিল্লম্নগা পুং কয়াদগী কেবা হৌশিগে হংঙুগে খন্দুনা লাকই। ঐজ্ঞাবোক মাঙ্গোলগী চৌক্রিদুদা ঙাথদুনা তুমিন ফমদুনা লৈরম্মী। লিলিস্না লাকপদু উরবসু কৌদে, হরাওদে, তপ্নদি য়েংঙকই। লিলিস্নানা ঐজ্ঞাবোক্কী মনাক্তা চংশিন্দুনা ৱাদি ঙাংদনা ফমথরকই।লিলিস্নানা ঐজ্ঞাবোক্তা মুন্না য়েংই। ঐজ্ঞাবোক্তি কদায়দনো অমা চুমদ্রিং য়েংই। মচিনবান্দু পেরি পেরি তৌরদুনা মমিৎতা ইরা চেল্লি। মরক মরক্তা শ্বর শাংনা হোল্লি, তিন অমুক অমুকসু য়োৎথৈ। তামো ডাক্তরনা ঙাঙনা ঙাঙনা থোরকই - "নাসু নারিবা মতম্না ফৎত্রিবা, হনুথংসিদা জলকেলি য়াওরুগেকো হায়দনা,শুকয়া য়ারোই হায়রিশিনি, য়ারোই য়ারোই ইরাঙনে ইরাঙ। " লিলিস্নাদা অমুক ওনশিল্লকই - "নঙনা ইমাসিদগী সনাকা ৱাইরুই হায়নে, ফজরনি ষন হনুবীনা কোনথৌরী থাংবা হায়দু মাল্লনেবা। তাহৌরগা লনশিংনদুনা তোক্লবা, ঐদি ওম্থোক্লা ইকাইখ্রেবা।" অমুকসু মমাগী মনাক নক্লা চংশিন্দুনা হায়রম্মী। - "শাওনু শাওনু ইমাগী ফনবা ঙাক্তনিকো

নচানা হায়রিসে।" হায়রল্লগা তামো ডাক্তর ইনমবেম্মাগা থোকখি। ইনমবেমনা নোক্রেম হায়গ্রেম ইঙ্জাবোক্তি তাহন্দনা হায়রম্মী। - 'ঐখোয় লৈশাবী কেনিংবীশে লাক্ল ৱাখ্রে চহি মতাংসিদা মীগী সনাগা ৱাইরুইনে, ইরাঙদি কনখ্রবা।"

মচাগা মমৌগা চৎখ্রবা মতুংদা ঐজ্ঞাবোক্লা মচিনবান্দু ইশুক-শুকথনা, খোঞ্জেল নিক্লা লিলিস্নাদা হায়রকই - "নঙ তামোনা য়াম্না চৈরে অবোক চৎলরোই। ননমবেম্মানা ঐবু ইরাঙ তৌই হায়নে, অবোক নুংঙাইতে। ঈশ্বরনা চানবীদ্রমাল্লে। ঐবু কয়াম শোল্লবনো খঙদে, শোল্লে, নারেতা হায়রিসিবো।"

- শোন্দে শোন্দে, কৈসু নাদে ঐজ্ঞাবোক য়াম্না কল্লি। কুইদ্রিদাইনে, তামো ইঞ্জিনিয়ারগী মচাগী বার্থ দে নুমিৎতা ঐজ্ঞাবোক্লা চৎচরোই হায়বদা নমদুনা পুবিখিবদো। হৌজিক মতমগী ঈশৈ তৌইগা হায়দনা থেঙনা হল্লকখিবদো। অদুনি ঐজ্ঞাবোক, অরিবগা অনৌবগা থেংগাইনবদা অরিবনা অকনবা চৈথেং ফংহৌবা অনৌবনা অঙম্বা হায়বদুনি। ইচা-ইশু নুংশিবনা অনৌবগী য়াকা ইঞ্জবদুনা, তামোগা ইনমবেম্মগনা ঐজ্ঞাবোকপু নুংশিরিসিদি। নুংশিননা লৈমিন্নবদুনি নুংঙাইবা হায়বসি। নুংঙাইতবা তৌরুরনু" হায়রল্লগা লিলিস্না হল্লকই। ঐজ্ঞাবোক্লা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা হায়হৌবশিংদু চৎনা চৎনা তায়, মায়দি ওনশিল্লমদ্রে "ইধৌনদি ঐঙোন্দা চৎলু হায় নঙ তামোহোয়দসু চৎহল্লু হায়, মখোয়না ইধৌনা হায়বসু তাবিদেনে।" লিলিস্নানা খল্লি পৃথিবীসিনা লৈরিমখৈ, মীওইবা হায়বসিনা লৈরিমখৈ ঐ-ঐগী মতম লোইরকপা, শোন্থরকপা, শিথরকপা শোইদনা লাক্কনি। ইরল-ইথুম, সম্পতি, ইখা থাবা পুন্নমক ঐগী খুবামনুংদা লৈজরগসু, মীখা পোল্লবা মতমদুদদি ইচা-ইশুগীসু মীখা পোনবা তাই। অসুম্না মাঙখিনি অরিবনা কপ্পা-কপ্পা অনৌবগী লংদাই শেম্বদা।

নুমিৎ তাখ্রে, থেংতক থোকলকপা পূর্নিমাগী ইংলবা থাবলদুদা ঐজ্ঞাবোক্লা মাঙ্গোলদা ফমদুনা মপুক্লিং নুংশিনা কপনিংবা খোন্থোক য়াওনা

জলকেলিগী ঈশৈ শকলকপদু লিলিম্নানা অঙাং পোদুনা শুমাংদা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলিঔেদা তারকই। মথানুংদা ইশি শিনা তুমলিবা মচাদুগী মখজায়দা তপ্না ঙারদুনা লিলিম্নানা ৱাহং অমখক হংবগুম তৌরকই- "নঙগী নরুম থুপ্তুনা হিংলকপা পুন্সি তাংকক্তুদা ঐবুদি করি ওইহনদৌরী।" পাওখুম ফংদ্রবসু পুক্লিংনদি থাজরি - থেঙল-থেঙলগা ইঙনা ফজবা হেনগৎলক্লীবা পূর্নিমাগী থাবলনা তাইবঙ পুম্বা তুমখুল হুনখ্রবসু মঙাল য়েনবা লেপতবগুম খঙবীনবা লৈত্রবা অৱাবা পুন্সিগী ৱারীসু লেপ্তুনা লিরকখিনি মথঙ-মথঙ পুন্সিনা লৈরিবমখৈ।

---

# মতমগী নোংলৈনা

মঙকশমদা সনাগী অপৌবা লীক মরি মখুৎতা মাকুতি জেন অমা, মশক মতৌনা লাই মচাগুম ফজে, ময়ুম্না মথোল অহুমগী বিল্ডিং। পুম্নমক সিনফাও হেন্দোক্লবদা, পিক্লিঙৈদগী মপান্দা লাইরিক তম্বা য়াবা মখৈ তম্বা লোয়রবা মতুংদা ময়ুমদা থোক্লকপা চহি ফারক্কদৌরে সুরজকুমার। মাবু উবদা মচা নিঙোল পোকপী মমা মপানা মিতাজবনা, ইনাক কৈরাক খুনবা মপা মপু কৈরাক থাবা মহৈ-মশিং মতিক চানা হৈরে হায়বসিদনি। লৈশাবীশিংনা ঙাওনরিবনা, হায়নবা পুম্নমক শোক্লবা গুণশিং অসিগী মথক্তা মপান্দা লাইরিক তম্নকপনি হায়বসিদনি, ইথক ইরাং কানা ঙাওজরিবা।

মিতানবা, কল্লক্লবা ময়ামদুগী মরক্তগী মানা খোয়দাজবা অমা হেক্তা খনবদা ফংবা হায়বসিদি লৈবাক্তা খুদুম্না শুবনি। লাইবক ফবীদু ওইহৌনবা মরি-মতা খঙনা চান্নবা থাদোক্তুনা, সুরজকুমারগী মরি-মখোঙ তুমিন-তুমিন থিনৈ, হংনৈ। উনা মরক্তা লোৎতুনা শাৎপা লৈনা লৈনম চাইরকপগুম ফোংনা শাৎপা লৈনা কেনা কেনা হায়রকপগুম সুরজকুমারগী মিৎমাংদা, নাকোংদা, নাক্তা, য়েৎতা, ফজবী মতিক চাবী নিঙোলশিংগী মপাওনা পুমথল থল্লি, পুমনিল নিল্লি, পুন্নাং লাঙঙি।

ওখাক ফরে হায়নবা, ইমুং-মনুং, মহৈ-মশিং মতিক চারে হায়নবা মরম ওকপা পাখঙশিংনা হায়জরুবদা নীংবা কায়বতা থংখ্রবা ফজবদা মপা লৈত্রবী ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী মচা নিঙোল অনুপমাবু মাগী ওইবা ইরায় লায়না ফংজরে। অনুপমা ইং-তপ্পি অচৌ অশাংগী মচানি হায়বগী চাওথোকপা লেমথোকপা হৈজদে। মমা মপানা হায়বা ইনবী ওইনি হায়দুনা চীং-লেম্না লৈজরকপনা হায়না শীংনদুনা সুরজকুমারদা লুহোংখিবনি।

অনুপমাগী মফমদগী নীংবা কায়খ্রবশিংদুনা শোন্নে, মাগী চীনবান

ময়াগী শমবুদু তং ফংজরবসু য়ারবনি। কনানা হায় মাগী তুমতক তৌবা নামীরবা নাতোনদুনি মিৎফম হোংবা ঙমদবা অমনসু হায় মাগী ঙৌরবা কুচু, নীংদু য়ৈনা শাংবা জ্বাই জ্বাই তাবা মুরবা শম্লাংদু য়েংনা য়েংনা য়েংনিংবনা ঙাওহল্লি। অমত্তং ফংজবদা য়ারে শোন্নজবা, ফজবা পুম্নমক সুরজগী ওইখ্রে।

লুহোংবা মতুং থা অহুম হায়রকপা অদুৱাইদনি, সুরজকুমার লাইহৌ তাম্না তাম্না হৌরম্বদগী খজিক তোয়শিল্লকপা। অনুপমানা হংজৈ মহৌশাসু অসুম্না হেক হেক হৌববা ? "ঐগী অতোপ্পা অনাবা অমতা লৈতে, অদুবু মরক মরক্তা লায়হৌ খবা-খরা হৌবশিনি ঐগী অনাবা হায়ববু।" অদুবু হন্দক্তি সুরজগী লাইহৌ য়াম্না তোয়শিল্লকই। অনুপমা পাখৎচৈ, নিংথিনা ডাক্তরদা য়েংথোক্লবা তান্নজৈ। লাইহৌবু ডাক্তর য়েংঙি হায়বরা, খরা লৈরগা অদুম ফজখিনি হায়দুনা থৌইনা লুনা খন্নরুদে। অদুবু অনাবনা শুম লাকশিল্লকপদগী ডাক্তরগী অকনবা লায়েং চৎথরকই।

থা অনিমুক শুজিল্লক্লে, সুরজগী মচিন্দা অহাওবা অমতা লৈরক্কবা। খজিক্তং চানিংবা, খজিক্তং হাওবা থিবদা অদুগী অদু মঙাই। চাবা য়াদবা চানিংদবা মক্তা ঙাইখ্রে। ঙৌরবা ফজরবা শকফমদু নোংমা-নোংমাগী মাঙখিবগী মথক্তা ময়াং কংত্রিক কংশিল্লকই। অনৌবা অনৌবীগী উপু কাংথোলগী রং মনম কোকত্রিবা, অনৌবা অহনবতনা থল্লবা কাদুদা, সুরজগী য়েনিং হুন্দ্রবা পুন্সিগী উরুম্না খঞ্জিনখিদুনা, অনৌবীদুগী ওইনজফম লাপখ্রে। অৱাবগী নাহেখোলতনা চিংশিনবিদুনা, অনাবগী সেবাদা মনাক নকচবা মঙাইরে।

লায়েংবা হৌনবা য়েংনা য়েংনা ডাক্তরগী হিদাক চানা চানা নোংমদি সুবজ স্বর হোনবা ৱারে হায়দুনা ৱানা খাংলম্বদগী মখোল থোক্লা ইমা কৌদুনা কপ্লকই। খাংঙমদনা লাওই, কৌই। পুম্নমক পাখৎনৈ কোইচেন চেন্নদুনা অনকপগী ডাক্তর কৌদুনা য়েংহল্লি। খুদক্তা হোস্পিটালদা পুখৎনবা লেপ্লরে। অসুম্না হোস্পিটালদা অমুক পুখৎ অমুক পুথা কয়ারক তৌরবা মতুংদা লুহোংবা মতুং থা তরুক মুক হায়রকপা মতমদুদদি, অরোয়বা মতম ঙাইনবা "এইদস"

কীদমক লায়েংনবা তোঙান্না থল্লীবা হোস্পিটালদা থম্লবা ডাক্তরনা এদভাইস তৌরকপদগী, অরোন-অথুপ পুম্নমক থাদোক্কুনা মফমদুদা ইফোং ফোংনা লৈখ্রে।

সুরজগী কুমওন হেক লোইবগা, মচা অমা লৈহৌবসু নত্তবনিনা অনুপমা মপামদা হন্নবা মমানা লৌবা লাক্লনি হায়নবা তাই। য়ুম্লোন কৈরোন্নবনা তুমিন তুমিন পাখৎনৈ। "করম্লো মশক্লে, মতৌনে, মগুন্নে, নুপামখৈ তোরা তুনা শিবা তারে।" সুরজবু য়েংখিবা ডাক্তরদুদা খঙনা চান্নবশিংনা তুমিন্না হংলুই, অনুপমাসু লায়না অদুনা শোয়দনা নারগদবা নৎত্রা ? "মদুদি শোইদ্রবনি" ডাক্তরগী পাউখুম্নি। অদুবু ঐনা হিদাক পিজবা হৌরবনি, মতম চানা হিদাক চাদুনা নিংথিনা মশাবু শেন্নদুনা পুক্লিং ব্রাখল ফাখদুনা হিংনবগী মওং খঙহন্দুনা পাওতাক পিবা হৌরবনি। মহাক জ্ঞান লৈবী নুপীমচানি। অদুবু খঙদে ঈশ্বরবু খুরুমজবা হায়বদুনি।

মপামলোমগীসু, নুপাময়ুমগীসু সঙ্গ লৈবা পৈশা পায়বা ঙাক্তনি। মাগী পুন্সি নুংঙাইনা হিংজনবা লক্সী শেম্বীবা ওইনা থবক মচা অমসু তৌহন্দুনা ময়ামগী মরক তিঞ্জরে। অখঙবদি খরতনি, খঙদবনা ময়াম্নি। অনুপমাগী ফজবা শক্তম নুংশিবা মতৌদা পাখঙ কয়াগী মিতানফম ওইরকই। অখঙবনসু অদুনি অদানি হায়রুবা কিনৈ। কনানা হায়রিবনো হায়বসিদা ইচুম চুন্না চিন্থিবা তাগদবদু লোইনা তন্নে।

অকে অমৌ য়াওদ্রবা চম্লবা অনুপমাগী মাইথোংদো লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা কুমগী নোংনা চামখ্রবা শেংলবা অতিয়াগুম থোইনা হেন্না লুনা নিংথিজরি। নীংবা কায়বগী শক্লোন্না কুপ্তুনা খিং-খিং লাওজদ্রবী মতৌবু ইঙাগী নোংলিক্লা লুমথরবী গুলাবকুম মীপুম খুদিংগী থম্মোয় শুমহৎলি। মহৌশা লাইরেম্বীনা শুমহৎয়াই থারবা মাগী নৌরিবা পুন্সিনা করম্বা পাম্বৈনা মশাবু শেন্নজগনি অব্রাবগী শ্বর হোন্নে।

মতমগী য়াওলদি লেপ্পা লৈতে লেপত্রবা পুন্সি খোংচৎতা অনুপমানা লেপ্পীবদি - "হ্ চেল্লবী, অশিবা হায়বদুনা ইনক নক্লা লৈরবী মাগী পুন্সিনা মীওই অমত্তদা হ্ য়েল্লম্লোই" হায়বসিনি। অদুবু ঙম্লক্তবা ৱাখলনা মাংওইনরক্লবদি মতোমতা শিজবা ঙম্বা থৌনা লৈজগে হায়না ঈশ্বরদা নিজৈ।

অনুপমানা চংলক্লিবা ওফিসতুদা এঃ ইঃ ওইনা লৈরম্লিবা সুরেশ ইং-তপ্পি মবুক মপাও ফৈ। মতম পুম্নমক্তা ৱা কয়া ঙাংগনদে। মানা ৱা অমতং ঙাঙলকপদা ময়াম্না নোক্লিংদ্রফাওবা নোকসিন্নে। ইরাই লায়বা ৱা ওইরবসু ময়াম্না খোইজংনা ঙাঙবা য়াওসিল্লি। মদুগী চপ চাবা মগুন লৈনসু অদুম ঙাংই। অনুপমাদা মাগী অইঙবা মমি অমা চিক্লা তারক্লিবসি, সুরেশনা ইঙনা ইঙনা পীরকপা ইঙ্গিৎ কয়াদগীনি। নুংশিবা করিনো খঙজরক্তনা ইঙাও ঙাওনা চম্না হৌজবকখিবা পুন্সিদা, কাইনবনি হায়বা মফম খঙদবা মৈরী অমনা চুবিদুনা মরম খঙদনা কাহৎলবা, লুখ্রাশিংদা চল্লবা পুন্সিদুদা ঙসিদি অশেংবা নুংশিবগী খাংঙমদ্রবা চৈনা অমনা পুঙমদ্রবা পুন্সিগী পোৎলুম মথকসিদা নম্থরক্লে। অঙকপা নুংশিবগী ময়ায়নি লাপথোক্লে খল্লগা নকশিনবা হেল্লি, য়েংলরোই খল্লগা উনিংবনা লাংতক্লে, লৈথোক্লে খল্লগা কৌনিংই, খল্লরোই খল্লগা নীংশিঙবা হেল্লি, হায়ররোই নিংলগা তম্লিংবনা ককঙাওনৈ, সিবু করি মতৌনো। বসন্ত ঋতুদা য়েন্নিং হুনমিন্নখিদ্রবা ময়োন্না লৈমায়দা কেনবদা উনবা মসিবু কায়না মৈচাক কৌরোইদ্রা ? অরোইবা লৈমায়থকসিদা কদায়দনো নুংশিবগী ৱারী, পুম্নমক অরেম্বনি।

য়োৎকি চেকপল মনুংদা চহি কয়া বন্দি থমদুনা লাকশিঞ্জরবী অনুপমাগী থম্মোয়নি। অদুবু নৌজরিবী মঙোন্দা বসন্ত ঋতুগী অইংবা নুংশিৎনা থোংনাওদা মাঙ্গোলদা হুন্নরি। লৈরাং খোইমুগী কুম্মৈ উবা ফংদ্রবসু, গুণ-গুণ খোঞ্জেল্লক্তা নোক খেবগী মখোল তারকই।

ফজবা নুংশিবনা পুল্লবা অনুপমাগী মফমদা কুইনা লোৎতুনা থম্বা ঙমদ্রবা সুরেশকী নুংশিবা মকা ফোংবা হৌরকই। চীনবান্না ফোংদোকপা ঙম্নদ্রিডৈ,

থম্মোয়না পাওখুম পিনরকই। অচম্বা ৱাহৈগী মপান তাংদুনা চমদবা থম্মোয় নকশিন্নরকই। অরোনবা নুংশি ৱারী কয়া লিনদ্রবসু ফাওনরকই। তাক্লবা নাইদনা থম্মোয় মশক খঙনরকই, ইকায়বনা নুংশিবা লোক্লরকই। ফোংঙমদ্রবা থম্মোয়গী পাওদম্না থম্মোয় থম্মোয় লুমথনরদুনা লুম্বগী চাং পাদম্নরকই। ঐনা হেল্লি নুংশিবা, ঐনা হেল্লি ককঙাওনবা, লোম্হোক্তবা নুংশি মিৎয়েং মীনোক্লা নুংশি মপাও ফোংনরকই। উদবদা লৈবা ঙম্নরক্তে। বসন্তগী য়েনিংগা মরোল থোক্লা কৌনরকই। লিরি হুম্বা মালংবগা চিরোল মশীং তোইনরকই। হৈরাং-লৈরাং পুম্নমক্কা মরোল ইরোল ফাওনরকই। মিৎকা মিৎকা য়েংনরি, চিনবান চিনবান মোমোন্নরি। শিন্নগদবগী লুমথরবা অনুপমাগী পিরাং ইরিক্লা কাইনা ঈচেল শেম্নবা তাঞ্জা য়েংদুনা নিক নিক লাওরি। নীংশিঙলকপা মিকুপ্তা খাংঙমদনা অনুপমা কপলকই, থম্মোয় শোক্লা হায়রকই - "ঐদি লুখ্রাবিনি হল্লকপিনি, ওইহরোই পুন্সিগী নুংশিবা, থাপ্লা চৎখ্রো ইনাক্তগী।" সুরেশনসু সমাজবু শিংনরকই, মিংচৎথিবা নুংশিৎনা নঙবু ফুক্কে হুম্নবসু অচৌবা পামেল ওইদুনা মাইরোং য়ানা থৎকনি, নঙগীদমক লেপকনি। অনুপমাগী মরোল থোক্লবা পিরাংনা চম্নবা সুরেশকী লুরবা ঈপাক্তা চেন্থরি। মাগী লেপত্রবা পিরাংবু উরগা সুরেশনদি খঞ্জরি-অনুপমাগী থম্মোয়দা ঐবু নুংশিবগী ইরিক্লা থল্লে। পিবু হেক্তা শিন্নবা য়াবরা ? ঐগী থম্মোয় ঈপাক-ঈমায় চোল্লনি মাগী নুংশি ঈরিক্লা।

চহি খরা হৌখরে। সুরেশতা মাগী ময়েক শেংলবা পুন্সি ৱারীবু নাকোইননা ইরবা চিঠি অমা পিখ্রে। চিঠিদুগী মতেংনা ওইরোইদবদা মিতানরুবগী মৈচাক পুন্বা উৎ ওনখিদুনা, সুরেশকী অচুম্বা লম্বী অমা থিজনবগী পাম্বৈ ওইরনি খল্লুবনি অদুবু নক্লরিমখৈ থোৎচবা, চিংথোক্লীমখৈ সাফু কনবা নুংশিবগী মরমচৎপু, পাঙ্গলথৌনা ফুক্লা পুরদুনা ইথা থাজদনা নোংমা সুরেশ লাকই। মমিৎতা পিগী ঈরা চেন্না হায়রম্মী - "হন্না হন্না লিশিংলকসু লৈখা তাসনু, তাখিবা মফম খুদিংদগী ঐনা নঙবু চিংখৎকনি। নুংশিবনা ঙমদবা করি লৈ ? ঐ নঙবু থাদোকপা ঙম্লোই। করিগী নিংহন্নরি, করিগী অকিবা ফাওরি, নঙগীদমক

ঐ লৈরি, ঐ লেপ্লি। নোংমা নঙবু পুদুনা চৎকনি। নঙগীদমক ঐ শিবা ঙমগনি।" সুরেশ অনুপমাগী পাওখুমসু ঙাইদে, চৎলগেসু হায়রমদে, খোংথাং থুনা চৎখ্রে।

অনুপমা নুংবংননা লেপহৌই। নুংশিবগী মফমদা ব্রারীগী অরোইবা লৈতে। অদুবু নুংশিবগী চন্নফম লৈত্রবদা ব্রাহে অমগী মফম লৈরক্তে। হায়গে খন্না পুক্লিংদা হৌরকপা ব্রাহৈগী নোংহৌ কয়া চিনবান্না লৈকংলা ওইখিদুনা, মিৎকী পিনা ঈচেল নাইহৌরে। কেল্লবা লৈনাদদি ঈশিং চাইরে পৎপদা থংলে, নুংশা শারে কেস্বদা ওইরে, নুংশিৎ শিৎলে খোঙগাওনবতা ফংলে। আশা য়াওদ্রবা পুঙ্গিদুদা নকচনিংবা নুংশিবনা, নক্ল-নক্লগা মৈচাক ওইরে, লাপ্লা লাপ্লগা মৈশা ফংলে। নুংশি ব্রাহৈসু, কায়না ব্রারীসু কপ্পখক্তা ওইখরে। অনুপমা অব্রাবগী ঈপাক্তা ইরাক্লরে।

ঙসিদি অনুপমা মশা ঙমদদুনা হিপ্লি। পুক্লিংদা চিংনবা ফাওই, ঐবু নাবা হৌরবরা ? ঙসি নিনি সুরে লাইহৌ তৌদুনা মশা ইনুং নুংঙাইতবা। ডাক্তর কৌদুনা থুনমক য়েংহল্লি। থম্মোয় চাওথোক্লবা থেমজিন ব্রাহৈনা অনুপমাবু থেমজিনবী "সিদি কৈসু নত্তে ইচম চম্বনি" অদুবু ডাক্তরগী থম্মোয়দা খল্লিবা ব্রাখল অমখক্তি অচুম্বনি। ইচলগী পুক্লিং ব্রাখলবু ঐনা থাগৎলি। নঙগুম্বী, মপুরোইবনা হুন্দোকপিরম্লবী খুদিংমক্লা নঙগুম্না হিংবা ঙম্লবদি তমথিরবা লায়না অসি থিংবদা খ্বাইদগী চাওরবা মতেং ওইগদৌরিবনি। অদুবু শেংনা হায়য়ু ঐঙোন্দদি লোৎকনু, নঙ তশেংনা অরানবা লম্বীদা ঙসি ফাওবা চৎলোয় খল্লিবা নত্রা ? ব্রাশক্তুনা হায়জরি ডাক্তর, ঐ মমাংদসু লানখিদ্রি মতুংদসু অশিবনা ঐবু পুদ্রিবা মিকুপ্তু ফাওবা ঐ লাল্লোই। লৈহৌরিবা হিংহৌরিবা জীব পুম্নমক্লা, মালেমসিগী ফজরবা ঋতু পুম্নমক্লা য়াওন্নদুনা হিংহৌসনু। মহিক চেন্দ্রবা অনৌবা পাম্বীগুম মহৈ মরোং চুমহৌসনু। চৎখ্রগদবা ঐনা থাদোকপগী থাদোকপা, অপাম্বা নুংশিবগী ব্রাখল পুম্নমক থাদোকচরবনি। অদুবু ডাক্তর, ডাক্তরনা ঐবু নুংশিবিরবদি ঐগী ইতেং অমতং পাংবিয়ু।

- হায়য়ু নঙগুম্লবী কয়াগী মতেংবু পাংলগে হায়দুনা ঙসি ঐখোয়না

থৌনা ফনা লেপ্লিবনি।

- সুরেশ খঙবিবা নৎত্রা ? ডাক্তরখোয়গী লৈকাইদগীনি। মানদি ডাক্তরবু মুন্না খঙই।

- নঙনা হায়রিসিবু এঃ ইঃ সুরেশরনে, খোংবান্তাবমগী ।

- মানি।

- মাবুদি ঐনসু য়াম্না মুন্না খঙই, য়াম্না ফবা অচঙবা মীনি।

- মানা ঐবু মৌনি, লুখ্রাবীনি খঙলবসু লায়না অসিমক্তি ময়েক শেংনা খঙজদবনি। মাবু থেমজিনবীবদা ডাক্তরগী মতেং নত্তনা ঙমগনি হায়বা থাজদরে। ঐনসু চিঠি অমা ইখুৎমক্লা পিজখ্রবনি ডাক্তরনসু ঐগী অরোইবা চিঠি অমতং মঙোন্দা পিবিবা ওইনা উন্নবিয়ু, পামিন্নবিয়ু।

থম্মোয় চাওথোক্লবা, অৱাবা ৱাখল খন্দনবা ৱারী কয়া, পাওতাক কয়া পিবিরম্লগা ডাক্তর, সুরেশকী য়ুমদা চুমদ্রিং লাক্লে। অনুপমানা হায়রকপগী মতুং ইন্না - ডাক্তরনা করিগীদমক লাক্লীবনো খঙলবা তুংদা, অচম্বা চেজেৎতা ইবা মখুম য়াওদ্রবা চিঠিদু হাংদোক্লুনা সুরেশনা পারকই।

**সুরেশ,**

ঐ লুখ্রাবীনি, হল্লকপীনি এইদসনা নারবীনি। ঐবু কাওথোক্লবা হোৎনবিয়ু। সংসারসি কন্নবা হোৎনসি । পুম্নমক্কী য়াইফবা ওইনবা নঙগুম্বা নুপা অমগী খ্বাইদগী চাওরবা থৌদাং লৈ ঐঙোন্দা। শাংনা ইরুদুনা কৈদৌনি। খোংগুলদা তারবী লৈ অমবু খুনগৎলুবা য়াররোই খঙলবনিনা হুন্দোকপা ঙম্বগী থৌনাদুতং নিজরি। কাওবিগনু - শাৎপদা য়াওবা ঙমখিদ্রবসু ঙসি কেনবদা য়াওরি নঙগী নুংশিবা।

অনুপমা

সুরেশ তুমিন্না লৈ। ডাক্তরনা হায়রকই - 'নুংশিবনা নুংশিদুনা থাদোকপা ঙম্বা মসিমক নুংশিবগী চাওরবা খুদোলনি। নঙগী মমল য়াম্লবা পুন্সিবু অনুপমানা কল্লে নৎত্রা ?

- মমল নাইদ্রবা নুংশিবগী য়েনিংনা পুন্সিগী অমুক হন্না চোংলরোইদবা মফমদুদা থল্লম্লগা করিসু লৈত্রবা পুন্সিসিবুদি মানা কল্লম্লে।

কয়াম কুইনা তুমিন তুমিন লৈনখিবা খঙহৌদ্রে, লুকথরিবা সুরেশকী মাইথোংদু য়েংলমদনা "নোংমা লাক্কে" হায়রম্লগা ডাক্তর থোকখ্রে। খাম্বা য়াদ্রবা সুরেশকী পিশিংদুনা ময়েক শেংনা য়েকলকই - "লেপ্লি হায়বতা ঙাইরবা অকংবা উপালদা মতমগী নোংলৈনা তত্তনা থেংলিবা।"

---

# অঙকপা

ঐনা শারেঙ ঙারেল অমগা, আলুগা য়োংচাক্কা ইরোনবা অমগা চাজরিবদু নিংথমথানি হায়দুনা ইমানা হৱাইথরাক্কা আলু অঙাংবগগী ফোঙফোঙ শাবা কাংসোই অমসু পুথোরক্কুনা হাওনা চারিঙৈদা মেম্মনা হৌবা লাকপনা হাল্লে।

ইমাগা ঙাইহাক ৱারী শান্নখিঙৈদা ঐসু লোইশিল্লে। ফিরোল মায়মিং হান্না লোইশিল্লগা চাবনিনা, চাবা হেক লোইবগা ইবানি প্রপ প্রপ থোরক্লে। গেট টুগেদর পাঙথোক্কদৌবিবা মফমদু য়ৌরকপদা মী য়াম্না তিল্লমলে। ফমফম থিদুনা হেক ফমথরকপদা থংননা ফম্লন্বী তোম্বীনা " থেঙঙিনা, করি ইঙ্গাং চারকই।" ঐনা ঙাইহাক্তং খল্লগা খুমদোকখি "হৱাইথরাক কাংসোই" মেম্মনা ঐঙোন্দা ইঙক ঙক্লা য়েংলকখি। মাগী অঙকপা মিৎয়েংদু উবদা ঐ নীংশিঙলকই মানা হায়খিবদু "খ্বাই য়াইস্কুল, উরিপোক সগোলবন্দ পুনগদৌরিবা মীতিন্নি, ৱাঙাং-শঙাং চেকশিল্লু। নকচরবসু লৱায় মকোক ইম্ফাল মমৈনি হায়বিবনি ঐখোয়সি। ফগদবা ফজগদবা ওইরবদি ওইদবা ঙাওবগীসু মফম লৈ। অৱাংবগসু এদজষ্টমেন্ট অনেম্বগসু এদজষ্টমেন্ট। মসিনি চপ মান্নবা চাওখৎপা, নঙগী চমফুৎতো ঐ য়াবোই।" ঐ মেম্মারোমদা মায়দি ওনশিল্লুদ্রে অদুবু মানা মখোয়দা হায়খিবদু য়াম্না শেংনা তাহৌই। "শারেঙ থোংবা অমা, ইরোনবা অমা চাদুনা লৈরম্বদু ঐগী ইমাংমক্তদনি।" মেম্মাদা য়াইস্কুল সনাতোম্বীনা মাদি ৱৌ থোংবা চারকই হায়খি। ঙশাই মখোয় ইনম্মা থেংনবদদি, হঙ্গাম অমা থোংই, য়োংচাক শিংজু অমা তৌই হায়রম্মী। ঐনা সনাতোম্বীদা ঙক্লা য়েংই, মখোয়না ঐবু ঙক্লা য়েংই। সনাতোম্বীনসু মেম্মাবু ঐগীদমক ঙক্লম্বা য়াই।

মসিমক্লা অঙকপা মিৎয়েংনা থল্লবা সমাজ অসিদা অচুম্বা অমনা ঙক্কনু হায়না থম্মোয় শেংনা হায়রুবদা ফাগিনি হায়দুনা নোক্কুনা লোইশিনখ্রগদবা

ঐনা শাওনা ঙাংখিবা রিক্সো ড্রাইভরসিনা খল্লমদৌরিসিবু "ওইনা চাওবী শিঙেলনি, পাখংনা লক্লবদা শুগৎলগা হেন্না ফজবগুম চৈরক্লগা হেন্না নুংঙাইজবদুনি হায়বদুরা ? রিক্সো থৌববু শাগল তেকপা খোইমুনি খল্লুরিবসিগী অর্থবু নুংদি নুংশিবা হন্থনদি য়েংবিবা হায়বদুরা ? নৎত্রগা মিৎয়েং খেন্নবা হায়বদুরা ? খেন্নবা মশক লৈত্রগবু, ফজবা নুংশিবা লৈরমগদ্রা । খেন্নবা লৈত্রগবু পুনশিনবগী ইথিল লৈরমগদ্রা ? ঐদি হায়নিংই - মান্নবা হায়বসিদি ইশানা ইশাগী থাক খঙজবদুনি। মশানা মশাগী মগুণ মাঙহঞ্জদুনা মফম মতম খঙদনা থৌগংদুনা তোক্লদবা মফমদা ঙংলুরবদি খোইমুগী মগুণ মাঙখিদুনা মহুদং ওইনা উরকলোইদ্রা। থম্মোয় মশক খঙনদ্রিঙৈদা ইশাবু মশক খঙহৌদ্রদি লৈরাং খোইমুগী ফজরবা লোনচৎপু করেম্নফম ওইরক্লোইদ্রা? খল্লু গুণ লৈবা খোইমু।"

কয়াম কুইনা ব্রাখলগী ইপাক্তা ইরাক্লরুবনো খঙহৌদে ওফিস মপা য়ৌবকপদা জ্ঞান খংতা তারকই। গেট ময়াদুদা হুরানবা অমা ফারে হায়দুনা ময়াম ওমশিন্দুনা লৈবস্মী। অমা চঙই ফু, অমা লাকই কাও তৌদুনা ওমশিল্লিবা মী অয়াম্বনা হুরানবদুবু ফুনিঙবা ঙাক্তা ওইনা তৌরস্মী। মীয়ায় হায়ফেৎ চল্লবা, কয়া মোং হাদবা নুপা অমখক্তি মীয়াম্না ফুবিবদু য়েংবসু ঙমদা, খান্নুবসু ঙমদা মচিনবান্দদি তপ্না "ওকএদা", "য়ারেদা", "থাদোকপিখ্রোদা" হায়দুনা লাপতক্লা লেপ্পুনা লৈরস্মী। কদোমদগীনো হুবানবদুদা তমলকপা লৈতুম অমনা হায়দোরক্লুনা মাগী চুবাদা পানখ্রে। চৈনাখোল খাঙবা ঙমদ্রবা নুপাদুনা ময়াম্না য়েংশিল্লকপগী ইকাইবসু, চৈনাখোল খাঙবগী অব্রাবসু তাইনফম খঙদ্রদুনা হুরানবদুদা চেনশিল্লগা কিন্না পেন্না-পেন্না থিনবদু ময়াম্না অমুক খায়্নে।

ঐসু কদায়দগী লাকপা থৌনানো খঙহৌদবা অমনা খোন কন্না হায়খি - " হৈ রিক্সো; সে পৈশা লৌ।"

---

# ব্রাহংদুগী পাউখুম

মখোঙসু মতোলসু থবৎ থবৎ ককথৎপিরবা ওখাক চাওরবা হৈনিং পাম্বীগী মউদু পুখ্রি মপান্দুদা শাংনা তাদুনা লৈরম্মী। নোংজুথাগী মমৈ হায়রপ ওইরকপা মতমদুদনি ঐনা থেংনরুবা। ফৈনা হায়থদুনা য়াংফক তাদুনা লৈরবা মউদুগী মখোঙদগী মতোল ফাওবা অনৌবা য়েন্নিং হুন্দুনা চোংলিবা য়েন্নৌশিংদু উবদগী খঙবনি হৈনিং পাম্বীনি হায়বা। পুঙলিবা মনাগী মওংদু যেংলগদি, হৌখিবা নিংথম মমৈদা য়ানবা ওইরমগনি খল্লি, নোংজুথা লোইরগা উখোং ওইনা শিজিন্নবা। খল্লুই করম্বা আশাদা করম্বা নুংঙাইবগী ইহুল লাক্কুনা অশুক নিংথিনা হুল্লিবা য়েন্নিঙনো ? মপুদুনা ঙাইরিবদি মাগী অনৌবা য়েন্নিঙদু নত্তে। খ্রক খ্রক কংলবা মকু ফাওবা য়াওদ্রবা শৃৎ নানবা উখোংদুনি। ইমিৎসিদা উরকখি, নোংমদি শোয়দনা কেমদুনা মাঙলগদবা য়েন্নিঙশিং, মপাল শাৎত্রিঙৈ, মহৈ য়ান্দ্রিঙৈ। ঐনা হংখিবগুম তৌখি "নঙগী নরাল নত্তরা? মফম চাদনা, মতম নৎতনা করি আশাদা অনৌবা য়েন্নিঙ চোংলুরি ?" মানা খুমলকখিবগুম তৌই - "করিগী থম্মোয়দা ইথিলদুদি ফাওহনবিরি? অইংবা নুংশিৎ, ফোং-ফোং শারবা নুংশাগী মৈশা, ঈনিল কারবা ঈশিং মনিল মখোয়দি করিগী লৈরল্লি, কায়রগদবা আশাবু ঙাইদুনা।"

---

সুরেশ তুমিন্না লৈ। ডাক্তরনা হায়রকই - 'নুংশিবনা নুংশিদুনা থাদোকপা ঙম্বা মসিমক নুংশিবগী চাওরবা খুদোলনি। নঙগী মমল য়াম্লবা পুন্সিবু অনুপমানা কল্লে নৎত্রা ?

- মমল নাইদ্রবা নুংশিবগী য়েনিংনা পুন্সিগী অমুক হন্না চোংলরোইদবা মফমদুদা থন্নম্লগা কবিসু লৈত্রবা পুন্সিসিবুদি মানা কল্লম্লে।

কয়াম কুইনা তুমিন তুমিন লৈনখিবা খঙহৌদ্রে, লুকথরিবা সুরেশকী মাইথোংদু যেংলমদনা "নোংমা লাক্কে" হায়রম্লগা ডাক্তর থোকখ্রে। খাম্বা য়াদ্রবা সুরেশকী পিশিংদুনা মযেক শেংনা য়েকলকই - "লেপ্পি হায়বতা ঙাইরবা অকংবা উপালদা মতমগী নোংলৈনা তত্তনা থেংলিবা।"

---

# অঙকপা

ঐনা শারেঙ ঙারেল অমগা, আলুগা য়োংচাক্কা ইরোনবা অমগা চাজরিবদু নিংথমথানি হায়দুনা ইমানা হৱাইথরাক্কা আলু অঙাংবগগী ফোঙফোঙ শাবা কাংসোই অমসু পুথোরক্কুনা হাওনা চারিঙৈদা মেম্মনা হৌবা লাকপনা হাল্লে।

ইমাগা ঙাইহাক ৱারী শান্নখ্রিঙৈদা ঐসু লোইশিল্লে। ফিরোল মায়মিৎ হান্না লোইশিল্লগা চাবনিনা, চাবা হেক লোইবগা ইবানি প্রপ প্রপ থোরক্লে। গেট টুগেদর পাঙথোক্কদৌবিবা মফমদু য়ৌরকপদা মী য়াম্না তিল্লমলে। ফমফম থিদুনা হেক ফমথরকপদা থংননা ফল্লম্বী তোম্বীনা " থেঙঙিনা, করি ইঙ্গাং চারকই।" ঐনা ঙাইহাক্তুং থল্লগা খুমদোকখি "হৱাইথরাক কাংসোই" মেম্মনা ঐঙোন্দা ইঙক ঙক্লা য়েংলকখি। মাগী অঙকপা মিৎয়েংদু উবদা ঐ নীংশিঙলকই মানা হায়খিবদু "খ্বাই য়াইস্কুল, উরিপোক সগোলবন্দ পুনগদৌরিবা মীতিন্নি, ৱাঙাং-শঙাং চেকাশিল্লু। নকচরবসু লৱায় মকোক ইম্ফাল মমৈনি হায়বিবনি ঐখোয়সি। ফগদবা ফজগদবা ওইরবদি ওইদবা ঙাঙবগীসু মফম লৈ। অৱাংবগসু এদজষ্টমেন্ট অনেম্বগসু এদজষ্টমেন্ট । মসিনি চপ মান্নবা চাওখৎপা, নঙগী চমফুৎতো ঐ য়ারোই।" ঐ মেম্মারোমদা মায়দি ওনশিল্লুদ্রে অদুবু মানা মখোয়দা হায়খিবদু য়াম্না শেংনা তাহৌই। "শারেঙ থোংবা অমা, ইরোনবা অমা চাদুনা লৈরম্বদু ঐগী ইমাংমক্তদনি।" মেম্মাদা য়াইস্কুল সনাতোম্বীনা মাদি রৌ থোংবা চারকই হায়খি। ঙশাই মখোয় ইনম্মা থেংনবদদি, হঙ্গাম অমা থোংই, য়োংচাক শিংজু অমা তৌই হায়রম্মী। ঐনা সনাতোম্বীদা ঙক্লা য়েংই, মখোয়না ঐবু ঙক্লা য়েংই। সনাতোম্বীনসু মেম্মাবু ঐগীদমক ঙক্লম্বা য়াই।

মসিমক্লা অঙকপা মিৎয়েংনা থল্লবা সমাজ অসিদা অচুম্বা অমনা ঙক্কনু হায়না থম্মোয় শেংনা হায়রুবদা ফাগিনি হায়দুনা নোক্কুনা লোইশিনখ্রগদবা

মীরক অসিদা পাংথোক্লিংবা অচুম্বদি য়াম্না লৈরি। ঐনা ঐগীদমক মীনমজবদি ঐগী মাংজবনি ঐগী তোংজবনি, কনাদসু শোক্তে। ময়ামগীদমক ঐনা মীনম্লবদি ঐগীদি তোংজৈ ময়ামগীদি মাঙজৈ। অরানবা মরকসিদগী ঐ লাপ্না চৎখ্রগে হায়রুবদা, ঐবু মুন্না খঙবীবা অমখক্লা হায় - "অচুম্বদু অমুক্তংদি শেংনা খঙহল্লু।" কনানা হায়রগা থাজগনি, চিনখুম মান্নসি ব্রাশক্লখ্রে হংলক্কদবা খুদিংমক। অরানবা খুদিংমক চিনখুম মান্নখ্রবদা, মতোমতা মান্নজরকপা অচুম্বগী চিনখুমদুসু মান্নবা মরক্তুদা তিনখ্রে। অসিগুম্বা ওইদবা কয়াদগী শেন্দোং কয়া ফংখ্রবা মখোয়না ঐবু পঙই হায়দুনা মী ওইনা থানবিদে। অদুবু হীরম খুদিংমক্তা ঐবু মখোয়গী মরক্তা য়াওহন্নিংই। ঐগী ইতুং ইনবিয়ু হায়বদি অমত্তা য়াদে। ঙক্লীবদি মখোয়গী মরক্তা ঐ য়াওজরোই হায়ববু শিদৎনা য়াদে। মরোল থোক্তবা অমখক্লা হায়রকখি ঐঙোন্দা "নঙবু থাজবদি মীয়ামগীনি।"

---

# খোইমুগী মগুণ

ইখুৎতা গাড়ি মচা অমা পায়জবগা পাবুংগী কার অমগা লৈবনিনা হায়বা তায়, ঐ রিক্সো পাক্লা তোংনবা মতম লৈতে। লম্বীসি অঙকপা ফংনা রিক্সোনা থল্লি। নুংতিগী থেংনৈ, নুংতিগী উই, রিক্সো ড্রাইভরশিংনা তত্তনা থেংনরিবা অৱাবা কয়া, ট্রাফিক পুলিসনা সিট ফকপি, লিচৈনা গাড়ি মনিংদা ফুবী, অথী অথীবা খোন্না চৈবা লাওবা, তানবা কয়া কয়া। লম্বীগী মতাইদা পরেং পরেং তোংবিনবা মী ঙাইদুনা লৈবা, থওইনা লেপ্তুনা য়েংঙুবা নত্তবনিনা ঙাইহাক ঙাইহাক্তুং থেংনরম্বনিনা ঙাইদুনতা লৈবগুম উবসু ঐগী ৱাখলনি। কালেনগী শারবা নুংশাদা নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদা উখা ৱাখাদা হিপ্তুনা পোত্থাবা কয়াসু তত্তনা উই। খন্থরুবদা য়াম্না নুংশি রিক্সো ড্রাইভর। লাইরিক হৈরবা থবক ফংদ্রবা নহারোল কয়া য়াওরি খল্লুবদা ইরায় লায়না ইচম চম্না হেক য়েংলুবসু ঙমদে। মখোয়নসু নৈনরম্বা য়াই, নুংতিগী চৎলিবা ঐখোয়গী মওং মতৌ, ৱাঙাং শঙাং, লৈবাক মচা তাবা তাদবা। তশেংনা মখোয়বু য়াম্না লায়না, য়াংনা খল্লুব ঙমদে। নোং ফাদোক মতা চারুদুনা মিৎচানরুবসু য়াওই। তুপিনা লাইবক ফাওবা খুমজিনখ্রবা, ফিনা কোয়েৎ য়েৎশিনখ্রবা চিনবান নাতোন্দগী লেমহৌরিবা, তরু তরু পাংলিবা মমিংতু উবদা সিনেমা ড্রামাদা মগুন লৈরবা হেরো কয়ানা রিক্সো ড্রাইভরগী রোল লৌবদু হেক হেক নীংশিঙলকই। মখোয়সু থবক শুবনি হিংননবা ঐসু ওফিসার লৈশাবীনি হিংননবা থবক শুবা চৎলিবনি। মখোয়দসু চপ চানা ব্যাবহার তৌফম থোকই, নুংশিনা লোয়নফম থোকই, তত্তনা খল্লি।

নুমিৎতু ঐগী ৱাখলদা নুংঙাইজবা অমা ফাওই। ঐগী গাড়ি মচাদু য়াদদুনা থন্নমবা তারে। মমাংদদি গাড়ি য়ারক্তবা কয়া য়াওরবসু ইপ্পাশিংনা নৎত্রগা তামোনা স্কুটরদা, কারদা অদুম থিনবিবনিনা রিক্সোদা অমুক্তা ওফিস

কাদ্রি। ঙসিদি লোয়না চৎথোক্লখিবনা থিনবীনবসু অমত্তা লৈত্রে। ঙসিমক লোইশিন্দবা য়াদবা থবক খরা লৈহৌবনা রিক্সোদা ওইনা ওফিস কাবা তারে।

য়াদ্রবা গাড়িদু ইন্সিল্লন্নগা তপতক্লা থোরক্লে। লৈরক্কী অকুৎ-অতোঙ, নুঙচাক মরক্কুদা খুনিং ৱাংবী খোংউপ্তুগা চৎপদা মঙম ইশান শান্দে। রিক্সো য়ৌরগা পোত্থারগে খন্দুনা খরা কল্লপতি চৎলি। লৈরক্কগী শোরোক অচৌবা হেক তারকপগা, লাপতক্লা রিক্সো পরেং লৈরিবদু উই। অচম্বা নুংশিবা ৱারী ৱাতায় শান্নদুনা, হিংনরিবা পুন্সি মথেল, থেংনরিবা মতমসিগী লাম্হেং কয়া পোপথোক্লদুনা, শিনফম খেন্নরবসু ঐখোয় চপ মান্নবা মপোক্কি হায়বা উৎতুনা লম্বী ৱারী ওইগে খল্লি। খন্না খন্না চৎলিঙৈ মখোয়গী মনাক হায়ফেৎ নকলকপা অদুৱাইদা, লৈশাবী মচা অহুকখক মখোঙনা চৎলিবদুদা মখোয় ময়াম চঙদুনা লক্লে। অঙকপা খুলক্লনি অমনা অমা হায়, অমনা অমা হায়, নুপীমচাশিংদু মখোঙ থাংবা থোক্তবা হায়বদু য়ৌই। রিক্সো থৌববু ময়াম্মা হন্তনা য়েংলিবা মিৎয়েংদুগা শেৎলিবা ফিজেৎতুগা, অমোৎপা ফিজোলতনা তঙাই ফদবা ওইরবা ফিভমদুগা, অচৎ অওকশিংদুগী মমাঙদা লৈশাবীশিংদু য়াম্নসু ইকায়বা য়াম্নসু শাওনিংবা মাল্লি। নুপীমচাশিংদু মখোয়না থোকপা মচিন্দা অকনবা ৱাহৈ ৱাতা খরাসু য়াওনা ঙাংবোই শাওবোই তৌদুনা য়াম্না হৈনদনা মপাদু লাম্হোকখ্রে। মখোয়না ঙাংবদা ময়েক শেংনা তাহৌই "নচৎতুনা রিক্সো থৌরিনি।"

অচৎ অওক্তা থোয়না ভাব ওইশিন্দনা মখোয় খরা অমা ওনশিন্নদুনা ৱারী শান্নরিবদু অমুক তারুই। "ভাই ঙরাংদি পৈশাসু ফংবা ৱাখলসু নুংঙাইবা মশক ফজখ্রবী লৈশাবী মচা অনিখক ফনা লাপনা থিল্লুই, ৱারীসু অরোয়বি। পুদনা পুরদি হনু হন্থি পুববুদি লৈশাবী পুবনা ফৈনে হা, ৱাবসু ফাওদবা। " লৌশিং অমা তাকপিগে, ছাটিন তুপ্পি নুপীনবু তোংগে হায়রবদি, ছাটিন্দো সিত মনুংদা নমদুনা থম্নবা শিন্দোক শিনজিন তৌ। মখোয়না কুমথবদা কাওরম্বনা অয়াম্বনি। ঐগীদি ছাটিন্না ৱাই চায়রে। য়োনবদসু মশিং খঙদ্রবনি।

হনুবী অশোনবী অমনা রিক্সো ফারিবদু অমুক উরকই। অমদা অমুক

হায়, অমদা অমুক হায় চীনখুম মথণ্ড মথণ্ড মান্নে। "অবোক মঙোন্দা হায়য়ু, মা থিলহল্লু, ঐদি চৎলরোই।" হনুবীদু মথং-মথং লাপথোকখি। মখোয়না ব্রা-ব্রা নোকহৌই।

ঐসু রিক্সো অমা ফারগে খন্দুনা মখোয়গী মনাক্তা চংশিল্লি। নুপামচা অমদা হায়রুই " ইবুংঙো পোরোমপাৎ ফাওবদং থিনবিয়ু য়াবরা ?" খঙহৌদে, ময়ামদুনা য়ৌ য়ৌ লাওরকই মশক ফজেহে থিনবিয়ু থিনবিয়ু, "অসঃ পৈশা য়াম্না পায়রমদৌ মাল্লিকো, পৈশা য়াম্না লৌ" "ঐঙোন্দা হায়দা তৌনি, ঐ ওইরদি ঙসাইনা থিল্লনি।" "ফজেকো পামজেকো"। ঐ ঙাইহাক্তং জ্ঞান মাঙই। করিনো মখোয়না তৌরিসিদি, মায়সি য়ং য়ং লাওরকই। ঐঙোন্দা হন্না য়েংলম্বা অচৎ অওকশিংদুগী মমাংদা মাইসি ইচপমুক ঙাংখি। শাওনিংবনা থজিল ফুনগৎলকই। ঐবু খঙবা কনানা উরমগদরা ওস্থোক্লা ইকাইজখ্রেদা। পেশেঞ্জর জিপ ওইনা তোংঙুরসিরা খন্দুনা মায় হেক ওস্থোরকপদা, ঐনা অহানবা হায়নখিবা রিক্সোদু তপ্পা থৌরক্তুনা তোংবা য়ারনি হায়বগী মওংদা ইনাক্তা থৌজিল্লক্তুনা খাম্মী। ঐসু তপ্পা তোংখৎলি। নিংদোলদি তিং তিং চোংলি। খিত্তং থৌরবা মতুংদা ঐনা হায়রুই 'রিক্সো ড্রাইভরশিংসিদি য়াম্না চাওখৎতবজাৎনিনা, ঐনা মখোয়বু খল্লুবগা মখোয়না তৌথোক্লক্লিসিগা ওস্থোক্লা খেন্নরমখ্রেদা। হৌজিক্কী মখোয় ময়ামগী মওংদুদি ঐ য়াম্না শাওনিংই। মান্নরুবা কান্নদে খন্দুনা তুমিন্না লৈবনি, ঐ য়াম্না শাওনিংই।' মহাক করিমত্তা খুল্লক্তে। ঐগী ব্রাখলদদি করিগুম্বা খরা হায়রক্কদ্রা খনবনি। ইতোমতা অমুক খল্লি - ময়াম্বু পুনখ্রবদি থরোইনা মনিং ককই হায়বা কাওই হায়বদুরা ? নাইতোম তারবদি নুপাসু পাঙ্গল শোল্লিনে। তুমিন-তুমিন মখা তাবা ব্রা অমতা ঙাংনদনা ফনা শাংনা চৎলমলে।

" লৈহিনা থল্লবসু লৈনম্না য়োন্নবসু, গন্না থক্তা ফুগায়না শাৎলসু, শাগল তেক্লবা খোয়মুগী ঙ্রং-ঙ্রং ঙংবা মখোলদা মায়সি ইচপমুক ঙাংনা, নতোন নাকচি হুমাং কানা, লুকথদুনা চৎপা তাখিবরা ? রিক্সো থৌরবসু খোয়মুগী গুন্দি হল্লমদে। লৈবু উরবদি ঙংবনা মথৌনি হায়রিবরা ?

ঐনা শাওনা ঙাংখিবা রিক্সো ড্রাইভরসিনা খল্লমদৌরিসিবু "ওইনা চাওবী শিঙেলনি, পাখংনা লক্কবদা শুগৎলগা হেন্না ফজবগুম চৈরক্লগা হেন্না নুংঙাইজবদুনি হায়বদুরা ? রিক্সো থৌববু শাগল তেকপা খোইমুনি খল্লুরিবসিগী অর্থবু নুংদি নুংশিবা হন্থনদি য়েংবিবা হায়বদুরা ? নৎত্রগা মিৎয়েং খেন্নবা হায়বদুরা ? খেন্নবা মশক লৈত্রগবু, ফজবা নুংশিবা লৈরমগদ্রা । খেন্নবা লৈত্রগবু পুনশিনবগী ইথিল লৈরমগদ্রা ? ঐদি হায়নিংই - মান্নবা হায়বসিদি ইশানা ইশাগী থাক খঙজবদুনি। মশানা মশাগী মগুণ মাঙহঞ্জদুনা মফম মতম খঙদনা থৌগংদুনা তোক্কদবা মফমদা ঙংলুরবদি খোইমুগী মগুণ মাঙখিদুনা মহুদং ওইনা উরকলোইদ্রা। থম্মোয় মশক খঙনদ্রিঙৈদা ইশাবু মশক খঙহৌদ্রদি লৈরাং খোইমুগী ফজরবা লোনচৎপু করেম্নফম ওইরক্লোইদ্রা? খল্লু গুণ লৈবা খোইমু।"

কয়াম কুইনা ব্রাখলগী ইপাক্তা ইরাক্লকবনো খঙহৌদে ওফিস মপা য়ৌরকপদা জ্ঞান খংতা তারকই। গেট ময়াদুদা হুরানবা অমা ফারে হায়দুনা ময়াম ওর্মশিন্দুনা লৈরম্মী। অমা চঙই ফু, অমা লাকই কাও তৌদুনা ওমশিল্লিবা মী অয়াম্বনা হুরানবদুবু ফুনিঙবা ঙাক্তা ওইনা তৌরম্মী। মীয়ায় হায়ফেৎ চল্লবা, কয়া মোং হাদবা নুপা অমখক্তি মীয়াম্না ফুবিবদু য়েংবসু ঙমদা, খান্নুবসু ঙমদা মচিনবান্দদি তপ্না "ওকএদা", "য়াবেদা", "থাদোকপিখ্রোদা" হায়দুনা লাপতক্লা লেপ্তুনা লৈরম্মী। কদোমদগীনো হুরানবদুদা তমলকপা লৈতুম অমনা হায়দোরক্নুনা মাগী চুবাদা পানখ্রে। চৈনাখোল খাঙবা ঙমদ্রবা নুপাদুনা ময়াম্না য়েংশিল্লকপগী ইকাইবসু, চৈনাখোল খাঙবগী অৰাবসু তাইনফম খঙদ্রদুনা হুরানবদুদা চেনশিল্লগা কিন্না পেন্না-পেন্না থিনবদু ময়াম্না অমুক খাম্নে।

ঐসু কদায়দগী লাকপা থৌনানো খঙহৌদবা অমনা খোন কন্না হায়খি - " হৈ রিক্সো; সে পৈশা লৌ।"

---

# ব্রাহংদুগী পাউখুম

মখোঙসু মতোলসু থবৎ থবৎ ককথৎপিরবা ওখাক চাওরবা হৈনিং পাম্বীগী মউদু পুখ্রি মপান্দুদা শাংনা তাদুনা লৈরম্মী। নোংজুথাগী মমৈ হায়রপ ওইরকপা মতমদুদনি ঐনা থেংনরুবা। ফৈনা হায়থদুনা য়াংফক তাদুনা লৈরবা মউদুগী মখোঙদগী মতোল ফাওবা অনৌবা য়েন্নিং হুন্দুনা চোংলিবা য়েন্নৌশিংদু উবদগী খঙবনি হৈনিং পাম্বীনি হায়বা। পুঙলিবা মনাগী মওংদু য়েংলগদি, হৌখিবা নিংথম মমৈদা য়ানবা ওইরমগনি খল্লি, নোংজুথা লোইরগা উখোং ওইনা শিজিন্নবা। খল্লুই করম্বা আশাদা করম্বা নুংঙাইবগী ইহুল লাক্কুনা অশুক নিংথিনা হুল্লিবা য়েন্নিঙনো ? মপুদুনা ঙাইরিবদি মাগী অনৌবা য়েন্নিঙদু নত্তে। খ্রক খ্রক কংলবা মকু ফাওবা য়াওদ্রবা শৃৎ নানবা উখোংদুনি। ইমিৎসিদা উরকখি, নোংমদি শোয়দনা কেমদুনা মাঙলগদবা য়েন্নিঙশিং, মপাল শাৎত্রিডৈ, মহৈ য়ান্দ্রিডৈ। ঐনা হংখিবগুম তৌখি "নঙগী নরাল নত্তরা? মফম চাদনা, মতম নৎতনা করি আশাদা অনৌবা য়েন্নিঙ চোংলুরি ?" মানা খুমলকখিবগুম তৌই - "করিগী থম্মোয়দা ইথিলদুদি ফাওহনবিরি? অইংবা নুংশিৎ, ফোং-ফোং শারবা নুংশাগী মৈশা, ঈনিল কারবা ঈশিং মনিল মখোয়দি করিগী লৈরল্লি, কায়রগদবা আশাবু ঙাইদুনা।"

---

# অশাঙবা থৌরী

অয়ুক্কি চাক্লেনসিগী মতুংদা ঈশৈগী প্রোগ্রামনি। ঈশৈ শরুদবা ময়াম অদুগী মরক্তা সুচিত্রাসু য়াওরিবদু উবদা হাইফেৎ ঙকচান্নে। মান্নবা ওইরমগদ্রা খন্দুনা অমুকসু মুন্না য়েংলুরি। অশেংবনি মহাক সুচিত্রানি। মাবু ঈশৈ শকপা য়াওগদৌরিবরা নৎত্রগা খঙন-চান্নবগী ওইনা লাক্লিবরা, মওল মওল খল্লি। মাবু উরুবদা মানা শকখিবা কাওঙমদ্রবা ঈশৈ কয়া মথং মথং নীংশিঙলকই। হেক লুহোংখিবদগী মাগী নুপানা য়াদ্রে হায়দুনা ঈশৈ শকখিদ্রবনি মাগী খোঞ্জেলদা ঙাওজবা কয়ানা প্রোক প্রোক চাক্লখিবশিংদুগী মরক্তা ঐসু অমনি।

চাক চাবা লোইরগা ঐখোয় অনি অহুমদং চিকতক তৌবা কা অমদা ফম্লিঙৈদা সুচিত্রানা য়াম্না হরাওনা "ইচেম্মা" হায়না চেনশিল্লক্তুনা ইনাক্তা ফম্লে। ঐসু মাঙোন্দা হংনিংবা ব্রা অমা লৈবনিনা মানা লাকপদু হায়ফম খঙদনা নুংঙাই। মানা হান্নবু হায়বকই, - "ইচেম্মনা লৈবিরম্লিবসি ইচম চম্না ওইরম্মোই। ঙসিগী প্রোগ্রামসিগী অচৌবা থৌদাং অমা শোয়দনা পুবিগদবা ওইরমগনি।"

- " হোয় চুম্মী হায়গদ্রা; ঈশৈ গ্রুপসিগী সেক্রেটরিসু ওইশিল্লুরে, নঙনা খঙলিদুনি ঈশৈ হৈবগী নত্তে থব্রায় য়াওবগীনি। ঙসিগী কোম্প্যারসু ঐনা ওইগদৌরিবনি।"

- "ইচেম্মা, ইচেম্মমুক লাইবক ফবীসিবু লৈরমগদরা । রেডিওদসু, টি. ভি. দসু ইচেম্মগী দ্রামা, সিনেমা হেক লাকপা খুদিংগী ইচেম্মবু ঐনা লাইবক ফবীনি হায়না অদুম সোনজরিবনি। ইচেম্মা, তাম্মোদো য়াম ফৈকো। তাম্মোনা ইচেম্মগী পুক্লিং থৌগৎপিবদগী ঐখোয় পুম্নমক্কী কল্লক্লফম ওইজরীবনি। তাম্মোদু ঐদা নত্তে, কলাদা ঙাওজবা নুপীশিংনা, তাম্মোগী ব্রাখল্লোন্দু য়াম্না থাগৎচরকই তশ্বীয়ুকো।"

- " হোয়নে হোয়নে, নঙনা হায়রিবশিংদুদগী খরগা অমুক হেনগৎনা তম্মুবনা হেন্না ফগদৌবা মানবা অমবু য়াওরি। অদো নঙবু ঈশৈ শক্কদৌরিরো ?

- "শকতৌইনি ইচেম্মা। চহি ১২ গী মতুংদনিনে ঈশৈ শকপা অমুক থোরকইসে। অঙাংসু অহুম সুরে, অতোনবদু ক্লাস থ্রি কারে।

- হৌজিক্তি নোয় ইবুংঙোদু অদুম য়ারবরো ?

- য়াবা হায়রিসে ইচেম্মা, হোয় য়াবা হায়তারে।

ঙসিসু মানা থিনবিরকই। পুং তরুক্তা লৌবা লাক্কনি। কলাকারশিংদা, ঐগীদি পুং মঙা অদুৱাইদা শকচগে হায়নরম্লিবনি। অমুক নৌনা শকপা হৌরকইসে, ঙসিনা অনিরক শুবনি। নহালমুক্লা ভৈগ্যচন্দ্র ওপন ইয়ার থীএটর (বোট) তা শকই। মদুদসু পুং তরেৎতা ইনাওনুপাগা চৎহল্লি। পুং তরেৎ মখায়দা হল্লক্রুদি চঙহল্লোই সিনি। চাক ঈশিং প্রপ প্রপ লোইশিল্লম্লগা চেল্লিনি। কলাকারশিংনসু ঐবু নুংশিরম্মরোইদজাৎনি । মখোয়গী সেরিয়্যাল নমদুনা শেমদোকহল্লগা পুং তরেৎ মখায়দা নংনবা হল্লিনি। য়ানরিসে সিনি। মাসু ঈশৈবুদি য়াম্না পামজবনি। অদুদা ইনেমবোক্লসু কয়া য়াদবা, মৌ মশেল মরক্তসু নোক্লবোই, করেম্নবোই কয়ামা, মানা অদুগুম্বশিংদু থেংনবসু তনবা। মরক্তুদা মাগীসু খরদি অমুক য়াওরিবা। মীমাং থোকপনিনা খিত্তং কেরুরে, ইরাঙ তৌরিরা হায়দনা ক্লুং ক্লুং ঙংঙক্কনি। পৈশা থাবা ময়াম চংঙকপদো পাখৎপনা লোইরে। খুৎ তিংথোকপা ফাওবা কিজরে। ঈশৈ নীংশিঙবরা মা নীংশিঙবরা মথোং খংলক্তরে। য়ুমদা হল্লগা হরাও হরাও ঙাংজরুবসে খঙঙে হায়সিনা নুংশিৎমুক কুঙই। ঙসিসু চৎলমদাইদা কেবগী চৈরক্কদরা হায়দনা, ফিগে ফাওবা শেৎতমখৈ মুগা সুটসে শেৎচরক্লবনি, অদুসু মাগা চৎমিন্নদৌবনিনা কেনিংঙম্লরোই সিনিসে। য়াম লৈদা ইচেম্মা। কলাদা ঙাওজবা, কলাবু নুংশিজবা ঐখোয়দি য়ুম পাল্লমদবনা য়াম্না ফরম্বজাৎনি। ইচেম্মদি লোইবা ফাওবা লৈদৌরি ওইরিনি।

- করি ৱানোনে ইবেম্মা, ঐসু নুপীনিনে মপু পাল্লিবা। ইঙক্তা থৌরী

মখুত্তা থৌরীগী মতোল। পুং নিপালদা লৌবা লাক্কনি। লোইবফাওবা য়াওনিংই হায়রুববু পুমতোক তোক্কেরা হায়হৌই।

- খঙদেদা ইচেম্মা প্রোগ্রাম অমত্তং নে তানা নুংঙাইনা য়াওজবা হায়বদো য়ুম হেক পাল্লকপদগী ফংদ্রে।

- অদুনি ইবেম্মা, খিত্তং থেঙথখিবা তাঞ্জা হায়বসি য়াওরক্তবা য়াদবনি, খরসু লায়না খনদোক্লসি হায়রুববু চেকশিনজরিনি, পাম্মুজরিনি, নুংশিজরিনি ফজহন্নিংদুনা শেন্নজরিনি, অসি ঙাক্তনি হায়রকইবা।

- ইচেম্মা,  নুপাশিংসিনা ঐখোয় নুপীসিবু মখোয়গী মখুৎতা লৈবা মরল অমনি, মখোয়না শিজিন্ননিঙবা মওংদা শিজিন্নবা যাবা, মসিনিনে মখোয়না খল্লিবসে। ঐখোয়গী ইনিংতম্বদি অমত্তা লৈতবা।

- এঃ মদুমকসু খল্লুখিনু, অচুম্বা ওইরবসু। নুংশিবদা কপ্পা নোকপা থাদোক্লবা য়াদবগুম চেৎনা পুনবগীসু কোম্না থাদোকপগীসু অৱা-নুংঙাই য়াওদবা হৌনদে। চেৎপদা য়াওরিবা চেকশিনবদুগা, কোম্বদা য়াওরিবা মীরায়বদুগগী অৱা-নুংঙাইগী খল নঙ ঐনা ওল্লুবা ঙম্মোই। চৎখি হায়বগীসু ৱাবিদবা, লাকই হায়বগীসু হরাওদবা নুপানা খম্বলবিদবগী অৱাবা ৱাকৎসু লৈরম্লোই খল্লুনু। ঐখোয়গী ইনিঙ তম্বদি য়াবিবা হায়বসিনি খনদোকসি।

- য়াবিবা হায়বসিসু থম্মোয় অমগী মখাদি অদুম পোল্লগদবা নত্রনে ?

- অদুনবু খজিক্তং পাকথোরকপা, চাওথোরকপা, শাংদোরকপা থম্মোয়গী দরকারনি লৈরক্লিবসি। ঙসি নঙগীসু ঈশৈ শকচনবা তানজা অমা লাক্লিদনা। রানীবালা, সুনিতাখোয়দি ঙসি ফাওবা থোরক্লেদনা। ঈশৈ শকপদি হায়রুনু, তাবফাও লাকখিদ্রে। মখোয়দো নুংশি থৌরী অতেনবনা পুনখ্রবনি। মখোয়বু পুল্লিবা থৌরীদুদগী নঙগী থৌরীনা খরা হেন্না শাংবা, নঙোন্দগী ঐগীনা অমুক খরা হেন্না শাংবগী ৱানি। নুপী অমবু মশক উই হায়দুনা, মনিং তম্না পাইরিবা উচেক্তুনি খল্লুবা য়াদে, চেকপলদগী লিংথোরকপ মঙকতু ওইরম্বা

য়াই। মখোল তায় হায়দুনা উশাদা তোংলমালে খল্লনু, শম্বলদগী খোংলকপসু ওইরম্বা য়াই। মপুরোইবনা কেরোসিন, পেট্রোল, মৈখেৎনা মমায়দা মৈফম ওইহনখ্রবী নুপী কয়াসু করি থৌরীনো অমনা পুন্দুনা মপুরোইবদুগী মনাক্তা হিংজরি। মীফুথীবা, য়ুঙাওবা মপুরোইবদুগী য়ুমদুদা করি থৌরীনা পুনবনো খঙদে, মৈথক্তা ফম্বগুম হিংজবী নুপীসু য়ামনা লৈ। সনাগী থৌরী ওইরবসু লুপাগী থৌরী ওইরবসু, নুংশি থৌরী ওইরবসু, করিনো খঙদবা থৌরী ওইরবসু পুনগদৌবা লৈরবনিনা, অশাঙবা থৌরীনা মফরে। কনানা খঙনি, পৃথিবী মতায় য়ৌনা চৎপা থুংবা অশাঙবা থৌরী কয়া মতম্মরা থম্মোয়নরা পুরকপসু, ঐগী নঙগী অপিকপা খুজি মখোল, অয়িংবা চেঙহী মনম্মবু থোংজিল ৱাংবা লান্দ্রবদি, ঙাইখিসি ইনাওসিদি।

সুচিত্রাগী নুংশিরবা ঈশৈশিং শকখ্রে। নুমিদাংৱাইরমগী পুং তরুকসু হৌখ্রদুনা, য়ানবগী থৌরীনা চিংদুনা চৎখ্রে। অপাম্বা ঈশৈ অমত্তংগা শকপীরম্মবা মীয়ামনা হায়জরকপদু অকক্লবা ঈশৈ মশিংনা রাওন্দ নাইনা শেমখিবনা মথঙগী রাওন্দ ঙাইবিনবা হায়জখ্রবসু ঙসিগী ওইনদি অমুক শক্লরোই হায়বসি ঐতনদি খঙই। পুং নিপাল তাখিবগা ঐসু অতোপ্পা কোম্প্যারদুদা শিন্নরম্লগা য়ুমদা হল্লক্লে। অদুবু অহিংগী পুং বারো ফাওবা চত্থগদবা ঈশৈ শক্কদবা ময়ামগী সেরিয়্যালদুদা খ্বাইগী অরোইবদা লৈহৌরিবা লুহোংখিবা কুইদ্রিবী ববিতাগা সুরবালাগগী মমিং লৈহৌবদু মিৎসিদা শঙ শঙনা হেক হেক উরকপদা, আশাগী মঙালনা অথেঙবা অহিংসিদা ঙাল্লক্লি।

---

# নুংশিবগীরা থৌদাংগীরা

মেমচা ঙসিদি ও খোংনা কপ্লীংবা হায়দু হেক য়ৌরকই। চুম্নতগী ইমুংগী কুপনোম, ইশ্বোল শম্বলতা নত্তনা থবক কাননবগী লাল কয়া অসিগী মরক্তা ঙরাংদগী অমুক থা নিপাল মপুং ফারক্লবী মচা অতোনবীদু মশা শাগৎতুনা থাদোকপসু ইয়া য়াদ্রে। চহি অহুম হায়রকপদা ঙাইরিবী মচানুপী য়াইমদুসু পোবীয়ু হায়দুনা মমাদা তান্না তান্না কপ্পি। খজিক্তং স্তান তারমানে খনজরিবী মচানুপী অহলগী পুং নিপাল নংনবা চাক অমদি টিফিনগী নিংঙাই। মিকুপ অমা পোত্থাফম লৈরক্তে। অশোম চাকখুমদা পুনলিবী মনেমবোক্তা মশা ঙমদ্রিবী মচাদু শিন্নরল্লগা ওফিস কাদৌদু খল্লুবদা ইনুং নুংঙাইজদবা অমসু ফাওই। হেন্দা হেনজিল্লক্কদবগুম তৌরগা ছুটি লৌরগেসু খল্লি। মপুরোইবদি পোষ্টিংদা লৈখ্রবনিনা, ইমুংগী অৱাবসি করিমতা খঙদ্রবনি, করিমতা য়াওদ্রবনি। হেক লাকপা নুমিৎতা মানা ৱাজরিবা ময়ামসি মপুরোইবদা লিজরগা অৱাবা পোকথোক্লগে অমুক্তং চাওথোকচগে মসিনি তত্তনা খল্লিবা, মাগী পোত্থাফম ওইজরিবা।

ঙসিদি ছুটিনি ইশ্বোলগী নাপিদুম খজিক্তং ফোইদৎকে খন্দুনা মশা শোন্তক তৌরিবী মচা অতোনবীদু পোশিল্লগা হৌরুবনি। য়েংঙু য়েংঙুবদা ফোইনিংঙাই মক্তা ঙাইশিল্লকই। হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলি। মতেকশিমতং লোইশিল্লগা তোক্লগে, ৱাৎহৌবশিংসিনা কোন্না তাঞ্জা অমুক য়েংলগে খন্না মায় হেক ওন্থোরকপদা শশিকান্ত পোৎয়োম চাওতক তৌবা অমা পায়রদুনা চংলকপা উই। মেমচা অৱাবা পুম্বা কোকপগুম তৌই। হুমাং তৈথোক্লুনা য়েংলকপদা নোকফেৎ য়াওখিবা খঙহৌদে। " মেমচা, মেমচা" শশিনা ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা কৌই। ইশ্বোল মতোললোমদগী মেমচানা "লাকএ লাকএ, লাকপা উরদনা প্রপ-প্রপ চেল্লকইনি" হায়দুনা ইমুংদগী চরু খুদাপ অমা পুথোরক্লুনা শুমাঙদা মৈ ওকই। শশি মাগী পোৎয়োমদু পুদুনা ময়ায় কাদা চঙখ্রে। অঙাংসে নঙ্গলদা তুমখ্রে হুমাংনসু লোয়রে অমুক্তা শুন্নমখিগে

হায়দুনা মেমচা তুমফম কাদা চঙলকই। অয়ুক্কুদা ফরক তাবা কাঙ অমা অনি পায়রম্বদু উবদগী কাঙখল চিংথরগা য়েপশিনবা হৌরকপদা মঙাইরি। চাকশংদগী শশিনা খংলাও লাওরকই 'কদাই লৈগে নঙবো, কৈদৌরিগে, য়ুমনেনা হেক য়ৌরকপগা খোইদৌসে হেক্তা শাওগৎপা, লাকঅব্রো?' মেমচা পাখৎপোই, ঙকপোই চেনশিল্লকই। করিনো, কৈদৌরে হংগে চীনবান লেঙবা হৌরকপদা ঙায়রি অমুকসু খংলাও লাওরকই "পোৎ অমত্তং থিরকপদা হেক্তা মফম খঙদবা, করম্বা য়ুম্বান্নো সিবো? অতৈসু নত্তবা চেগপ। পোৎপু মাগী মাগী থমফম নাইনা থমদবসিবু করি য়ুম্বান্নো? কৈদৌ লৈগে নঙবো, হা ? য়ুম মখাদা লৈরিরোইয়ে, কোইচৎ চৎতনা লৈকাই কোয় লৈরিনিনে।" মেমচানা চেগপু মনিঙথোঙ ৱাংমদা লৈরিবদু উরকই। মচানুপীনা ঙসাই পায়দুনা শান্নখিবা হায়ফেৎ নীংশিঙলকই। অয়ুক্কি থবক্লা চীনবান ফাওবা কাথোকখিবদগী উমশিনবা শংখিদবা মতমদুদা চেগপকী ৱাখলদি ওন্থোক্লা লাপলুরে। শশিগী মতৌদুদা অদুনি অদানি হায়গদবা হেক তন্থে। " কৈদৌ লৈগে" হায়বা ৱাহৈদুনা মেমচাবু পোষ্টিং মফমদগী তাঙনা লাক্লিবা মপুরোইবগী মনাক্তগী শৎ-শৎ চিংথোকপগুম তৌই। থোঙ্গালদা লৈরুশিরা, য়েন্নখাদা ফম্মুশিরা পঙখন্দা খল্লি, পি ইরা চেনগে তৌরকই। মিকুপমুক্তং খল্লুই য়ুম্বানবসিবু সিনা লাল্লি, সিনা চুম্মী, 'সি তৌগদবনি, 'সি তৌরোইদবনি হায়বগী ঙাঙনবা লাওনবা অসিখক্তরা ?

মপান্দা কার মখোল তায় হায়দুনা য়েংথোকখিবদা মেমচাগী মতৈ অহলগা মচেগা হল্লকপা ওইরম্মী। কদোমদৈনো মচলনুপী ৱাংখৈ ওংবীদুসু কাইনেটিক্কু থৌজিল্লকই। মহৌশানা ইরাঙতা লাঙজবী ৱাঙাং নুংঙাইবী মচলদুনা নোক্তুনা হায়রকই - "এঃ ওন্থোক্লা নুংশিননা হনমিন্নরকএদা নোংমতগা হেক শাওনরমদৌ মান্দে"। মনম্মানা ফি মচিনা চীনবান খুমদুনা মমিৎ কুপ্তুনা, নোকফেৎ তৌনা লোল্লপ হায়রকই। - "তুমিন লৈয়ু ঙসি হুমনি শুরে কৌনদবা।" মচল নুপীনা কন্না অমুক্তং নোকথোক্লগা, শুমাঙদা নোকমী নোকমী তৌদুনা লেপহৌরিবা মবুঙবু য়েংলম্লগা ইমুংদা মনম্মগা চঙমিন্নখি। - 'নহাল কৌনরিঙৈদা ঙসি ফিল্ম রিলিজ অমা য়েংসি হায়নখিবা মতম চানা মাসু

লোইশিল্লি, ঐসু। গাড়ি ষ্টার্ট তৌখিবগা ঐসু অদুম থোকই, তোংই, য়েংঙুরে। হল্লকইবসিনি, ব্রা ঙাঙনদে।' মচল নুপীনা হৌনা হৌনা নোক্কুনা করি-করিনো মখা তানখি। মেমচা ঙাইহাক মঙ মঙলুবগুম, ব্রারী অমা তারুবগুম লৈরুবগা শাওনিংবা পুম্নমক ফাথরগা হায়রকই।

- হন্দক্তি খরা কুইনা লৈথখিবা য়াগদ্রা নৎত্রগা থুনা হন্দবা য়াদবা থবক লৈবরা ?

- কদাইদৈ কুইনা লৈথবনো, হংচিৎ চৎতোইনি। হয়েং বেঙ্কতা চৎকদবা মবম ময়াম অমা, গ্যাস অনৌবা অমা লৌনবা হায়নরম্বদুগীসু চৎকনি। ইলেক্ট্রিকী নিউ কনেকশন অমগী হায়নরম্বদুসু অমুক্তা লোইশিন্নবা শিল্লমগে। হৌজিকসু মী অমা অনি উন্নরুদৌ লৈ, থেঙলবনি। চাকসু হল্লক্লগা চারগে খরা থেঙলক্কদবসু মাল্লি।

ফি শুনবা ময়াম অমা শিন্নরম্লগা শশি থোকখি।

মথঙগী নুমিৎতা মেমচা থেংলপ ওফিস কারকই। নুপী ঙাক্তনা নম্না ফম্বা মখোয়গী কাদুদা নৌনা চঙলক্লিবী রানিবালাসু তুমিন তুমিন ফমজরম্বদু হৌজিক্তি ব্রাঙাং ব্রাতা য়াম্না নুংঙাইবী ওইরক্লে। মানা মচিনবান্দু লাওরপ লাওরপ কাথোক্কুনা স্বর চিংখৎ চিংখৎতুনা হায়রকই - ঐখোয়সে লৈশারিঙৈদদি নুপাশিংসিনা য়াম্না নুংশিবকা মান্দ্রা? ঐখোয়সু মোয়মুক নুংশিবা লৈত্রেকাইনা খল্লুইকো হৌজিক্তি চৈবগা, লাওবগা, ঙাঙবগা, আইনগা, নুংশিদবনা লোইরেম্মী। মাসু নোকই ময়ামসু নোকই। অমুকসু হায়রকই - ইসঃ লৈশারিঙৈদুদদি ঐখোয়না খিত্তংগা শাওরুবসি, নোকফেৎ নোকফেৎ থেমখ্রিবা, নৌখ্রিবা, থোৎখ্রিবা, ইংখ্রিবা হৌজিক্লা পুরা কৈরাবা। ঐখোয়না চিকপিরো চিকপিরো হায়দনা নোনজরিমখৈ ইমুংগী শান্তি, লুহোংবা নৌরিঙৈদুদদি থোঙ্গালদা লাকপগী মখোল হাইফেৎ তাখিবদা নুংঙাইবনা শ্বাই-কা লাওজখি। হৌজিক্লা লাকপগী মখোল হেক তাবগা করিনা হান্না চৈরক্কদগে, করিগী হান্না

লাওরক্কদগে পাখৎপদা ফম্লম্বকাসি ফুক হৌগৎতুনা পোৎ-চৈ পুম্নমক তাপ তাপ পায়রুবদু, মানা ইমুং হেক য়ৌরকপগা চপ লেপ্পসিনা হৈনবী অমবু ওইরেম্মী।

- অদুদি হৌজিকসে অমুক নৈশাবী ওইজবগা ফংলদি নঙ কৈদৌনি।

- সত্য ঈশ্বরগী বর অমদগী নৈশাবী ওইবগা ফংজরদি লম্বীদা সুম লাকপদা, নঙগী নুপা ওইদৌরিদু অসিনিকাইনা ঐখোয় নুপাসি লেপ্পল্লবা, ঐদি মিৎ উইশিল্লগা লৈথোক্কুনা মা উদ্রিবৈদা চেল্লক্কনি। নোক্লিবা ময়ামদু নমহৎতুনা সাবিত্রিনা হায়রকই - এঃ ঙরাং স্কুটরদা অদুক নুংশিননা চৎমিন্নখ্রিদু নুংশিনদ্রিবা, পাম্নদ্রিবা ওইরে।

- হো ইবেম্মা অঙাংগী থবক অমাখক্কী চৎমিন্নবনে অদু ফাওবা ইথন্তা ঙমদে, মা অমুক য়াওহল্লি হায়দনা মুরুম মুরুম গাড়িকাদো তিংখৎতনা থৌরিনি। খিত্তং তপথনবা হায়রুবদগী হান্নদগী হেন্না খংথৌ খংথৌ থৌগৎলিবনি। পাখৎপনসু লোইরবা, খাম্মুসু য়াদা প্রোক প্রোক চাকখৈ তোংঙিনি ইবেম্মা। ইবেতোম্বীনা হায়রকই,

- ঐখোয়সুনে নুপানেনা নোংমতংগা খিতং ঙন্না হঞ্জিনবিরকপা হায়সে লৈতবা কোন ফেঙঙে চাক থোংঙে অঙাং পোনা পোনা। মখারোমগী মেম্মাহোয়দিনে, তাতোম্বনা অঙাং থেম্না থেম্না, "মামা লাকও, মামা লাকও" মেম্মানসু কোন ফেঙনা ফেঙনা খুল্লকইবা "মমা লোইরে, মামা লাকএ" কয়াম নুংঙাইজরিনি নুংতিগী। ইবেতোম্বীনা অমুক্তুং পেন্না নোকথোক্লগা হায়রকই, ঙরাংদি ঐখোয় নুপাদো খরা ঙন্না হেক হল্লকএ, অঙাংদু ঙাইহাক্তুং পায়বিরম্মু, কোল-লিকসে সৎ অমুক্তা লোইশিল্লুগে হায়দনা থমম্মে। ঙাইহাক লৈরগা "লোইদ্রিবো নঙবো কুইখ্রেদা" হায়না হায়ফেৎ লাওরকইকো। ঐসু নুংঙাইনা খুমজরিপোৎনি "লোইরে লোইরে, লাকএ লাকএ।" ঐসু য়াম্না থুনা হোৎনৈ অমুক্তা অঙাং লৌদবনিনা কয়া হৈনরম্লোই। অমুকসু লাওরকই-"লাকত্রিবো নঙবো কুইখ্রেদা", ঐসু খুম্মী " লোইরে লোইরে, লাকএ লাকএ" খঙহৌদে

মানা অমুক্তং খংলাও লাওথরকপা খোন ময়ামসি অয়ৌবী ঙাক্তনি। অঙাংদুসু রা লাওনা কপ্লকই। মেম্মাগা তাতোম্বগা নীংশিঙলগা ঐনা ইতোমতা তুমিন্না নোকপসি নোকপসি শাওনিংবদি লায়রদনা। মেমতোম্বীনা লাপতক লাওরকই, রারী নুংঙাইনরিঙৈদা তাম্মো ইবোচৌখোয়গী অশিবা হংবা চৎপদো কাওননিকো। ঙৈহাক লৈরগা ছুটি মতম্দগী খরা ঙল্লপ চৎলসি হায়দুনা থোক্লরক্লে।

তরু-তরুবা য়ুমজাওগী মাঙ্গোলদুদা ফক অমত্তং থারম্মী। শুমাং অমদি ইমুংদা মী খরা খরা ফম্লম্মী। নুপী ময়াম চঙলকপদু উবদা ওফিসকী মী লাকই হায়নখিবগুম তৌই। নুপী মচা অমনা মাঙ্গোলগী অৱাংথংবা শরুকলোমদা ফক অমা থাদুনা ঐখোয় ময়াম ফম্লে। চহি অনিমুক্কী লেং ওইগদবী পিক্লিবী মচানুপীদু পল্লদুনা তামো ইবোচৌ থোক্লকই। মশম মনা ইফা ফাই। মঞ্জুনরবা ফিদু চেকশিন্দনা জম জম থাদদুনা ইল্লি। হায়রকই,

- নখোয়সু তাবোইরে, ফম্মু, চা গ্লাস অমমমতা ওইরবসু থকখো।

- তাম্মো ঐখোয়দি মঙগা চপ মান্নে। হেক তাবগা লাকপনি করম হায়ননো অসুক থাজদনা?

ফুনগৎলবা স্বরদু ফাথবা ওইনা তিন অমুক্তং য়োৎথরগা তাম্মো ইবোচৌনা মাগী নুপী লৈখিদবগী রারী তম্বা হৌই।

ঙাঙনা ঙাঙনা ঙাঙবা ঙম্লক্তে, কংলবা মচিনবান্দু থক খা চিংদুনা ইহৌরক্লীবা মিৎকী পিদু থিংননবা হোৎনৈ। খোঞ্জেল নিক্লকপগা লোয়ননা পি মরিক অমত্তং নান্থবা হৌরকপদু উহন্নিংদবরা; ফুক হৌগৎতুনা ইমুঙদা চঙখি। মহাক্না থিংগৎনবা হোৎনরিবা পিদুনা ঐখোয় ময়ামলোমদা ঈথৈ পিশিল্লম্বগুম থোকখ্রমাল্লে। অতৎ অথম লৈতনা তারক্লিবা পি মরক্তা ঐখোয়সু পঙকপ্তা কপ্ল রে।

চা পুথোক্লক্লিবী নুপীমচাদুগী মতুঙ ইন্দুনা তাম্মো ইবৌচৌ অমুক থোক্লকই। পিক্লিবী মচানুপীদুদা যেংলগা হায়রকই, - মশিনা অনিশুবনি, হন্দক

পোক্লিবশিনা অহুমশুবা হায়বা তারে। অঙাংদি হিংহৌরে। মহাক্লা অব্রাবা মৈচাক খাঙবদু ঐ য়েংবা ঙমখিদে। ডাক্তরনা য়েংলিবদু ফনি হায়বসু থাজবা ঙমদে, ফরোই হায়না মুকউবসু ঙমদে। হঙ্গৎ হন্দা তরঙ অমদা লৈরিঙৈদনি মানা মনাক্তা লাকউ হায়দুনা চঙলুবা, ব্রা ঙাঙবা ঙন্নমদরে ঙাঙনিঙবদি মাল্লি। পিক্লিবা মচাশিংগা ঐগা শাংলবা পুন্সি অমা লেলহৌগদবদু উরুবরা, মমিৎতগী মপি লেপ্পা লৈতনা শিন্থরকখি। কুপ্তনা পাঙলিবা মমিৎতুনা য়েংবতমক য়েংলম্লগা অরোয়বা মমিৎ উইশিনখি।

তৈথোকপিদ্রবা মপিদু উহল্লরোই হায়নসু খন্দ্রমাল্লে, মতুম মতুম লেপ্তনা তারকই। নুপা অমগী মিৎতগী মাগী নুপী নুংশিবগী পিনা মায়থোং অদু পুমথুম থুমহৎখি।

নুমিৎসু তাশিল্লক্কদৌরে হায়দুনা ময়াম থোক্লরক্লে। মেমচাসু অতৈ অমতা হাইদোক্তনা য়ুমদা হন্নিংলবনি। অদুবু শশিগী য়েংদুনা খিত্তং হাওগদবা ইঞ্জাং মথেলগী ব্রাখল তৌদুনা কৈথেল মচাদুদা ঙাইহাক চঙই। য়ুম যৌরকপদা মল্লি মল্লি তৌরে। শশি হল্লক্লমদ্রি। মচাশিংদু অশোম ইমুংদা লাঙবা তায়। প্রপ প্রপ চঙশিন্দুনা মচা অতোপ্পীদু লৌরুবগা ঙাইহাক মাইয়োক্লে। মচাশিং তুমদ্রিঙৈদা চাক চাহৌনবা চাকখুম চঙগে খল্লি। মচাদু তনপো পোশিল্লি। শশিনা হেক হল্লকপগা ফোং ফোং শানা চাবা য়ানবা চাকখুম তনচঙ চঙঙি। ইঞ্জাং শেম্মা শেম্মা চফু পাথরকই। মচা অনিদুমসু মমাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা য়া-য়া মখুৎ লেঙবা য়াওররে। অমনা ঈশিং হৈদোকই, অমনা নানথুই। অমনা পায়বা অমনা মুল্লি, ব্রা ব্রা কপ্পে। মেমচা শশিবু নীংশিঙলকই, অঙাং অমত্তং ওইরবসু লৌথোকপিরবদি খল্লি।

উচিন নাচিন্না চাক ইঞ্জাং মথেল লোইশিল্লকপগা চান্ননা শশি হল্লক্লে। ঙাঙনা ঙাঙনা চঙলকই। পুং মাপলদগী বেঙ্কতা কিউ লেপ্পদা নুংথিলগী পুং ১ হেল্লে ঐগী মপা য়ৌবদা। মণিবেক পোলিসিগীসু থা অনি হেন্দোরকপদুদা ঙসিদি থিদোকলম্লে। তামোনা বোচাগী অব্রাৎপা লাইরিক খরা থিরকউ হায়না

থিবগা, বেমবেমগী মাঙখিবা লাইরিক্তুগী মহুৎ অমা থিবগা হংগৎ হন্দা চৎলিঁঙেদা তোম্বগা অমুক থেংনরে। কুইরবা ঠিকাগী পৈশা মচিৎ খরা লৈহৌবদু তান্নহৌদ্রবদি ফংহৌররোইনা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবদা হৌজিক্তা হল্লকইবসিনি। মিকুপ অমা পোত্থাবা ফংদবা; নুপীনেনা খঙদে, মীগী নুপীনা কনাগী ফী থীবা, বেঙ্ক চৎপা, লাইরিক লৈবা, অঙাংগী মিং চনবা, টিউশন থিনবা, নুপাগী মহুৎ শিন্দুনা থেক তেক্লা তৌই। ঐখোয়গীনা কেশিন্নদনা কয়া নুংঙাইনা লৈরিনোবা। মেমচা ৱা ঙাংদে। মাগীদি ৱাজখিবশিংদু নীংশিঙবা ফাওবা অরানবা ওইরদরা খল্লকই।

মথঙগী নুমিৎতা শশিসু পোষ্টিং মফমদা অঙনবা গাড়িদা চৎখ্রে। মেমচানা ওফিস য়ৌরকপদা ঙরাং অশিবা হংবা চৎমিন্নরুবা ময়ামদু ইশুক শুকথনা ৱারী শান্নদুনা লৈরম্মী। মহৈ মহৈ ইহৈ হৈনিংদনা ফম্নরম্মী। মীনা ঙাঙলিবমখৈ তাদুনতা লৈগনবী ৱা কয়া ঙাঙগন্দবী চিত্রানা মখোল হৌরপ হায়রকই - "সত্য ঐখোয় নুপাকাসে ঐনা শিরগা ঙরাং তামো ইবোচৌনা কপ্পা অদুমাইনা কপ্পিরক্কনি হায়রদি হৌজিকমক্তুম শিনিংই।" ময়াম ৱা লাওনা নোকই।

মেমচানা খল্লি, নুপীনা মপুরোইবগী মিনুংশি ফংগদবসি শিরকান্দদরা? হিংমিন্নরিবসিবু **"নুংশিবগীরা থৌদাংগীরা ?"**

---

# ওন্নখ্রবা নাওশুম ঈশৈ

নুংতিগী মতৌগুম, টিউশন মফম অনি চৎলুরগা ঙসিসু টুয়েল্ব থাগদৌরিবী ইচানুপীদু হল্লক্কে। হান্নগা মান্নদবা মওংদা, খোংউপ মখোল থোক্লা সোরো-সারা লাওনা হৈনিংদনা চংলকই। মহাক ৱারে চোকথরে হায়বা ঐ খঙই। অদুবু পুং ৯ নংনবা স্কুল কানবা অমুক হোৎনজবদা নুমিৎ খুদিংগীদি চেনচৎ ঙাক্তনি। ঙসিদি ফমুংদা লাইরিক থাওদু লাক্তনা লংশিল্লগা উপশিন্দুনা হিপথখি। অদুগা মখোলদু ফাজিল্লপ তৌদুনা প্রোক প্রোক চাকপা খোনথোক্তা হায়রকই।

- "ইমা ঐসে ইমানা হেক মাঙহনবনিদকো, ঐ খল্লুরগা চাকখ্রেদকো, ঐ শাওনিংঙে, য়াম্না শাওনিংঙেমি, ঐনা তৌরিসিবু করিনো, ঐ য়াম্না কপনিংঙেমি।"

ঐ শ্বাই লাওই। খল্লি, ঐবু করি তৌখ্রবগে। কুইনা তপথবা ঙমদ্রে, হংলুই - " কৈদৌরে, ঐনা করি তৌখ্রগেনেহে ?"

- "মশিং খঙদ্রবনি, অমনা অমা হায়রকই, অমনা অমা হায়রকই, ঐনা তুমিন্না খাঙ লৈবগী ৱানি। ঙসিসু ইমান্নবী ময়াম্না লক্লবনা অমুক তোইনা লোইরে। ঐসে ময়ামগা মান্নদ্রবনি, অঙাওবী ওইরবনি। ঐ খল্লুরগা য়াম্না চাকএমি।"

- "অদুবু করিনো, য়াম্না থুনা হায়য়ু।" ঐ হুমাং কাংলকই।

- "ইমানা চৎনবিবু লুনা খল্লিনি, ইনাৎকী ফিজেৎ নুংশিরিনি, ফনেক শেৎপগী ফজবা, আ অদু অদা, মৈতৈ নুপীগী ফজবা ময়ামদুনা, ঐ ঙসিদি ময়ামগী লক্লফম, নোক্লফম ওইরেদনা।" ঐ স্বর খিত্তংদি চনিঙ তায়। অদুবু লাংতক্লনা হংলুই - "কনা কনানা করি করি হায়রকইবা।"

-"য়াম কুইরবনি, ঐনা হায়দবগী ৱানি। সুনিতাহোয় মমানা "বেমবেমসে য়াম্না নুংশিনে অদুবু ফনেক্তা হেক শেৎতনা বিভুলা চুবী মালহল্লেনে।" নহালমুকসু পিঙ্কীহোয়গী মচেনা টিউশন লোয়রগা থোরকপদা ঐ ইতোমতা ফনেক শেৎপদুদি, ময়ামদগী ওদ ওইরে, অঙাওবী মাল্লে হায়রকই। ইমান্নবী ময়াম্না মখোয়দগী সালৱার অমা ৱায়যু লাইরিক লৈবা চৎলুসি হায়। ফনেক শেৎলদি চৎমিন্নবা তল্লি হায়। মোহোয় লোয়না হায়, "খোংগ্রাও শেৎত্রিদুবু নঙবু হনুবীরো নঙনা তৌরিসিবু করিনো, নোই ইমাদুবু চৎনবীসি করিমত্তা খংদ্রজাৎলো, মচাসিবু খুনুংগী ফিজোলদা নমশিন্দুনা থম্বীরিসিবো।" বিনিতাদি ঐবু হয়েং খোংগ্রাও শেৎলকত্রদি চৎমিন্নরোই হায়রকই। ঐনা তপ্না খুম্মী. " কৈসু খল্লুনু ইচাসিদি, ঐনা কয়ারক হায়খ্রিদুদি, নঙনা থবক অমা তৌবদা অফবরা ফত্তবরা হান্না মুন্না খল্লু। অফবনি খল্লদি, মদুদা মীনা ঙাংনিংবা ঙাংজসনু, হায়নিংবা হায়জসনু, মখোয়না খঙদবা অমা ঐনা হেন্না খংই খন্দুনা থম্মোয়দা চাওথোক্লা নোক্কদবনি। ঙরাং নত্রনে ইবান্নি নৈনখিবা ময়ামদো, ফত্তবনা মেজোরিতি ওইরক্লবা, অফবা করিনো খংনবক্তুবদা, অফবা অমখক্তং থোরকপদা নোক্লরকপা চৈরকপা, কল্লকপা য়েংথিবা ময়াম অমা লাকপগী ৱাফম নৈনখ্রিদুদি। কান্নদে হৌজিক লাইরিক্তা থৱায় চংগদবা মতম্লি, ফিজেত্তা অতৈদা য়াম্না খল্লুবা য়াদ্রিকো। ঐগী চৎনবি হায়বসিনি খ্বাইদগী ফজরিবসি, মতম মতমগী মতুং ইন্না লৈথোক লৈশিন শেমদোক শেমজিন তৌদুনা হেন্না চাওখৎনবা হেন্না ফজনবা, পুম্নমক্লা কল্লক্লফম ওইনবা অনৌবা ৱাখল চংগদবনি। "খঙদে খঙদে অমত্তা তাজনিংদরে, নহালমখৈদি অঙাং ওইরিদনা ইমানা হায়বদুতা তারম্বনি। ঙসিদি ঐসে চাওরে, ঐগী অপাম্বা খনজবা ঙম্বগী মতম য়ৌরে, অতৈদি খঙদে, ইমানা ফনেক্কি ৱা হায়রদি ঐদি তাররোইদবনি।" চেনবোই চোংবোই চৎখি। ঐনা হায়নিংবা য়াম্না লৈরি, য়াম্না লৈরি। হায়নিংবা ময়ামদুনা ইতোমতা ফুনগৎতুনা ফুম্বংননা লৈহৌরে।

ঐগী মিৎতা শঙ শঙনা উরকখি, মহাকপু টিউশন তৌফমদগী লৌবা চৎপদা খোংগ্রাও শেৎপী ময়ামদুগী মরক্তা, উরেং ফনেক শেৎলগা অঙাংবা

ফুরিৎ লিত্তুনা থোরকখিবা। ইচা ওইবগী নুংশিবগা ফিজেৎতুমক নুংশিবগা থম্মোয়দা কয়া চাওথোকচখিবা। অদুবু ইতোমতগী পুক্লিংনা হংজখি - মহাক মতোমতা কয়াম কুইনা ফনেক শেৎলু য়াগনি। মদুগী পাওখুম লাকপগুম তৌই, খঙহৌদনা মিৎতা ইরা চেল্লকই। সমাজসিগী ঈচেল্লক্তা মহাক নৌজরিবীনি। ঐনা হায়বনা চুম্বরা ? মানা হায়বনা চুম্বরা ? ৱাখল লম্মাংনরকই।

নোংমা ঐগী ইমান্নবী অমনা ঐঙোন্দা ঙক্লা হংখি "নচানুপীদু করম হায়না তৌরিনো ফনেক্কা ফজনা শেৎলগা চৎলিনে। নুংশিবনা ঙকই।" নুংশিদি হায়রগা "ইচাদি মৈতৈলোন পাবা হৈতে" হায়রগা নুংঙাইনা নোকচবশিংগী মতৌগুম সলৱার শেৎপী মচাশিংদুদা থম্মোয় মকা লাম্না, লেন্না লেন্না, কেথ কেথ য়েংজে। অতোপ্পা ইমান্নবী অহুম অমনসু মথং মথং হায়রকখি "নচানুপীদো নহাল চ্যারিটি-শো" অমা য়েংবদা ফনেক্কা ফজনা শেৎলগা, নমা নচা লাকমিন্নবদু উইনে, করম হায়না শেৎলু য়ারিনো?" তৌথোক নুংথোক্তবা অমদি হায়ফেৎ ঙকপা পোৎশক অমা উরুবগা চপ মান্ননা হায়রকখিবা ঙাক্তনি। তশেংবসু নুমিৎতু লৈশাবী অমা ফাওবা ফনেক শেৎলকপা য়াওখিদে। মৌ খর নৌরিবীদি লায়রদনা লিতক তৌবা ফাওবা, সারি ফুল, সলৱার শেৎপীনা পিক থনখিবদু নীংশিঙলকখি।

নোংমা স্নাতোশ্বীনা হায়খি। ঐগীদি ইচানুপী অহুম্মক ফনেক পল্লুবা অমত্তা য়াদে। শাথিখ্রে, য়ুমদফাওবা মিকুপ অমা শেৎলু হায়বা য়াদে। "ঐখোয়বু চাওখৎতবা লমদা লৈবদৌনা ফনেক শেৎলু হায়রিরা?" মসিতনি। অমরোমদা স্নাতোশ্বীনা ফনেক শেৎনবা ফনা কন্না হোৎনরবসু ঙমদ্রে হায়দুনা ঙাংই। ফনেক্কি ৱা হেক পল্লুবদা; অঙাওবা সিদুনা নোকশিনবিরকপা নত্রগা খোন কনখৎনরক্তুনা খৎনবরোমদা ওনথরকপগী ৱারী তৌরকই।

ঐনা থৱায় য়াওনা হায়খি। মমা অমা ওইনা মচাবু পীক্লিঙৈদগী নুপীগী ফিজেৎ, নুপাগী ফিজেৎ খঙহনবা, ঐগী ইনাৎপু নুংশিবা তম্বীবা, মৈতৈ হায়বা জাতি অসিবু মাঙখিদনবা হোৎনরকপদা ইপা ইপুশিংনা অৱাবা কয়া খাঙখিবগী

ব্লারী লিবীবা; ঐগী ফিজেৎ চাকচা অমদি ইরোলবু মখোয়গী থম্মোয়দা চপ চানা নুংশিবা ফাওহন্নবা ব্লারী লিবিগদবনি। ঐখোয়না মীতৌ তম্বগী হৈনবিরোমদা হেন্না থব্লাই য়াওসিনখিদুনা, ইশা ইশাগী শক্তম পুম্মাং মাঙজরকপা য়াবগী ব্লারী কয়াসি লিবিদুনা ইজাতিবু চৎনবীবু নুংশিবা ফাওহনবা ঙমদ্রগদি, চুম্নগী ব্লাহৈনা, অদু শেৎকনু, অদু চাগনু মদু তৌগনু হায়বখক্তনদি চুমথোকপা সুকঙম ঙম্লোই।

তশেংনা ঐগী ইচানুপীগীদমক পুক্লিংদা তুমিন্না চাওথোকচখি, মরমদি মাগী থম্মোয়দা মৈতৈ জাতিবু ঐখোয়গী ফিজেৎপু নুংশিবগী মমি তায় হায়বসি ঐ খঙই। অদুবু চহি নৌরি মতমসিগী মমান্নবীশিং অমদি সোসাইটি অসিনা অমত্তা ওইরক্লবদা মতোমতা নাইতোম তাবগী মওংদি ফজনা লাক্লে। ঐনা তকসী শোনজৈ "তরাখক্তা ওইরবসু ঐগী মিচঙ লৈরম্মুদনা"। ঐ খঙই, ইচানুপীসি হন্দক মরকসি ফনেকসু শেৎনিংদ্রে, খোংগ্রাওসু শেৎপা ঙমদে। টিউশন চৎপদা শেৎলুবা ফুরিৎ অচোনবীদু (হন্দক মরক য়াম্না তোইনা শেৎলীবা) হোংনা হোংনা হায়বকই - "ইমা, হয়েংদি, টিউশন অহানবগী লোইরগা অনিশুবদি ছুটি ওইরে। ইমান্নবী অমা কোইরেংগৈদা লৈ, মখোয়দা ইমান্নবী ময়াম চৎশি হায়নরম্মী। মখোয় লোয়না খোংগ্রাও শেৎনরক্কনি, ঐসু শেৎতবা য়াররোই হয়েংদি।" ঐ শেৎকনু হায়বা ঙমখিদে।

হল্লক্লগা তম্মী - "ইমা ঙসিদি খুনুংঙাই অমা, নুপাদৌনা খোঙ নাম্মা নাম্মা থাদরগা তোংই, ঐখোয় তরুক্লি, কাইনেতিক অহুম, ফিফতিদা লৈখৎলগা থৌই। খোংগ্রাও শেৎলদি লাংবসু নুংঙাই ঙসিদি মওং অমনি।

- " উম নুমিৎ খুদিংগী অদুগুম্না লাঙনিংবগী নুংঙাইবগী লিচৎতুনা করি ওইরক্কনি নঙ খঙবরা ? নঙবু চাওরে হায়বদাইনে, লৌশিংদি কয়াম চাওরে নঙ খঙজরবরা ?"

- " তাজনিংদ্রে, মীগী মমাদি য়াম্না ফৈ, মচাগী অপাম্বা য়েংঙগা শেৎহল্লী, মীগী মমাদি পুকচেল য়াম্না চাওই, চাওখৎলি।"

- কোয়নিংবা কোয়হনবদা, শেৎনিংবা শেৎহনবদা, মচাবু মনিঙ থুংহনবা ঙম্বীনি,মচাগী নুংঙাইনবা হোৎনজবীনি, চাওখৎপগী লমজেন্দা মাঙ থারবীনি হায়না চাওথোকচরিবী মমাশিংদুনা, মীওই কয়াবু খৌনাও কংবমখৈ লাওহনবা, মখোয়গী ব্রাথোক্তা নহারোল অহল্লোন খাক্তনা অরেম্বদা থবক চিন্নবগী মচাক হাপকৎকদৌরিবনি। মমাগী পামজবা, মমানা হায়বা ইন্দবা হায়বসি মমাদুবু নুংশিদবনি, নঙ য়ানিংব্রা ?

- " লুহোংবদা, দেব-কর্ম্মদা, ইনাৎকি ফিজেৎ শেৎলগা লোইরে, চৎনবীদো করিমত্তা মাঙলোই।

- চঙশিনবনা লেপত্রবদি পন্থুং য়ৌবা শোয়দ্রবনি। চঙলমদাইদা লম্বী মুন্না খলহৌগদবনি। ঙসি দেব-কর্ম্মগী মনুং চল্লিবা " হৈজিংপোৎ", "স্বষ্টি পুজা" দা সাড়ি সেৎপি, সলব্রার সেৎপি য়াম্না লাক্লবে। থিংবা ঙমদবা তুরেলগী ঈচেলদি সমুদ্র য়ৌখিদুনা ঈপাক ওনখিবা তাবনি। মীওইবনা শেমজবা ইশাগী ইরল ওইরিবা চৎনবীগী ঈচেলশিদি ইশাগী শক্তম ইশাগী মফম মাঙখিদনবা হোৎনবা তাই। পুম্নমক্তগী তোঙান্না তোমথিন ঙান্নবা শেমগৎপা তাই।

- ইনাৎকি ফিজেৎ নুংশিরিনি হায়দনা টিউশন চৎপদা মপান নাইবা শেৎলগা, মোইরাংফিগা ইল্লগা চৎলকান্দরা ইমানা হরাওজদোইবা, ইমাবু য়াম্না নুংশিমানেকা খন্দোইসে।

- ব্রা ঙাংবা হায়বসে পংঙাং ঙাংবা হায়বা অমসু লৈবনি, ওইবা য়াবা ব্রা হায়বা অমসু লৈবনি। ঙাংবা য়াই হায়দুনা নঙ পংঙাংদা ঙাংলে।

- খঙজরে, খঙজরে, অদুবু ইমাদা ঐ শাওবদি শাওজররোই। জেনরেশন গেপ হায়বসিনা অহল্লোনগা নহারোলগা শম্নবা য়াহন্দে। ইমাসু লাইরিক্তি হৈ হায়ববু শম্নবদি হোৎনদ্রমালে।"

- নঙগী লাইরিক্তা য়াওরিবা পরা খুদিং নঙ মমুৎ তানদি খঙই, অদুবু পরিক্ষাদা নম্বর ব্রাংনা ফংনবখক্তা ওইরে হায়বসিদি নঙসু য়ারবা নৎব্রা?

জেনরেশন গেপকি আর্থদি নঙ খঙঙে, শিজিন্নফমদি খঙদ্রে নৎত্রা ?

- নম্বর য়াম্না ফংবা হায়বসে হৈরবনি। হৈরবা হায়বসে খঙঙবনি।

- খঙবগা হৈবগা তৌথোরকপগা চান্নদ্রদি লৈকাই-পণ্ডিত, লম-ওজা খঙঙেদনা।

- অদুনবু হনুবীগা অনৌবা মতমগা চান্নদ্রিনি, ঐখোয়দি অনৌবা মতম অনৌবা চহি। হায়না হায়না চোংদুনা চৎখি।

ঐ খঙই মরে ফজনা হৌরে, য়েৎনবদা মতম শাংনা চঙগদবা তাঞ্জা য়ৌরকলে, ঐ হায়ফম খঙদে।

অহানবা ওইনা, মদোমচানা দিল্লীদগী লৈবিরকপা খোংগ্রাও শেৎলগা মবোকখোইদা চৎখিবা নুমিৎতুদা মহাক্না কয়াদা নুংঙাইবা মাইথোঙ উৎখিবা। ময়ামগা মীমান্নরে হায়বগী লাঙজবা মতৌ লোইননা সোবীতা, নিসিলাখোয়না য়া লাওনা চেনথোরক্তুনা "ফজৈ ফজৈ, নহালমখৈদি খুনুংচুবী মাল্লম্মী, হয়েংখৈদি অদুমাইনা শেৎলুকো, স্মার্টসু ওইরে, ফসু ফজরে।" ঐনা মতম চঙনা লিজরকপা ৱারী, ফনা কুইনা ওইহল্লম্বা ইচাগী ফিজেৎ, মতমগী সমাজগী অকনবা মৈরিনা লায়না চাকথেকখি।

মশাগী চহি ৫৪ মুক শুরবী, ঐনা ইচেম্মা কৌজরগসু ইমান্নবীগুম লোইনবী অমদা হৌদোক্লুই, নুপীমচাশিংনা খোংগ্রাও শেৎতবা য়ারক্লিবসিগী মরমদা। থম্মোয় শোক্না মহাক্না হায়রকই - " শেৎচসনু শেৎচসনু, খোংগ্রাও খঙদে অমা খঙদে, সলৱার হায়দুদি খরবু অরিবী মাল্লে, হাফ পেন্ট কাদো শেৎচসনু, হয়েং মীগী ময়ুমদা শেৎলুবা য়ানি খঙদে, য়ারোই খঙদে। য়ারিঙৈদা শেৎচসনু, নুংশিবনা নুপামচাদৌনা ফ্রিদা লাঙজরীবা য়েংবদা পুক্লিংদুম মকা লাম্মী। নুপীনেনা করিগী কিথি কিরুম লৈহনদোইনো।"

অতোপ্পা চহি ৩২ মুক শুরবী ঐনা হল্লগসু ইমান্নবীগুম লোইনবী

অমদা অমুক তান্নরুই। মহাক্কা হায়রকই - "লুহোংবদা, শোরাৎতা কনাসু খোংগ্রাও সলব্রার শেৎতে। চৎনবী হায়ববু ধর্ম্ম, কর্ম্মদা ঙাক্লীবসি মঙাই, কৈসু মাঙলোই। মমৈদা মাঙহনখিবনা ফরে খন্নরক্কুনা পুম্মাঙবু মাঙখ্রবদি নুংঙাইবনা লোয়রনি চাওখৎতবা ফনেক।"

ঐগী মিচঙ লৈখিদে, ইথক থোংবসু ইখা থাবসু চপ মান্নখি। ইতোমতা তুমিন্না খনজখি - অসিগুম্বা মমাশিংগী ওন্নখ্রবা নাওশুম ঈশৈদা কদাইদনো ফনেক্কি মঙলান ।।

---

# থম্বালতোম্বীগী মপোক

ইনম্মা পীশকনা কোমলা উবদা মাইথোং হেক্তা মকসিল্লি। কোমলা উরগা নুংঙাইতবগী ৱারী লিরক্কনি, খিত্তং শাংথনা শান্নরুরবদি মপি চদুম চদুম তানা হেক্তা কপথোকই। মহাক্না হায়, "ঐ হন্দক মপোকসিমদি কোমলা চাবা ঙমদৌ মান্দ্রে। ঐ য়াম্না নিঙঙমহৌদে, ওন্থোক্না নিঙঙমহৌদে।

ইনম্মা পীশক, মচানুপাঙাক্তা মরি পোল্লবা মতুংদা ইতোন তোনবী ওইনা ফংজখিবনি "নলিনী"। মচানিঙোল অমত্তা মমিত্তা উবা ফংলরোইদ্রা খনজরম্বী ইনম্মনা নলিনী পোকপদা নুংঙাইজখিবসিদি করি হংলুরনি। ফম্মে নোকই, হিপ্পে নোকই, উরুবা য়েংলুবা ঙাংলকপদা নত্তে, খনথরুরগসু মোমোনতা নোকই। মচানুপা মরিমক য়েংবদা পেনবা মহৌ মকা ফবা ফজরবা নুপামচা ঙাক্তনি। অদুবু নলিনীনা অমুক ফজবসিদি করি হায়রুরনি। মচিনবান মচাদু ঙাংশং ঙাংই। মুশিন মুরবা মশমদুনা ঙকশমদা লাইবক্তা জম জম তাই। ঙৌরোক ঙৌবা কুচু তোঙ্গানবা শাবান চাওরগা করম থোক্লরনি হায়নৈ।

চহি অহুম চঙলকপদা, মরোল থোক্লকপগী মচিন থিরকপগী নুংশিবদুগী মথক্তা মরোল শেংদ্রবা ময়েক্তা মানা ঈশৈসি হেক শকখিবসিনা শকখিবসিনা। " নিঝুম সন্ধ্যায় পান্থ পাখিরা বুঝিবা পঠ ভুলে যাই ... দুর পাহাড়ের" অঙকপনি মানা শক্লীবা। মখারোমগী অবোক হনুবীদু ফাও নলিনীগী তাধীংগী মখুৎ মচাদু পাইবিরগা "দুর পাহাড়ের, দুর পাহাড়ের" শক্তুনা জগোই তম্বী। পাখংসু লৈশাবীসু মাবু হেক উবগা "দুর পাহাড়ে" ঙাক্তনি। মাসু হেক্তা য়েংলকই, মাঙোন্দনি খঙই।

নুমিৎ তরানিমুক নারম্লগা ইথা থাজদনা নলিনী শিরে হায়দুনা য়া য়া চেন্নৈ, কপ্লে লাওনৈ। নলিনীদু মশা শাগৎলি, নারে হায়বা তারগসু অসুম্না থোক্কনি হায়বসিদি কনামতনা থাজদে। ইনম্মা পীশক উগনি খনবদা, মী পুম্নমক

মপান থোক্লিংদবা হায়বদু য়ৌই। য়ুমথংননা লৈমিন্নবনিনা, নুমিৎ তাশিল্লকপা মতম, তুম্মমদাই মতম, নোংঙাল্লমদাই খুদিং ইনম্মাগী থম্মোয় শোক্লবা মীকপখোল মরক্তা "ইমাগী ইবেম্মা নলিনী, ইমাবু করম্না খাংঙু হায়বনো, ইমাগী নাক্তা লাও-ও ইমা অমুক্তা পেন্না কোনগে" ইনম্মাগী মীকপখোল চিক্লে চিক্লা, লাংঙে লাংনা নুমিৎ খুদিংগী তাই।

ইনম্মা পীশক ময়াঙ কংত্রিক কংখ্রে। কেবা মৌবা নুংঙাইবা মাইথোং নোংমতা উবা ফংখিদ্রে। মানা নীংশিঙদুনতা লৈ, নলিনীনা শিগদৌবা নিনিগী মমাংদা মনেনা কোমলা লৈরকপদু উদনবা লোৎনা লোৎনা উথোকখিদুনা নলিনীনা কোমলা চাগে হায়দুনা নিংঙাই তৌখিবা। নাবা ফরগা ধামাদা চাদৌনি, হুজিক্তি চাবা য়াদে হায়দুনা থেম্বদা মতিন কুৎ-কুৎ য়োৎলদুনা, "মামা নাবা ফরগা কোমলা ময়াম চাগেকো" হায়রম্বদুতবু কাওগে কৌবা মঙমদরে। নুংশিরবা মচাদুনা চৎখিবগী অৱাবদি লায়থোক্লগা চানিঙবদু পীজখিদরে হায়বগী নিঙঙমদবসিনা, অহেনবা মৈচাক ওইখরে।

নোংমা মমা কাইনরবী হৌদোং মচা অমা ইনম্মা পীশককি ময়ুমদা ঙ্যাও ঙ্যাও খোংদুনা ককঙাওননা লৈরম্বদু ইনম্মনা থেংনরুরে। খনজৈ, ইচাদুবু অসুম্না মমা ঐ উদ্রদুনা ককঙাওননা লৈরিগদ্রা ? নলিনীগী থৱায়না মমাগী নাক্তা লাক্লবরা ? ইনম্মনা হৌদোংদুবু নুংশিনা য়োকচরকই। নুংশিনা মমিং থোল্লি "থম্বাল তোম্বী"। ইনম্মনা লুনা তৌজবগা থম্বালতোম্বীনা কেথজবগা চপ হেক মান্নখ্রে। মচানুপা মখৈ য়ুমদগী লোইনা চৎথোক্লখ্রবা মতমদা থম্বালতোম্বীগা মাগদং য়ুম শঙই। অহিং অথেঙবদা মপান থোকপা কিতক তৌবদুফাওবা থম্বালতোম্বীনা মাঙ থানা হেক থোকখিবদুদা অকি-অখং পুন্ন মক কাওই। খনজৈ মা লৈরমদ্রবদি ৱারমগনি। মতোমতা ইচিক চিকপগী নুংচিক্লবা পুন্নমক থম্বালতোম্বীনা লোয়না মাঙহনখ্রে। নোংমা থাবলদা অথাপ্লদগী নুংশিৎনা পুরকপা মাইক্কী মখোলদা "নিঝুম সন্ধ্যায় পান্থ পাখিরা বুঝিবা পঠ ভুলে যাই " শক্লকই। ইনম্মনা থম্বালতোম্বীবু মথানুংদা থম্নগা তপ্পা তপ্পা

নানবিদুনা মমিৎতগী মপি তানা মাসু শকপা য়াওরুরি "দুর পাহাড়ের" অহিক্রবা খোঞ্জেলনা তপ্না তপ্না "নলিনী" কৌদুনা কনা তাহন্দনা কপচৈ।

অসুমনা কাওনবা হোৎনবা মরক্তা নীংশিঙবসু হেক হেক য়াওন্ননা মতমদি অসুম হৌখ্রি। থম্বালতোম্বীগী চাওরক্লিবা, মহৌ মকা ফরক্লীবা তাংকক য়েংনা য়েংনা নলিনীবু হেক হেক নীংশিঙই। মপুক্লিংদা খল্লি ইচাদো লৈজরম্লবদি মাসু মতাং অসি য়ৌরনি, লেঙ্গা অসি য়ৌরনি, সিগুম্বা তাংককসি য়ৌরনি তত্তনা শোনজৈ।

ঙসিদি থম্বালতোম্বী মপুং মরৈ ফারে । ইনম্মনা হেক নানবিবতদা, মতু মমান্দু শিৎ হেক নাল্লদনা, ইনখৎলকপী লৈশাবী মচাগুম য়েংবগী পেনবা নাইদরে। ইনম্মনা ঙসিসু খল্লি, ইচাদো লৈজরম্লবদি লৈশাবী ফারনিদো, থাজ য়োনজবা মতম য়ৌরনিদো, খনবা মখৈ খল্লুরগা খাঙবদা ৱারবা থম্মোয় মৈচাকপু থম্বালতোম্বীদা চেৎনা কোনজদুনা মচাগী নুংশিবা তাইনজৈ। থম্বালতোম্বীনা কেজবসু লোইরে। ইনম্মগী খজাইদা তপ্না ঙাথদুনকা লৈ। ইনম্মনা চাক থোংলিঙৈদা মানা ফুঙ্গাদা মৈ তিক্লুনা চাক ঙাই। উচি চেনবগী মখোল তারগা কিদুনা ইনম্মগী তম্পাক্তা চেনশিল্লকই। ইনম্মনা শিথ শিথ নোকচৈ, "উচি ফাগেদি হায়দ্রদনা মসি উচিনা চিকপি তোকঅরনি।" ঙাইহাক পম্বী, তপ্না অমুক মৈনাক্তা থম্বী। মমিৎতু উচি লম্বেলদা কিনা মুন্না য়েংই। ইনম্মনা মতৌদু য়েংলগা তুমিন তুমিন নোকচৈ। চাক হেক লোইবগা ঙা ঙৌরগা কুপ্না তকখাইদুনা তোৎলগা মাগী হান্না থাবি। মানা চারিঙৈদা ময়ামগী চাক থিবা লোইশিল্লি। ঙা-নৎত্রদি চাবিদবনিনা নোংফাদোক ঙারুবাক্তা ঙা য়াম্মমদবা নুমিৎতি, ময়ামগীনা নিরামিস তৌই। মাগীদি ঙানি। নোংঙানবগা মাগী ঙা লৈবা হান্না চেল্লি।

হন্দক্তি লৈকাই য়াম্না কোয়,য়ুম মখাদা লৈতেনা ইনম্মনা হেক হেক ফাদুনা থম্বদু মাদি ফাবিনু হায়বিমালে, ইনম্মগী মখোংদা শুরু শুরু নৈদুনা নিংঙাই তৌবগুম ওইনবগুম লৈরিবদু উবদা অৱাংলোমগী ইমাবোক্না

লাওরম্মী। "নুংশিদ্রেদা মোই মমা মচাসে ক্বাক মচানা কেবদু মঙাইরে, চাওরে পক্কে, হো চাওকে" নুংশিনা অমুকসু কৌবিরম্মী " থম্বালতোম্বী, চাওকেতোম্বী"। নুমিৎতুদগী ইনম্মসু মরক মরক্তা কৌই "চাওকেতোম্বী"।

থম্বালতোম্বী মশা ব্রাই শংদরে। মশাদু ইরুম লুম্লদনা ইমুং মাঙ্গোলদগী ইহেন হেন্দোক্তে। ইনম্মনা চাবোকফম কদাইদা শেম্বিসিগে খল্লি। হোয়দা শাবুক ঙাবুক হায়দুনি। মদুফাও ঐনা শিল্লুবদি ঙমদৌ মান্দে। হৌদোংদি লোৎলগা মচা পোকপা কোন্না চাবা হৈরনি হায়বা মতমদা পুথোরকপা মরমচৎনি, হৌনবীনি হায়নৈ।

নোংমা নুংথিল অমা মমাং শোরোক্তা নহা অমা সিফাইনা ফাখ্রে হায়, তান্নে হায়, কাপ্প্রম্মে হায় ময়াম কোয়চেন চৈন্নে। য়েংবা চেন্নখিবসু য়াওই। মী কোল্লুপ কোল্লুপ পুনশিন পুনশিন্দুনা লেপ্পবসু য়াওই। ইনম্মখোয়গী শুমাং মতোন্দা ঐখোয় ৩/৪ পুনশিন্দুনা শোরোক থোকউসি খন্নৈ। মৈরা পাইবীগী কাঙবু খরনসু ইনম্মা পীশকপু থোকউসি কৌরম্মী। থোক্তবনা ফনি, কনা খঙনি গ্রুং-গ্রাং তৌনরকপসু। চৎসি, চৎকুমসি সু-সা, সু-সা ঙাংনরিঙৈ থম্বালতোম্বী ইমুংদগী চেনথোরকই। ইনম্মসু ঐখোয়সু মাঙোন্দা ব্রাখল চঙদে, ব্রারীদা লুপ্নি, "কনাবু ওইরিগবা" "কনাগী মচা ওইরমগনি" নুংনাংনৈ। থম্বালতোম্বীনা ইনম্মগী মখোঙদা মকোক্লা তক তক থেংলম্লগা প্রপ প্রপ চেন্দুনা মাঙ্গোলদা অমুক কাখৎখি, চপ লেপ্তুনা হন্না অমুক য়েংলকই। অমুক তনহন হল্লকই, ইনম্মগী মখোঙদা শুরু শুরু অমুক নৈরম্মী, অমুক চেনখি, অমুক য়েংলকই। অসুম্না ৪/৫ রক শুরকপদা, ইনম্মা জ্ঞান লাকই। ব্রারী পুম্নমক খংথৈ থৈদোক্লগা থম্বালতোম্বীগী মতৌদু য়েংঙু হায়রকই। হন্দকসু থম্বালতোম্বীনা ইনম্মগী খোঙদা শুরু শুরু নৈরম্লগা অমুক চেনখিদুনা, দারিদা লেপ্তুনা হন্না য়েংলকই। ইনম্মনা, - "ঐবু লাকউ হায়রিমালেনে, মাগীসি কৈনোমনি, কৈনোমা শোয়দনা তৌরম তারে, নখোয় ঙাইহাক্তা লৈরমখোকো; ঐ অমুক্তা চংঙুখিগে।" ইনম্মনা খোঙ থাংবা হেক হৌখিবগা, মানা মাঙ থারদুনা মমৈ থাংগৎতুনা ইমুংদা চেনশিনখি। ঐখোয়সু লাংতক্লনা ইনম্মগী মপাও ঙাইরি।

থম্বালতোম্বীনা মনিঙগী চা উপু শেগাইবদুগী মনাক্তা চপ লেপ্লি, ইনম্মদা য়েংলকই, ইনম্মসু ভাব তাদে, মবানি তিঙক তিঙক য়েংনদুনা লৈ, "থম্বাল নঙবু কৈদৌরগেনে" পমগে তৌই, য়াদে, ফৎ নানথোক্নুনা চা উপুদুগী মথক্তা চোংখৎলগা মনুংদা য়েংথৈ, ইনম্মসু চংশিন্দুনা য়েংলুই। ইনম্মনা কন্না নোক্নুনা লাওরকই, "হৈমা ইশু মরিখক লৈরম্মেনেহে" ঙাংনা ঙাংনা থোরকই,

- "ইমাইপেম্মা ঐবু শেন্নররাও হায়দনা তাকঅরিমালেদনা, লাওনে ইশুশিংসি যেংঙোরাওনে।" ঐখোয়সু চেনশিন্দুনা য়েংঙুই। ইনম্মা পীশকনা হায়রকই -"শোরোক্তো নখোয় থোকউবো ঐ লৈহৌরগে, পাও ওইনা তম্মরো, ইশুশিংসি কবম্না থাদোকঅমনি।"

ঐখোয় থোবক্লে, ইনম্মনা ফি অথাবা অমা অনি পুথোক্নুনা কোইচেল চেলহৌই। থম্বালতোম্বীনা "ইমানা থোকপা তৌজরো, ঐদি কৈমতা খঙদে" হায়বগী মতাগুম মাঙ্গোলগী, মাগী থাবিরিবা ফি মথক্নুদা নুংঙাইনা পোথাহৌই।

ঐখোয়না শোবোক হেক য়ৌবগা, মৈরাগী সেক্রেটরিনা লাওরকই - "পীশকতি কৈদৌবে থোরক্নুদি?"

- "মশু থাদোকপা য়াদ্রে হায়রকই" ঐখোয়খৈ তুমিন্না থিক থিক নোকই।

- হে, মা মঙাইরেহে মশু মচা লৈবা। ঐখোয়সু ইশু চউমহৌরি, লৈবাক্কিনেনা থোরকইবনি, মাদনা মশু নুংশিরবোইরে।

মমা মপানা ইমুং মনুংনা নুংশিনা নাওকোনবীদ্রবা, চেকশিন্না শেন্নবিদ্রবা মচাশিংনা নুংশিবগী মরি তৎনখিবনা শান্তি হায়বসি মাঙখিবনি, লৈবাক ইরাঙ হৌবনি। থম্বালতোম্বীগী খনজবদা, মমা মচাগী নুংশিনবা মরিনা চেৎখিবনা লৈবাক্কি ইরাঙগা চংখিদরে পীশকতা।

---

# অপঙবা

"নঙমুক পঙবা নুপাসিবু কদাইদা লৈরমগদগে। মৈ ফংঙে খাজনা থী, টোটি ফংঙে খাজনা থী। এস. ও. তোম্বাখোয়, ওফিসার অচৌবা ওইরিবা চাওবখোয়, উশঙ লিংলিবা তোমচৌখোয় কনায় কনা কনা কনামত্তা খাজনা থীদে। লোন্না মৈসু কোৎলি, টোটিসু হুৎলি। পৈশানা জোম জোম। শেল থোক্লিংঙাই লম্বী লৈতবা, পৈশা পায়দবনা ঐখোয়না মকোক। মৈ থাল্লিবা মনাক্তা মী অমত্তং হেক লৈতবদা অরেম্বদা থানদোকই হায়দুনা হেক্তা মুথৎপা, মীগীনা য়েনখা লুখা মনিঙ ময়া মৈনা পুমঙান। নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা মুথৎতে। নুমিদাংদসু চরোং চরোং, হীটরকাসিনা, কনাগী ঈশিংদা লুপশিনবী, চাক থোংবা য়াবী, চালোনবা য়াবী, দবলরুটী কেমহনবী, মখল মখল। ঐখোয়গীনা থান্দবা য়াদবা, শিজিন্নদবা য়াদবা খরতমক থন্বা, হায়রুরগা 'আঃ ট্রান্সফোর্মর চাকখিনি, থা কয়ামা মমদুনা লৈনি, গভর্নমেন্টনা শেম্বিদ্রেনা লৈকাই ময়ামদগী পৈশা খায়বা লাক্কনি' মানা ৱাবীরিবা, নুংঙাইবা হৈতবা চাওখৎপা য়াওদবা নুপা হায়বদো নঙনি।"

মবানিমক ডাইবিটিজ লায়নানা য়ক য়ক লাওনা নারবসু হন্দক নোং নিনিসিদি খিত্তং কনখৎপোই তৌরিবী মাধবীনা শোল্লি শোল্লি ঙাঙবনি। তোমচাদি হন্দকসি য়াম্না শোনথৈ হায়দুনা ইমুং মাঙ্গোলদগী ইহেন হেন্দোক্তে। ফত্তে হায়না হায়না বেরি মচৈদু চিংদুনা তুমিন ফমদুনা লৈ।

তোমচা, সরকারগী থবক মচা অমা তৌজরম্বনি। লুপা লিশিং তরুক মুক ফংই। নহা ওইরিঙৈ মপাঙ্গল ফরিবা মতম্নিনা, শুপ্নগী অককনবা তলব খরদুনা নুমিৎ, থা, চহিচুপ্পা ফাজিন পুক্সিন্দুনা থম্বদুনা কয়াম চাওখৎপা ঙমগদগে তত্তনা খনখি। নুপা থোক্না চেন চোংদুনা হোৎনগে, হেক ঙম্বমখৈ হোৎনজবগী মতিক অহেনবা শেল তান্দুনা, হেন্না চাওখৎপা হেন্না নুংঙাইবা পুরক্কে লেপখি।

অমরোমদা থবক ফংদ্রবা মীওই অমনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা থবক ফংজবদুসু ওইজসনু খল্লি।

অহানবদা সো-মিল চলাইবা হৌই। মী অহুম তলব পীদুনা থবক য়াওহল্লি। মিলগী মথক্তা ত্রেক্টর অমসু থমদুনা মতম মতমগী তাঞ্জা য়েংদুনা কন্না শু- নোম্মী। পিক্লিবা মচাশিং রিক্সো মচা তোংহল্লি, অথুম অহাও পিজৈ, মফি-মরোল নোপহন্দে । ৱানা তানজবা কারবারগী শেলনিনা থোইদোক হেন্দোকপা অবং-অরাক্লি নুংঙাইথোকপদা য়াওবা ঙমজদ্রবসু চেকশিন্না ৱাত-পাদনা পানজৈ।

চুম্না চৎচবা মীবু অপঙবা তারবা, পুকচেল শেংবা মীগী কান্নবা ফংদ্রবা মতমসিদা, মীওইবগী লাইবক্লা য়াদবা হায়বদুগা পুনখি তোমচৌদা। উ লৌনবগীদমক্তা চীঙমাই ওইনা লৌবগী কান্নবা ময়াম অমগী অঙ্ক হোৎনদুনা, থাজনবা য়ান্নবগী মখাদা, মাগা লুনা তিন্নজবা চীঙমী খরগা য়ানদুনা, মখোয়না লৈরিবা চীঙদুদগী উ চিংথোক চিংসিনগী প্লান তৌবা হৌই। অতোপ্পা মিলশিংনা মওং অসিদা য়াম্না কান্নবা ফংনরিবশিংদু য়েংদুনা হৌখিবনি। মতম শাংনা লেবর ময়াম চীঙদুদা য়ারেক্তুনা উ য়ানবগী থবক লোইশিল্লকই। উ চিংথোকপা য়ানবা সুকলৈ লৈরমদবা লম্বী মরন্নাই পৈশানা শেম্মী। পুম্নমক্তু লোইশিন্নরক্তুনা চাওরবা শেনফম কয়া পীফম থোকপা পী, থাদফম থোকপা থাদখ্রবা মতুঙদা, উ চিংথোকপা য়াবোই হায়দুনা অতোপ্পা চীঙমী খরনা খুৎলাই পায়দুনা থিংবা হৌরকই। য়ান্নরম্বশিংদুসু উবা হেক্তা ফংখিদে। "ঐখোয়না য়াবা, ঐখোয়না থিংবা" হায়দুনা শিন্নরগা মনুঙদনা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নদুনা শায়েন ঙায়েন্নখিবরা অমত্তা খঙখিদ্রে। থিদোক থিজিন, চৎথোক চৎশিন্দা থৌ অমা ওইখিবনি। ফনা কুইরবা মতুংদা চুম্মী খঙদে লাল্লি খঙদে, চাওরবা শেনফম পাইশিনখিবা কাংবুদু কাংলুপ মশেন হাৎনবদা য়াওখ্রে হায়নরক্লে। মখা তাবা চথবা য়াবা, থিবা য়াবা মরি মখোংগী চেন্নরিঙৈদা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা উগী পারমিট থিংবা, ষ্টেট গভর্নমেন্টনা ইম্ফাল এরিয়াদা সো মিল চলাইবা য়ারোই

হায়বা ওর্ডর পুন্নমক অসিগী মরকতা মাগী মিলদু শিরুম নারুম লেপ্তুনা লৈখি। ত্রেক্টর অমদি অতৈ মাল চাং কয়া য়োন্দুনা, উগী পারমিৎ থিংলে হায়জরবসু, সঙ্গ লৈবা, ৱাচৎ ৱানোম হৈবা পৈশা য়াম্না পায়বা মীগী মিলশিংদা ৱাংনা ৱাংনা পৈরিবা উ বিমদু লৈরুরগা চলাইনবা কন্না হোৎনরকই। মথাঙদা লৌবগী, শেনদোং ৱাৎপগী অরোৎ অফোং শেনখায়না তোইরকপদগী মিল চলাইবা ঙমদদুনা মতম শাংনা পুমলেপ লেপখি। উপাই শুকলৈ লৈরক্তে। য়ারেলমলতং ওইরবসু ফংনবা হায়দুনা লুপা ৬০০/- ফংবা য়াবা ওর্ডর অমগী ইঞ্জিন ঙঙবদা লুপা ১০,০০০ গী দিমান্দ। অদুনি অদানি হায়রুবদা, মখা তানা ঙাংননিংঙাই লৈতে। ইঞ্জিন হেক ঙংবদা থা অমগী লুপা ১০,০০০/- পুমতোক তোকপা তাখি। চহি কয়া শুফম নোমফম খঙদনা হৌখি।

মচাশিংনা চাওশিল্লকপগা, পৈশাগী দরকার লৈবা হেল্লকপগা, কারবার শিবগা,মশা লায়না চেল্লকপগা চান্নখিদুনা মাধবী তোমচৌ অনিমক ৱাখল লৌশিং মাঙবা থাক্তু য়ৌরকই। মনিং থুংহনবা ঙমদ্রবা, অৱাৎপতনা মশিং হেল্লক্লবা ইমুংদুদা; নুংশিবা, নুংঙাইবা, অথোৎপা খোনথোক অমত্তা তাবা ফংনরক্রে। মচা শেম্বা ঙমদবা, মচা নুংশি খঙদবা মমা মপানি হায়দুনা ওনখৎতুনা মরাল শিরকপতনা, মচাশিংদুগী হৈনবী ওইরক্লে। মরাল লৈরবা মীশক অমমমগুম,মখোয় অনিসু মচাবু চৈহৎলুবা, ৱারকউবা, ঙাংলুবা ঙম্লক্রে। মচাবু মনিং থুংহনবা ঙমদবা মমা মপাদি, মচাদগী মিনুংশি ব্যবহার ফংফম থোক্তমানে খন্নরকই। ৱা কয়া ঙাংগন্দবা, ইমুংগী লৈত-লাইর খঙবগী মমি ফজনা তাই খনজরিবা মচানুপা অহল নত্তনা অতৈ মরিদুদি, নুপাসু নুপীসু পেন্না পেন্না হঙ্গৎ হঙ্গৎনা, চৈনা পুবা ৱাকৎ ৱাহৈ কয়া কয়া হায়বতনা মশিঞ্জাং ওইরকই।

তোমচৌনা কয়ারক হন্না হায়খ্রবা ৱাহৈশিংদু নৌহৌননা হায়নিংবা ফাওই, "মচা শেমনিংদবা, মচাবু মতিক চাবা মী ওইহন্নিংদবা মমা মপা লৈবরা। পুন্নমক্তগী ইচানা ইহেন হেনহন্নিংলিবনি। উপাই লৈতবা হায়বসিনা ৱাখঙদবগী

মথক্তা অরানবসু তারবনি।" অদুবু পাঙ্গলনা হেন্না শোনজিল্লকপগা, মখোয়গী পেন্দবনা হেনজিল্লকপগা তুমিন্না লৈহৌবনা মরাল য়াজরবা মীশক্লম নোনজহৌবনা, মচাশিংগী থম্মোয় খরদং ফাথহৌবা ঙমগদ্রা নত্রবদি থিংবা ঙম্বা পনখৈগী ব্রাংবা লানখিদুনা ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা চৎখিগদ্রা খন্দুনা তুমিন্না খাঙজবতনা মথৌদাং ওইরকই।

তোমচৌগা মাধবীগনা খনজে, ইশ্খোল শম্বল তেক-তেক শুরিবসিফাওবা ঙম্লক্তদুনা ইমুং মাঙ্গোলদগী হেনদোকপা ঙমদনা হিংবগী তাঞ্জা লাক্লবদি, ইচা অচৌবগী মরুম থুপ্না হিংজবা ফংগদ্রা মা মঙাইরে, ঐখোয়গী তাংজফম। অতৈসিদি হন্নবু য়েংবীনি থাজরক্ত্রে। ইচা ময়াম পোকচবগি নুংঙাইবা হায়ববু, অমখক্লা ওইরবসু ঐখোয়বু নুংশিবিরিদনা খনজে।

- "পাবুং, পাবুং, ইমা লৈব্রা ? ইমাগা চুংশিন্নদুনা, অরোইবা ওইনা অমুক্তংদি খন্নৌ। ঐগী চান্স মসিনা অরোইবনি। পৈশা য়াওদনা পুন্সিদা অমুক হন্না ইন্টরভিউ য়াওররোইদবনি। লুপা লাক্ষ অনি মখায় পিরবদি শোয়ররোই। বতনগা সুরেশকদি পীরুরে, শোয়ররোই হায়নরে। রতনগীনা ইশ্খোল তংখায় য়োল্লে, সুরেশকিনা লৌ মচেৎ অমা য়োল্লগা অব্রাৎপদুনা মপাগী অচৌবা মরুপকি শেনফম অমগনা শুনবা থীখ্রে। ঐগীসু অমুক্তা খন্নৌ।" মচানুপা অহলনা হুমাং জী জী শৌদুনা, অমুক ফম্নোই অমুক লেপ্পোই তৌদুনা লৈতাদনা হায়রকপা ব্রাহৈশিংনি।

- ইবুংঙো পৈশাদু পিরগবু শুংশোয় শোয়ররোইদবা জাৎলা ? শোয়রোইবু হায়রবদি লৌ-রা ইশ্খোললা য়োনবা তাবনিনে।

- অদুবু ঐনা হেক্তা হাযবা ঙমগদ্রনে, শোয়রোইদি হায়রিদনা। হোৎনবা তাবেদনা, সুম কিদুনা লৈববদি পুন্সি চুপ্পা ব্রাবা তাবা।

উপাই লৈতে, ইশ্খোল য়োনবদা লেপ্পরে। নুমিৎ নিনি হুম্নি চেন্নরিঙৈদা ইন্টরভিউ হায়দোরক্লে। বতনগা সুরেশকদি খল্লক্লে, দিপককিদি য়াওরক্ত্রে।

নুমিদাংদু তোমচৌগা মাধবীগা মশাদু সুমথবমখৈ পীকশিল্লিবদুদগী হেন্না পীকশিন্না, সোনথরিবদুদগী হেন্না শোল্পুনা ফম্মীন্নরিভৈদা, মচানুপা অহলদু তৌথোক নুংথোক্তবা মওংদা লৈয়েং ফাইনা ঙাঙদুনা চঙলকই

- নখোয় লোয়না খঙলে, মুন্না খঙলে হায়রিবসিনি। ঐগী ইমা ইপা অমত্তা লৈতে। ঐগী মিচঙ লৈতে, মতেঙ পাংবিনবসু লৈতে। নচা শেন্না ঙমদবা নখোয়না করিগী হিংলিবনো ? য়েংঙুদনা ঐনা করি তৌরক্কে হায়বা, নারক্কে পত্তুনা শিজৌ, লাম্লক্কে কংদুনা শিজৌ। ঐনদি হন্না শুকয়েং য়েংঙোই, য়েংনিংঙাই মরম লৈতে হায়রিবসিনি। নচাগীদমক ৱানিংদবা নখোয়গীদমক ঐনদি করিগী ৱাগদৌরিবা ? নখোয়গা ঐগা করিমত্তা মরি লৈনদ্রে, লোইরে। ঙসিদগী ঐঙোন্দা ৱা অমত্তা ঙাঙলক্কনু। মাধবীনা খঞ্জে ইচাদি থম্মোয় চাওবনি, অৱাবা খঙবনি। পেন্দবগা শাওনিংবগা পুনখিদুনা নেশাগী মপান তাংদুনা পঙঙাং ঙাংখিবনি।

ফমুংদা চংনরবসু তুন্বা য়ানদ্রবা অথেংবা অহিংদা মচা অচৌবনা ঙাংবদু তারকই।

- পাবুংমুক পঙবা মী লৈতে। সরকারগী থবক তোকথোক্লগা কারবার তৌই হায়নে। মী পুম্নমক থবক তৌনা তৌনা কারবার ভারিদা তৌই। থবক্তু কাদ্রসু তলবতি সুংশোয় শোয়দে। পাবুংচাখোই তলবসু চাই, দুকানসু ফম্মী, গাড়িসু চেল্লি, মীদি শিংবনিনা কয়াম নুংঙাইনা পাল্লি। তলবতুনা পেরে, থবক্লা লনাইগী। পাবুংনা মথৌ মশক খঙবদগী নৎত্রো, সি য়ৌনা ৱারিসে। কৈমতা কান্নদে, য়ুম মৈ চাকপদা, য়ুমদুদা মকোন শাদুনা লৈজবা উচেকতুনা মপুগী অৱাবা তেংবাংলিবনি হায়দুনা অপিকপা মচিন মচাদুনা ঈশিং মরিক মরিক খিকথবা য়াওরকপদা,মাগী থৌদাংবু শিংথানবিগদবদি শুপ্নগী থম্মোয় নৌবা কবি খরতনি, শৈথাদুনা কবিতা ইখিদৌবা। মীপুম খুদিংমক্লদি কান্নবা ফংদ্রবা থৌরেমদা থৱায় য়াওই হায়দুনা অপঙবা শিবিদৌতনি।”

তুমিন্নতা লৈজরগে খল্লম্বা তোমচা খাঙবা ঙমদ্রমালে, থম্মোয় শোক্লা হায়রকই, - অরূবনা মতাইদা, অনৈবনা ময়ায়দা হায়বদুনি ইচাশা। অচুম্বগী কান্নবদি উবিনবা লৈত্রে। ইশা ইশাগী নুংঙাইনবা খল্লিবঁগে, ঐগী ঐগী খোপচিন্নরিবঁগেদা, মৈত্রবাক অসে অমমম্বা ইরোলনুংদা লুপসিনখিদুনা পুম্মাং মাঙখিদৌরিবনি। অদুগুম্বা ইরোলনুংদা ঐখোয় পুম্নমক লুপখিবা মতমদা খেন্নগদৌরিবা হায়ববু মখোয়না সনা লুপা মোন্দুম মোনতেক্কা লোয়ননা লুপখিবা, ঐখোয়না উকক উরাংগা লোয়ননা লুপখিবা, লুপ্পদি পুল্লপ লুপমিন্নবদুনি ইপানা ইপঙ পঙনা উরিবদি। ঙসিদি ইপানা অচুম্বা পাম্লুবদগী ইতোমতা নাইতোম তারুবদগী পিক্লবা কা অসিদা অপিকপা খোঞ্জেল অমা অনিগী পেন্দবা খোল্লাওনা পিক্লা নিল্লি। নখোয় তারবরা মুতুমগী দুকান্দো য়োল্লে হায়দনা লুপা লাক্ষ তরামঙানি, কুননি হুন্নরিবঁগেদা, ময়াঙ অমনা লাক্ষ কুন্থ্রাদা লৈখ্রে হায়রিবসে। তোনজমগী ভারাদু মৈতৈনা লুপা লিশিং অনি থিদুনা লৈজবদু ময়াঙ অমনা লিশিং মঙা পিগে হায়বদগী লৈখ্রেদনা। "কংলৈ সনা লৈময়োন" হায়বা লিলা পাটিদুদা লুপা লাক্ষ কয়ানো মতেং পীরকই হায়দুনা ময়াঙ অমসু লিলা পার্টিদুগী প্রসিদেন্ট হাপখ্রে হায়রিসিনি। অদুনিদো, হয়েং মখোয়গীনি হায়বদা খোঙফম অমা লৈরমদ্রবদা, মরাইবক থিরবা তুংগী মীরোলদুনা, হান্না চৎখিবা মপা-মপু ঐখোয়বু চিংথোক চিংথোক্লুনা মৈত্রবাক সিনবা থুংনা লাওরক্কদবা পেন্দবগী খোল্লাও অদুনি, ইপানা ইপঙ পঙনা তারিবদি।

অহিঙ অদু ইচিক চিকখ্রে। মখা তাবা ব্রা ঙাংনখিদ্রে, খোঞ্জেল অমত্তা তাখিদ্রে।

---

# টেলিফোনদুগী লাইবক

শেৎপা চাবা মনিঙ থুংহনবমক ঙমজদ্রবসু মানা ফংজরিবা তলবকী শেনফমদুগা চয়াম পোকপী, ময়াং কংবী সোরোনা তেক তেক তানজবা খরদুগনা, মচানুপী তরুক নুপা ২গা লোইননা ৱা ৱা, য়া য়া লাংজদুনা পানজবা ইবোতোম্বীগী ইমুংনি। মচাশিং পাখং লৈশাবী ফারকপগী দিমান্দশিংগী মনুংদা টেলিফোন পুশিন্নবগী দিমান্দসিনা খ্বাইদগী কনবা ওইরকই। ইবোতোম্বীসু য়াই, পুশিনগে খল্লি। মাগীসু দরকার য়াম্না লৈরবনি মতমসিদা। অদুবু চায়াম পোকপগা শেনথোক ৱাৎপগা হেক পাংথোকপদি ঙমদে।

টেলিফোন পুশিন্দুনা, মচাশিংগী নীংবা থুংহনবা ঙমদ্রিবৈ, মথং মথং ইকান কান্নদনা, মচানুপী অহন্দু লৈহৌরগা মখাগী মনাওনুপী মরি শুরে চেনহোঙ হোঙখিবা। মরক্কুদা মচানুপা অমসু হোঙখ্রে। মচানিঙোলশিং মথং মথং ময়ুম পানখিবদগী নহালমখৈ তুমিন্না লৈজরম্বী সোরোসু টেলিফোনগী দিমান্দসি মানা ইহেন অমুক হেল্লক্লে। লুহোংবা তোয়খিবনা পৈশা পুথবসু হেনগৎলকই। মফৈরোমদগী থোনগৎলকপা পোৎলুম অমগুম মনাওনুপী মরি, মৌপ্বা অমা লুহোংখ্রবা ফাওবদা, লৈশাদুনা লৈরিবী মচানুপী অহলগী, ফোংদোক্লিংলবসু লোৎশিন্দবা য়াদবা পোৎলুম অমখক্লা কোকথক্তা ননথরম্বদু ঙরাং তরুক্লি চাক্লৌবা হেক লোইখিবদগী নে তাবা অমসু ফংজে। মচানুপী অতোনবীদুগা, নুপা অতোনবদুগীদি দোঙ অমুক তৌরক্কদরা চুম্লতা ৱাজবনি।

মচানুপী অহল লুহোংবগী পূবদা, হান্নগী ফাওবা শিংবা লোইদ্রিবগী অরুম্বা অমা লৈজরবসু কদাইদনো অমা ইয়াং য়াংখিদুনা পূবগী পূবা থোক্লবা অমা লাক্লনি খন্দুনা টেলিফোনসু পুশিল্লে। মচানুপীনা মমাদা হায় - "ইমা ঐখোয়গা থারদি লৈকাই অচৌবসিদা ফোন অহুমদি শুরেদনা। হান্না পুশিনখিব অনিমক য়াম্না নুংশিদে হায়নৈ। পোঙঙি শক তাখৎলি, মীচঙ মীথোক য়াম্না

নুংঙাইতে হায়নৈ। মীনা ফোন তৌগে হায়রগা শুক-শাক্কা তৌনুকো, ইকায়জৈ।" মখোয় পুম্নমক পুন্নাং লাঙই।

সোরোগী নুংঙাইজবী য়ৌরে। অয়ুক নুংথিল নুমিদাং মচানিঙোল মঙাগীদা অমদা অমুক, অমগীদা অমুক মচাশিংগী মপাও তাজদুনা পোথাফম ওইজৈ। মানাক্তা নক্লা লৈরিবগুম খঞ্জে। বিলগী ৱা নীংশিঙদে।

নুমিদাংগী চাক থোংলিঙৈ রিং অমা লাকই, করম্বা মচাগীনো খন্না সোরো তাপ পায়খৎচৈ - "হোয হোয়" থমখি - হায় ইবেম্মা, নবুং লৈব্রো?

- লৈতে মমান্নবগা চৎথোকখ্রে।

- অসেমগী রনজিৎতো ঙসি অহিং হল্লক্লরোই হায়দনা ময়ুমদা খরা হায়বিয়ু হায়রকইনে, নঙ খর হায়রুচোদনা।

- ঙস্মরোই, হয়েং পরিক্ষা লৈ, পুংশু ৮ তারকানসিদা কমাই চৎতোইনো, য়ুমলোন্নবসু নত্তে। য়ুমলোন মরি লানবদি লায়রদনা, লৈরক মচাদুসু লান্দোইবা। নহালসু চৎপিনবা লৈতদনা পাবুংনা চৎলগা তা তোমালখোইগী মনেমবোক্তো, অনাবা নুংঙাইতে থুনা লাকউ হায়রকএনা থবক কারমদাইদা শাওনা শাওনা চৎলগা হায়খিবনি। ঙরাংসু মখারোমগী মেম্মীদো ওফিসতা ৱানথরক্কুনা হোস্পিটালদা পুখৎলে, ময়ুমদা পাও পীবিয়ু হায়রকপদগী তামোনা হায়রুবনি। ঙসাইসু ইচে মেমচা কৌবীয়ুনা কৌরুরে, লৈরমদ্রে হায়রুরগা চেনাও ওইনা কৌবীয়ু অমুক হায়রকএ, চেনাও কৌবা অমুক চেল্লে, লৈরমদ্রেনা হায়রগা মমা ওইনা কৌবকউ অমুক হায়রক্কুনা অহুমল্লক চেল্লিনি খঙবরা। সিদৈদিনে টেলিফোন ওকপা মীদুনা পাও হায়বা মী কৌবা চৎনরসি। ঐদি সুকপাই পাইররোইদৌনি। চাক মৈ লৈথবম্লগা, চিঠিখাওনা লুম্লবা, মথৌ তৌদবা য়াদ্রবা পোষ্টমেন অমগুম সোরোদু থোকখি।

নোংমা নিনিসি ইবোতোম্বীদু মশা ইনুং নুংঙাইতে। তুম্বা ইয়া য়াদদুনা টি. ভি. থারিবদু য়েংবোই য়েংদবোই হিপ্পি। সোরো, মচানুপী অহলদু মৱা

মপাও তাখিদবা কুইরে খন্না টেলিফোন্দু হায়ফেৎ য়েংই। খঙহৌদে রিং অমা সৎ লাকই। সোরো তাপ পায়খৎলি। করি করিনো, সাওনবোই চৈনবোই ঙাংনখি।

- কনানো, করি হায়রকইনোনে।

- " হো নচানুপী য়াইমদো, ব্রা ব্রা কপ্পকইবা; সুনিলদো নুপী অমা কোয় হায়বরা, চৎমিন্নে হায়বরা, অদুগী লান তৌনরেএ, ফুনরেএ। নচানুপীগী মচিং মতাদুগা মানসু মশম ফোইদৎলেনে। সুনিলনসু ফুরে, ঐবু লাকউ হায়রকইবনিনে।"

- " চৎলুনু চৎলুনু, ব্রা চাওথোক্লবনি।"

মখোয় অনিমক তুমিন তুমিন লৈনৈ, ব্রাখলদি হোংদোকপা ইঙম ঙম্লদে। কমদৌনরিদনো হায়বসিদা পুক্লিংদদি লৈতাফম খঙনদে।

ঙসিদি থাবল চোংবগী বেন্দ মখোলনা ইরাং লাঙই। লাপতক তাবদি ফনবু নুংশি, অনকপগী মখোলসিদা তুম্বদি ফজনা য়াররোই খল্লি। মচা অতোম্বসু হল্লক্লিবনা সোরো অমুক হৌগৎ, অমুক হিপথ লৈরিঙে পুং ১১ তারম্লে। রিং অমা লাকই, সোরোনা পায়খৎলি, ঙাইহাক ঙ্কুং ঙ্কুং ঙংনৈ।

-" কনানো" ইবোবীনা হংঙকই।

- হো নচানুপী মীনানি, রতনদো হল্লক্লেনা, নচানুপীনা মচা মশা ঙমদবীদু পোরগা কুমারখোইদা চৎলগা হংলুবদা, থাবল চোং লৈহৌই হায়রকএয়ে, মানা ওঃ খোংনা কপ্পদনা হায়রকইবু "ঐসু চৎকনি, থাবল চোংলুনি, মানা ঙম্মগা ঐদি ঙম্মোইদ্রা" সিনিসে। ঐনা চৈরুববু ফোন্দু ক্রোক লাওনা থমখিনে। কৈনোনে, ঐনা তৌদোইসিবো। ইবোবী ব্রা মখা তাদে, তুমিন্না লৈ।

নুমিৎ খরনিসি টেলিফোন য়াদদুনা পুমচিক চিকপদু, নিঙাই চাওবা মচানা ইশি শিনা তুম্বদু য়েংলগা নৌহৌননা নুংশিবা হেল্লকপগুম, চেক মোক হায়খিদ্রবা টেলিফোন্দু ইবোতোম্বীনা নুংশিনা হায়ফেৎসু য়েংলুরি। তয়াং তশোইগুম ফাওরিবা পুক্লিংগী ইহুল থৈদোকফম মীচং থিবোইনা চাক থোংলিবী সোরোগী মনাক্তা চংলক্লুনা চাকশঙদা ফমথবতা মঙাইরি; মচানুপী অতোনবীদুনা টেলিফোন য়ারে, ইমাগী ফোন লাকই হায়না কৌরক্লুনা সোরোনা পায়রুই।

-" হৈ য়ুম পানবা হায়বসি মদু পুম্নমক খাঙগদবনিনে। তুমিন লৈয়ু, নপাবুং মশা নুংঙাইতে, কোন্না ইমা অমুক তৌরক্কে।"

ইবোতোম্বী সোরোদা য়েংঙকই।

- নচানুপী সয়ানি, ব্রারে য়ুমদা হল্লকঅগেনা কপ্লকইবা। কৈনোনে মানা হায়বদুবো "মনেমবোক হায়বজাৎসি য়াম্না ফৎতে, মনেমবোক হায়বসিমুক ফত্তবা লৈতে" সিনি মানা হায়রকইবা। মখুৎ মশা মোৎলে খুজিল চুরে, ব্রাবনসু শিদৌরে, চৈবসু চৈ, ঙাংবসু পংঙাংদা ঙাংই, য়ুমদুদা লৈবা ঙম্লরোই হায়রিনে।

- উম টেলিফোন লৈজরবনিনা অথু অথুবা পাওদি খুদক-খুদক্তা তারেনে, হা! হায় টেলিফোনগা অমত্তা তৌরুনুকো, হন্দক্তি বিলসু লিশিং অহুম হেন্না তারবনি, ঐ মাথা শারিবনিকো। তৌদবা য়াদবা হায়বমা লৈবনি। হেক তৌর ফোন হেক তৌর ফোন, ঐ পু থাং ঙম্লরোইকো।

- হায়সু হায়বনি মাগী শিলা হায়বীসিনা, মতোমতসু নত্তে, মমান্নবী লৈশাবীনেনা মহা খর পুরগা লাক্লনি, ফোননেনা তৌখিবসিনা, তৌখিবসিনা কৈনো পুং ১ গা হেল্লিনে। মচেক্তা য়ৈদনা কয়ামা হায়রবনি করিমতা ইকাইবা খঙদে, ঐদি প্রোক প্রোক চাক্লবজাৎনি। হায়রিসে মাদা নত্তে, কনাগী পাখং সোইনৌ লৈশাবী মকুপ মশিং খঙদে তৌরিবা। তোমচৌখোয়দসু খর মতৌ হায়রুববু, চঙনিংদে শক তাখৎলি মবুক ফত্তেকাসু হায়বীরিনে। ঐখোয়দদি

নুংঙাইকা হায়দনা মীচং খোম্মম্মীনে। ঐনা ইচানিঙোলশিংদা খর তৌবসিনা বিলবু আ হেক্তো য়ৌগদ্রো? নহালসু চফু পাথবগা থাউ শাবগা ফাংনরিঙৈদা মখারোমগী বীজেন্তিদু কৌবিয়ুনা অমুক তৌরকইবা ফোন পাইরিবা ঐবু কনানো হায়না অমুকসু থিগৎপিরিবা। খরসু লাপ্পী, চাকখুম থাদোকপা য়াদ্রে, কোন্না অমুক তৌরকউ হায়খি। খর লৈরগা মায় বীজেন্তিসিনা পৈদনকা চৎখিনে, মমান্নবীদুনা কৈ কৈনো হায়রকএনা।

মরক্তুদা ফোন অমুক লাকই। সোরো টেলিফোন্দু থনল্লগা প্রপ প্রপ থোরকই। তহ্া তহ্া ফনেক হোংনা হোংনা চেনঙাং ঙাংই। "নচানুপী অহলনি, নমাক নুপাদো হোস্পিটালদা পুখৎলনেয়ে। মশাদো পঙথবদৌনা পুমশোন শোনথখ্রেয়ে, মীসু কনামত্তা লৈতে, ঐবু থুনা লাকউ হায়রকইবনি।"

- "ইস ঐদি ওফিস য়ৌদবা য়াদবা অরুবা থবক লৈ। মরুপ অমসু লাক্কনি, থবক অমা লোইশিনমিন্নরগা চৎকদৌবনি। ফরে, নঙ চৎলো থোইদোক্লা লুবা নৎত্রগদি, তপ্পা ওফিসতগী লাক্লবা হেক য়ৌবগা ফোন তৌরকউ, ঐসু ঙাইহাক্তি লৈখিনি।" ইবোতোম্বী মতোমতা খোইদৌ শাওগৎচৈ, ইচাগী কানিদি হায়ববু জগৎকি অথু অকাইদি নংঙেনে ফোন লৈরবনিনা। হোস্পিটাল য়ৌরগা তাবগা নত্রে।

সোরো হোবে হোবে থোকখি। ইবোতোম্বী মাঙ্গোলদগী শুমাংদা কুমথবতা মঙাইরি।

- " হো ইচে ফোন অমুক্তা তৌগে, ইচানুপীদো ব্রারী অমুক্তা শানিং তৌবনি।" ইবেচাওবীদু য়া য়া নোকপগা ঙাংবগা তৌদুনা চঙলকই। " তৌ তৌ" ইবোতোম্বীনা খুম্মী।

অনাবগী ব্রাখল, বিলগী ব্রাখল, মফাং মফাং খল্লুবদু, ইবেচাওবীনা ফোন্দা নোকঙাং-নোকঙাং, কোথ কোথ ঙাংবদুদা মাগী নাকোংদা লাওরকপগুম ময়েক শেংনা তারুরি।

- "হল্লো, মেমচা চাক থোংঙবরো ... আঃ আঃ উম, করি ইঞ্জাং থোংগে ... ওঃ ওঃ হোয় হোয়, হাওনি, হাওনি ...। ঐখোয়গীবো ... কাংসোই থোংঙে, হাওবনা ... হাঃ হাঃ হা ... য়াইয়ে য়াইয়ে। কৈসু হায়নিংঙাই লৈতেদা, হোরেন্দি পাকনম তৌনি, তান চারদি হেক লাকউ .. অঃ অঃ ওঃ ওঃ হোয়দা হোয়দা চিল্লদি চিল্লেদনা, য়ারে য়ারে। থম্মগে। ইবেচাওবী ঙাংনা ঙাংনা থোরকই।

- "তাইতোম্বীখোয়দি ফোন লৈজবনিনা নুংঙাইজরিনি। ঐখোয়দি লায়রবনিনা চাওখৎপা য়াওবসি য়েৎলগা য়াওরেনে। ইবোতোম্বীনা খুম্লিংই "য়েৎপদা নত্তে ইবেম্মা য়েৎথৎলে" ইবেচাওবী ঙাংনা ঙাংনা চৎখি। ইবোতোম্বী, ফোন্দা ঙাংনা শক্লবিবা ৱারী মতাদুগা খোইদৌ শাওগৎপা সুম হেনগৎলকই।

মনিঙলোমদা মিৎকুপমুক্তং চঙলুবনি। থোরকপদা হায়নবী নুপীমচাদু টেলিফোন কাদুদা মী লৈ খঙদে, লৈতে খঙদে, দোষ লৈতনবা মওংদা "কনা লৈগে ফোন অমুক্তা তৌগে" পাওখুমগী দরকার লৈতে, সৎ ফমথদুনা নম্বর ওৎখি। ইবোতোম্বী নিংদোল তিং তিং চোংই। ফম্মুংদা অমুক ঙাইহাক ফম্মী। ফুক হৌগৎতুনা হুরানবগুম মশাগী টেলিফোন্দু থোঙনা অহোবদা অমুক য়েংলুরি। নুপীমচাদুনা অমুক কেথ, অমুক ওইনা, অমুক তপথ, অমুক লাওখৎ, উন চফু পাইদুনা নুংশি হকচিক লাংলি। শোমদা ইবোতোম্বীনা মশাদু মৈদা নেৎলগা মৈহুমদা নল্লে। অনাবগী পাও পীনবা হোৎনবদা মাগী নুপীনা হুমাং কাংলমদৌদু খনবদা মানা হেন্না কাংলকই। ইহে, ওফিসতা ফোন তৌদবা য়াদবা অরুবা থবক অমা লৈবদু খংনিং নীংশিঙলকই। ফৎ চঙলুই। লৈরম্মী। ইবোতোম্বী প্রোক প্রোক চাক্লা চৈনিংবা লাওনিংবা ফাওরকপা ৱাহৈশিংদু মুরুম মুরুম শোন্দুনা থোক্লক্লগা মনিঙগী শুমাঙ মচাদুদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা মখোলদু ফাজিল্লগা পেন্না পেন্না ঙাঙলকই। অমুকসু তপ্পা হায়রকই, 'করিনোনে ঐনা তৌগদৌরিবসিবো, করি হায়গদৌরিবনো সিবো' ঘড়ী অমুক য়েংলুই পুং

১০:৩০ তারম্লে। 'হায়মা পুং ১০ দা টেলিফোন্দা পাও ফাওনসি হায়রকখিবদুবু সুনিলগা সুভাশ কা নৎত্রনে। ইস: কমদৌনি সিদি। অমুক ইমুংদা চঙলকই, লৈরম্মী। 'য়ারে ইবেম্মা মীগীসু খর খল্লু' হায়রশিরা খল্লি। হুম, অমুক ফাথৈ, ফরে ফরে পুং কয়া ফাওবা তৌগে ময়েঙলগে খন্দুনা স্বর শাংনা হোঙ্গে। মহাক্লা ফোন পায়রক্লিবসি পুং ১ ফাগদৌবা মিনিট ৫ তা ঙায়রে। ইবোতোম্বী মাগী তিং তিং চোংবা মিহুন্দুনা চিংশিনখিবরা খঙদে, টেলিফোন থম্লিবা কাদুদা চঙদুনা লেপ্লুই। ব্রাদি ঙাঙদে। নুপীমচাদু খিত্তং হৈনদবরা, ঙাইহাক উঙঃ আঃ ইকঃ আকঃ তৌরম্লগা থোকখ্রে। ইবোতোম্বী টেলিফোন্দুদা মুন্না য়েংই। মচিনবান চিক্লকই। খোঙথাং থুনা ফোন মখোঙ য়ৌখি। তাপ পায়খৎলি মশা থক থক নিকই। অয়ৌবী পাঙ্গল ফুক্কুনা খংচিং চিংথৎলি, মরিগা মশাগা তোখাই তোখাই তাই। রিসিবরদু টেবলদগী খংচিং চিংথরগা অমুক্তং পেন্না কাওখিবদা চৌক্রি মখাদা পাইশিনখি। খুত্তা পায়হৌরিবদু লাক্কুনা লংলকপদা শাফু কন্না ফক্লাঙদা য়েরুরগা চোংথোক্লক্কুনা লময়ায়দা থরো-থরো ওল্লম্লগা চেপতুনা লৈ। প্রপ প্রপ চঙশিন্দুনা খুনগৎলি, নাকোংদা থম্লগা তাই, তুমিন লৈখ্রে, তসঃ পেল্লে।

---

# ঐগী ইরাল করিনো

ঙসিসু নিরুপমা হান্নগুম চিক্লবা কাদুদা চংলক্কে। নুমিদাংগী চাক ঈশিং লোইরদুনা কোল্লিক ব্রাইরম লোইশিল্লুবগী মখুৎতু ইচোৎ চোৎলি। খুদাগী কাংথোল অদুগী লুখুমদা থল্লিবা মায়খলদা য়াল্লিবা উরৈরোম মচুগী খুদৈদুনা মখুৎ তৈথোক তৈথোক্লা খুদা ফমুংদুদা ফমথরকই। থাবুম ৯ গী নাওপুরবী লুপ্পবা মশাদু লেঙম শাঙমদনা তপ্না হিপথরকপগা লোয়ননা, খজিক্তং হাংদুনা লৈরিবা থোংজাওদুদা মুন্না য়েংলুরি। অশুম্না অচিকপা মিকুপ খুদিং মহাক্লা খৌরাংনা থোংজাও অসিদা হেক হেক য়েংই, মহাক চংলক্কদরা হায়না। নোংমতা লাকপা লৈখিদে।

ঙসিদি খঙহৌদনা থোঙজাও অদু তপ্না হাংদোরকই। ইবুংঙোবী টুপি অমা উপ্পুনা লেংবান্দা বেগ অমা য়াল্লগা চংলকই। নিরুপমা শ্বাই লাওই, থাজদবগা ঙকপগা খমথেংনা ফমুংদগী ফুক হৌগৎলি। চংশিনবসু ঙমদে, কৌবসু ঙমদে। ইবুংঙোবীসু ব্রা ঙাংদে, পরপ পরপ চংশিন্দুনা ফমজাও ফমুং মনাক্তা লেপ্লি। বেগ অদু ফমুং মথক্তা থম্লগা তপ্লপ মমায় লৈথোক্লকই। নিরুপমাগী শকফম, শাবান মুর্তি উবদা হান্না খল্লম্বা ব্রাখলদগী হেন্না অব্রাবা ব্রাখলগী পোৎলুম হেনগৎলকই। ইবুংঙোবীনা হরাওনমক নত্রবসু মনাক্তা চংশিনসিরা খল্লি। অদুবু মকপ বিক্রমগী পাও অমত্তং ঙাইখিগে খন্দুনা তপ্না ফমজাও ফমুংদা ফমথরকই। পিনা মমিৎ অনিমক পিক থন্না, চিনবান নিক নিক লাওনা কপ্পা খাঙনা লেপ্লিবী নিরুপমাগী মাইথোংবু তপ্না য়েংলুরি। ইবুংঙোবীগী খোঞ্জেল থোক্রুবা ব্রাখলনা নিরুপমাবু নুংশিনা থেম্লকই, 'করিগী পিরাং ঈহৌরিবা, ঐনা নঙবু মিকুপ অমত্তসু থাদোক্কে। ঐগী পুন্সি নঙগীনি, ইমা লৈবাক্কিনি, নখোয়গীনি ঐনা হিংলিবা। নখোয়গীনি ঐনা অব্রাবা কয়া মাইয়োক্লরিবা। নঙবু উনিংলকপদা, ননাক্তা লাক্কে খল্লকপা কয়ারক্তা নুংশিবনা পীবা কল্লবা থৌনা

কয়াদু কায়না পোৎলুম পুবা ঙম্নবতা ওইখ্রবনি। তাঞ্জা ফংলবদি ঙসি অহিং অসি ঐগী নাওশুম ইশৈদা নঙবু নিংঙাইদনা তুমহনগনি' অদুবু পলেপফম খঙদ্রিবা মিকুপসিদা ইবুংঙোবী চীনবান্দি খজিক ফাওবা লেঙদ্রি। নিরুপমা থম্মোয় ফুক্লা কপ্পৃনা মনাক্তা ওইনজনিংই। মাগী পুন্সিবু অসুম্না ওইহনবীরিবা কবিগীনো হংনিংই। অহিং কয়া নুংথিল কয়া চিক্লবা কাসিদা কনাবু ঙাইদুনা করম্না মিকুপ কয়া হৌখিবা, কনাগী কল্লবা থৌরীনা পুন্দুনা করম্বা থম্মোয়গী বন্দি ওইরিবা। মমা ওইরক্কদবগী চাওরবা পোৎলুম অসিবু মথন্তদা থোংগৎপিরম্লগা করিসু খন্দনা চৎখিবা, হেন্না হেন্না মপুক্লিংদা ৱাবৌজরকই। লিথোকপা তমথোকপা ঙমদ্রবা পুক্লিংগী অৱাবা নিংঙমদবা পুম্নমক থম্মোয়নুংগীতা ওইদুনা লৈখ্রবসু মসিমতংদি হায়নিংই - "ঐদি নঙবু তশেংনা নুংশিজবনি, নঙগী ননাক্তা লৈজনিংবনি"। অদুবু হায়দোকপা ঙমদ্রবা ৱাহৈ ওইখিবনা থিংবা ঙমদ্রবা পিনা মনিং তম্না শিন্থরক্তুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লকই। নিরুপমানা খনজৈ - শোয়দনা মাবু থেমজিনবিরক্কনি, মাগী মনাক্তা চংশিল্লক্কনি। লেপ্তুবা পিরাংলক্তগী হৌখিবা অৱাবা ৱারী কয়া লিগনি। ওইথোক্লবা ৱাখলগী লুম্লবা মাইথোংদু থাংগৎতুনা পিনা থুমহৎলবা কোইরাওনরবা মমিৎনা ইবুংঙোবীদা অমুকসু য়েংলুরি। মখুৎ ওইনা খদাং শৌদুনা ফমুংদা মখোঙ য়ানথদুনা ফল্লিবা ইবুংঙোবীনা লুকথবপ তৌনা নিরুপমাবু মুন্না য়েংলুরি। নিরুপমানা শেংনা উবদি খদাং শৌরিবা মখুৎনা নাতোন ফাওবা খুমজিনখ্রগা টুপিগী মখা ওইরপ্লা নুংশিনা য়েংলিবা মমিৎ অনিদুতনি।

নিরুপমা লেপ্তুনা লৈবা ঙম্লকত্রে, মনাক্তা চংশিন্দুনা পেন্না কপথোকচরগে খন্দুনা খোংথাং অমত্তং থাংবা হৌরকই। খঙহৌদনা থোঙজাও অদু হৌরপ তৌবা মখোল থোক্লা লাউনা হাংদোরকই। বিক্রম থুনা য়াঙনা চেনশিল্লকই। ইবুংঙোবীদা হায়রকই - "মরুপ হৌজিকমক চত্তা য়াদ্রে, মিকুপ অমফাওবা পন্থবা য়াদ্রে।" ইবুংঙোবী ফুক হৌগৎলি, নিরুপামাবু হন্না য়েংনি হায়বা ফাওবা কাওখ্রে। প্রপ প্রপ খাও অদু লেংবান্দা য়ানখৎলি। থুনা য়াঙনা

থোকখি। নিরুপামা চপ লেপ্পি, চিক্লবা কাদুগী হাংদোক্লিবা থোঙজাওদুদা মাগী মিৎয়েংফম অমুক ওইরুরি।

লুহোংবা মতুং নুমিৎ ১২ নিশুবা নুমিত্তা ইবুংঙোবী শুপ্পগী চিঠী মচা অমত্তং ইরম্লগা য়ুমসিদা হল্লকখিদবনি। মহাক্না হল্লকখিদবা নুমিৎতুদা নিরুপামানা লোনশিনবা ঙমদ্রবা থোঙদুদা ঙাদুনা মপুম থিৎনা কপখিবদু ঙসি অমুক নৌহৌননা থোক্লরে। তুম্বা য়াদ্রবা চোকথরবা হকচাংদুনা কপ্পমখৈ কপ্পম্লগা হায়ফেৎ উইথবগুম তৌরুবরা, লাওনগুব কৌনগুম অমগা অমগা চেন্নবগী খোঞ্জেলদুদা খঙহৌদনা ফুক হৌগৎলকই। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরম্লে।

ইবুংঙোবীগী অশিবা হকচাং পুশিল্লকপা মতমদুদদি নোং পুমঙান ঙাল্লে। ইবুংঙোবী নিরুপমাগী তম্পাক্তা নিংঙাইদনা তুম্লি। পুন্সিগী চৎলগে হায়রিবরা, নঙবু থাদোক্লরোই হায়রিবরা নিরুপমা খঙবা ঙমদে। নোংমসু তুমিন্ন চৎখি, ঙসিফাওবা তুমিন্না ঙাইজরকখি। ঙরাংসু তুমিন্না লাক্লম্মী, তুমিন্না চৎখি। ঙসিসু তুমিন্না লাক্লগা তুমিন্না লৈরি। নঙনা ঐবু ঙসিসু তুমিন্না লৈয়ু হায়রিবরা? তুমিন্না হিংঙু হায়রিবরা? অমুক্তংদি পেন্না লাওনিংই - "হে সমাজ নখোয়দি তুমিন্না লৈবা ঙমগদরা? শাংলবা পুন্সিদা, ইচা চাওনবা য়োকপদা, ইচাবু মী ওইনবা শিন্থা পাঙবদা থোরক্লিবা অরাঙবা খোঞ্জেল পুম্নমক নখোয়না নুংশিনা তাবিবা ঙমগদরা? নৌজরিবী পুন্সিগী অৱাৎপা ৱাকৎ পুম্নমক তুমিন্না লৈরিবা লৈয়েংসিদা লৈগদরা ? খৌরাংবা পুম্নমক চীনবানশিনা কোকহনবা ঙম্লগদরা ? থম্মোয়গী নিংঙাইদা পুন্সিনা থাংলকপা খোঙথাংদা নখোয়না চৈদনা নোক্লদনা নুংশিনা লমজিংবিবা ঙমগদরা? ঙম্লোই নখোয় অমত্তা ঙম্লোই। নখোয় পুম্নমক্কী মনিংতম্বা, মিনুংশি য়াওদবা ৱাখলনা, হেন্না হেন্না মিৎয়েং চংলক্তুনা ৱারবা পুন্সিদা পিরক্কদবা চৈথেংশিংদো ঐগুম্বী লুখ্রাবী অমনা ফংলগদবা চৈথেংনি। অশুক মপোক থিবী ওইহল্লিবসিবু কনাননো? ঐগী ইরাল করিনো ?

---

# তামোয়াই

ইবোয়াইমা ময়ামগী তাম্মোয়াইনি। লৈকাইগী মরোল থোক্লকপদা ঙাইরিবশিংগীসু, চহি য়াম্লবা অহলশিংগীসু, পাখঙ লৈশাবী, মৌনহা, চহি মরক ময়া পুম্নমক্কী তামোয়াইনি। লৈশাবী পাখঙশিংগীদি চুম্নগী তামোয়াই নত্তে, শেম্নীবা মপুদগী হেনবা তামোয়াইগী শেম্নীবগী গুণ অমা য়াওবনা লাপথোক্লবা য়ানদে। তামোয়াইনা ইবিখিবা পাখঙশিংগী অহানবা নুংশি চিঠিদা লৈশাবীশিংগী থম্মোয় হুবদা নত্তনা খুৎ-ইগী ফজবদুনা অমুক্কসু নক্কা চিংশিনবিরিবনি। লৈশাবীশিংসু অদু মঙাই, তামোয়াইনা ইবিখিবা রিপ্লাই লেটর ফংখিবা পাখঙশিংনা হায়রকই - "ফজবদা ফজবা হাপ্লে, নুংশিবদা নুংশিবা হেল্লে।" হায়স্কুলগী, কলেজগী ছাত্র-ছাত্রিশিংনা মেগাজিন্দা হাপ্লবা, ৱারীমচা, শৈরেং, ইবিয়ু হায়রুবদা তামোয়াইনা হেক্তা ইবিরকই। ফাষ্ট, সেকেণ্ড, থার্ড তাখিবসু কয়া কয়ানি। অপিকপা অঙাংশিংনা শম্বলদা, উথক্তা কাদুনা শান্নরম্বদা, য়ুমথক য়ৌনা কাখৎলুবগা কুমথবা ঙমদদুনা কপ্লম্বা অঙাংসু, ৱাংচাওবা তামোয়াইনা লৌথবিবগী তাঞ্জা হেক্তা ফংই। লৈকাই নুপামচাশিংনা খোংবান মচা ইসিংপদা, ঙা ফারমদাইদা পল নিংখাইরকপা কয়া তামোয়াইনা থিংবীখিবা মশিং খঙদে, হেক্তা থেংনরুই। নুমিদাংগী থাবলদা, লৈকাইগী লৈশাবীশিং শুমাংদা ফৌসু লঙননবা য়েন্নখাদগী শুম্বল থাংদোকপদা তামোয়াইনা য়াওখিদবা লৈতে, ঙাহৌ ঙাহৌ চৎথোরকপগা তাঞ্জা হেক্তা চানৈ। হনুবীশিংনা নুমিদাংৱাইরম ফৌরাদগী ফৌ পেকশিন্দুনা, মচা-মশুশিংনা থাংজিন্নবা থম্বদু তামোয়াই ঙাইবোইনা হেক্তা থোকখি। তামোয়াই চৎথোরকপা ঙাইরগা লাইবিক তাকহনবতদা টিউশন তৌদ্রবসু য়াবা ছাত্র অদুম য়াওই। য়েংধৌ মপাল, অৱাথবী মখোক্লা অঙাংশিংগী পো খোংবী শাবদা তামোযাইনা শাবিবা য়ৌনা মখোল ফজনা থোকপা কনামতা য়াওদে।

স্নাহনবীগী ফিশাকোন্দু মখা ওন্না থাবদু নুংঙাইত্রে, অৱাং ওনশি

হায়দুনা য়ুমথংনবগী মী ১/২ কৌনরিঙৈদা তামোয়াই লাকই। স্নাহনবীগী মমানা হা হা নোক্তুনা হায়রকই। "ইমাইপেম্মা ইয়া লাকএদনা, ফিশাকোনসি থাংনবা হায়দনা মী নেক্লরম্মীনি। ইয়া হেক য়াওরবতদা হেক মপুঙ ফায়। ঙরাংসু ইরুজনবা নুঙপাক থাংদোকপদু ইয়ানা লৌশিং পুথোক্তুনা কয়া লায়না থাংঙে।"

- অঙ ইনেতোন থাংশি, ঐখোয় অবোক্লা কৈথেল কাংখল শাবদো, ফি মরি ঙসি নংদবা য়ারোই হায়দনা, ঐনা মফেল লংচাক ১৩ চাক্লমল্লগা পোত্থাবোইনা চৎথোক্লক্লিবনি।

- এঃ ইয়াবু লঙচাক চাকপগা হৈরবরনে ?

- লংচাক্তা নত্তে, কাংখল ফি শাবসু য়াম্লা হৈরে। নুংথিল তাল্লকসে অবোক্লা চৎথোকহন্দ্রে, ফি কন্না শাহল্লে। ইমানা লংচাক চাকপা অবোক্লা ফি শাবনি। হন্দকশি ইমাদু মশা ইনুং নুংঙাইতেনা হিপ্তুনতা লৈরে। স্নাহনবীনা মখা তারকই। "খঙদে তামোয়াইসিনা, লৈকাইগী পোৎ অরুম্বা থাংবা, মযামগী থবক্তা চিংখদবা, মীগী অচিন অকোম য়াওথোক য়াওশিন্দা সুম তৌ লৈরে। লাইরিকসু বি.এসসি. পাস তৌবা ফনা মকুইরে। থবকসু তৌদে, নুপী থিগেসু হায়দে। লাপ্পসু কোইথোক্তে, ঐখোয়গী লৈকাইসিদগী শুকহেন হেন্দোক্তে। ঙরাংসু নুমিৎ তারুম তারুম তৌবদুদা, ইনম্মা স্যামানা, হয়েং নংদবা য়াদবা ফনেক্তু লোনবা লাক্লরিঙৈদা নুমিৎ তাথোকখ্রেনা, মচা অপিকপদু পোরগা নুমিদাংগী চেঙ চরা সুরিঙৈদা, মচা ময়ামদুনা অমম্বা ইমুংদুদা ফুনরক্তুনা ৱা-ৱা কপ্লরকপদুদা তামোযাইনা ঐখোয়রোমদগী হল্লকপগা থেংনরুদুনা ফৌদু দোঙ দোঙ শুদোকপিরে। নুংঙাইতদনা ঐনা চেঙদু খৈদোকপিরম্মীনি।"

তামোয়াই মচিন মনাউ ৬ কী মনুংদা য়াইমনি। ময়াম্বদি সরকারগী থবক অমা ফংখ্রে। নুপী থিখ্রে। তোঙান চাখ্রে। মনাওনুপা ৩ মচন নুপী ইতোন তোনবী, মমা লুখ্রাবী, মবোক হনুবীদুগা মখোয়মখৈ অমা পুল্লহৌরি। তামোয়াইহোয়গী ইমুংগী হিংনবা শেন্দান লম্বীদি, মমাগা মবোক্কনা কৈথেল

কাংখল শাবসিনি। থবক কন্না থিরি। ফংদ্রি। মরক মরক্তা টিউশন্দগী ফংবা পৈশা খরনা মতেং পাংবা নত্তনা শেল থোক্লবা লম্বী লৈতে। অপিকপা শেনথোক্লা ব্রানা পুবা ইমুং ওইদুনা লায়রবা, শেৎপা চাবা মনিঙ থুংদবা পুম্সিনি।

লায়রৈ নংই হায়দুনা বসন্তনা লাকপদা থেংলমগনু হায়বদি শুকয়া য়াদে। থবক ফংদবা পৈশা পায়দবদদি চুম্লতবু থেংবা নত্তে, ইনথুবীরমদুনা চৈনা কয়া খাঙহৌবসু লোইবা নাইদে।

তামোয়াইসু অদু মঙায়। মমাঙগী শোরোক অচৌবদুগী হেক ব্রাংমদা লৈরিবা থংনবা লৈকাইগী ইচে সুমতিদা ঙাওজবনি। চহি ৪/৫ শুরে, তামোয়াইগী চিঠি কয়া, ব্রাহৈ কয়ানা ইচে সুমতিদা নুংশি ফোংখিবা হৌজিকসু তাঞ্জা য়েংনা য়েংনা লেপত্রি। অদুবু অওইবী ওইবা য়াবা ব্রা নৎত্রগা পাওখুম অমত্তা ফংদে। তৌবগীদি ইচে সুমতিগী নুংশিবা মতৌ অমনা, নোংমতা তামোয়াইদা থীনা নৎত্রগা শাওনা অমুক্তা হায়দে। হরাও হরাও লোয়নৈ, তিন্নৈ, ময়াম পুনমিন্নৈ, নোকমিন্নৈ, লাঙমিন্নৈ। তামোয়াইনা ফাগিদা অওইবা হাপচিন হাপচিন্দুনা লৌশিং লৈনা ইচে সুমতিগী পুক্লিংগী মতৌ হেক হেক য়েংই। ইচে সুমতিসু নোক নোক্তুনা, কোৎথোক কোৎশিন, লৈথোক লৈশিন, মচেক ময়া য়াওনা হরাওনা অদুম খুম্মী। তামোয়াইনদি ঐখোয়দা হেক হেক নিংহন্নবা শকফম উৎতুনা হায়, সুমতিদা মাগী নুংশিবা শুংওই ওইরোই। ঐখোয়নদি হায় 'ইচে সুমতিনা তামোয়াইবু নুংশি, শোয়দনা য়ারকখিনি। ঐখোয়নসু তামোয়াইগী নতেং পাংগনি।' তামোয়াইনা নোক্লিংদনা নোকপা মিনোক মচা মচা য়াওনা হায়, "নুংশিবনা সুমতিবু লাকশিনবা ঙম্মোই। ঐগীনা নুংশিবনি মাগীনা মিনুংশিনি। নুংশিবনা থম্মোয় অমত্তা ওইমিন্নবনি, মিনুংশিনা থম্মোয় মশক খঙবিবখক্তনি। ঐগী খুৎইগী ফজবা, ব্রাহৈগী শুদ্ধৎপনা মাঙোন্দা নুংশিরবা ইশৈ তাবগী মহাওদুনি। তিঙ্খং মথক্তা ফমদুনা তাবদা ফজ্জগদবা ইশৈ লৈতে। ঐ থবক তৌদে, য়ুম নোং য়ুই, ইমুঙগী ফিভম ফত্তে। মানা নুংশিবগা পুম্সিগা চাংদম্নৈ, ঐ তশেংনা খঙই। মাগী অচুম্বা ব্রাখল, অশিংবা মতৌবু ঐনা

ইকায় খুম্নে। ঐনা নিঙবা থুংজদবা হায়বসিনা ঐগী অন্নাৎপননিদনা। ঐগী অহোবা ঐনা মেনশিনবা ঙমজদ্রবদি পামজবা পুম্না লিৎথখিবা তাবনি। ঐনা ইখিবা ন্নারী মচা, শৈরেং, ঈশৈ, চিঠিগী ন্নারোল কয়া কয়া সুমতিবু মাঙদা থমজরগা শাগৎচখিবা ঙাক্তনি। অদুবু মানা চৎখিবা নুমিৎতা আশির্বাদ পীখিনবা পিদগী হেন্না থম্মোয় শোকপা ন্নাহে কয়া থিবা হায়বদুনি। অরোইবা হায়ববু শিমঙায়রে মাগীদমক।"

ইচে সুমতি লুহোংখ্রে। হায়না শিঙনর্বনি। ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদনি, নুপাদুসু থবক চাওনা তৌই। লুহোংবা নুমিৎতা কৈন্যা থিনখিবদু অমুক্তং য়েংহৌগে খন্দুনা তামোয়াই লন্বীগী মতাইদা লেপ্পুনা ঙাইরুবনি। কৈন্যাগা হেক থংনবা কারদু ষ্টার্ট যাদদুনা ময়াম্না ইনবদুদা তামোয়াইসু ফনা শাংনা ইনবা য়াওরুই। লুহোংবা থিনবা চৎখ্রবা মতুঙদা তামোয়াইনা নুংঙাইবা য়াওদনা হল্লকই, খল্লি ' ফৈ মাগী অচুম্বা খোঙথাঙনি, নুংঙাই য়াইফবী ওইসনু, খিত্তং হৌরকপা মিৎকী পিসু নিঙঙমদনা তপ্না নোক্তুনা ফাথৈ।

ময়ক মরক্তা তামোয়াই য়াম্না নুংঙাইতনা লৈকাইগী লৈশাবীশিংগী মরক্তা ফমদুনা তুমিন্না হেক হেক লৈ। নিশা শিজিন্নদবা, থম্মোয় শেংবা, ইঙ-তপচবা, লৈকাইদা চম্না মতম লেনজবা তামোয়াইগী নোল্লুকপা মতৌসিনা লৈকাইনসু য়াম্না নুংশি। লৈশাবীশিংনা ওইনামদা নোবাপ হেকপা চৎপা তামোয়াই অদুম য়াওই, নোবাপ হেকপি। তেলেমগী চোরফোন অন্নাঙবদুসু তামোয়াইনা হেকপিরগতা চাবা ফংই। হৈ চাবা, সিংজু চাবা অদুম য়াওই। হনুবীশিংগী মনাক্তা ফম্লুবদা হিদাকফু লানশিল্লকপদু, হৈবোই হৈতবোই অমুক অনিরকসু হেক্তা চিংথোকই। অঙাংমখৈ লুহোংবী শান্নবদা খুদেংদা থিল্লম্বা ধোনসু তামোয়াইনা মরোল চুম্না ঙাইহাক্তং নুংঙাইনা থীনদোকপিরম্মী।

পুম্নমক্কী নুংশিবগী মরক্তা তামোয়াইখোয়দগী য়ুমলোন মঙা চৎলগা লৈবী চান্দনিনা ময়েক অমা ওইনা নুংশিবোইনা তৌবদু তামোয়াইনা খঙলবসু থৌশাদে। থম্মোয়দতা মপাঙ্গল কনবা থৌনাদদি মরূ কেমবা, ওইরোইদবা

নুংশিবনা ব্রাহ্নবদু ঙম্লববুদি খাঙগনি হায়ববু খাঙফম খঙদবদুদি কিজরে। নুংশিবা, কায়নবা, নিঙবা থুংদবা পুম্নমক্কী চৈনাশিদি, খন্নিংদুনতা লৈরবা ব্রাখলদুদগী লাপথোক্লবতা হোৎনজবা, য়াম্না লাপ্না, মদুতনা ব্রাদনবা উপাইনি। তামোয়াই উপাই অসিতবু কন্না থিদুনা হিংলি।

তামোয়াই থবক অমগি ইন্টরভিউ য়াওখিবদু খল্লে হায়নবা হায়ফেৎ তাবদগী লৈকাই লৈশাবীশিং, ইনেতোনসু অবোক নয়নীসু য়াওনা নুমিদাং চাক ঈশিং লোইশিন্নরবা মতুংদা তামোয়াইখোইদা কোয়বা ওইনা চৎলি। ফুঙ্গা নাইবা চাকশঙদুদা বোড়াদা ফম্বা য়াও, ফক শেগাযবদুদা ফম্বা য়াও, চাকচা ফান্দা ফম্বা য়াও পিক থল্লে। তামোয়াইখোয়গী অবোক্লা হরাওজখিবনা কোইচেন হেক চেল্লি। ইনেতোন্না হায়রকই,

- নুংঙাইরে নুংঙাইরে ইয়ানা থবক অমত্তং ফংজবসি। অদুবু ঐখোযদি ইখুৎ ইসা তেকপা হায়বদু ওইরনিদো। নোং হেক ঙানবদগী ইয়ানা লৈকাইগী থবকসি তংখাই অমদি পুরিবনি। শান্তিনা হায়রকই, অওইবনি তামোয়াই ওফিস কুম্লক্লগা নুংতিগী কোয়থোক্লকউকো সিদগী অমুক্কা লুহোংখ্রদি অদুসু তোকখ্রদৌনি।

- অদুনিনে ইবেম্মা চহি য়াম্লা য়াম্লগা থবক্লা পুনবা হাযবদো। নহালমখৈনা লৈকাই থবক্লা পুনবা , হৌজিক্লা ঐগীনা পুনবা। অদুদগীদি অমুক নুপীনা পুল্লদৌবা। তামোয়াইহোয অবোক্লা নুংশিনা চৈরকই।

- থীদা অঙাওবসিদি, ইকায় নাইদ্রেদা।

- মী নুপীনা পুন পুন্দুনা ময়াম লৈনখ্রিসিদি।

- নুপীনা পুল্লে হায়বসি নুপা মশাদি অমত্তা খঙজদে হায়নৈ, নঙদি খঙনা খঙনা পুন্দৌরবনিনা, উঙবরা লৈবরা অমসু য়াওদৌরিনে। মাই তল্লেদকো সত্য।

- করিমত্তা ব্রাবিরুনু, খৎনদনতা লৈগদৌ শরুক, পুনবরা চিংবরা, নখোয় নখোয়দা য়ানজরো হায়বা অমসু লাকপা য়াই । মতম্না পুরকপা থিংবা ঙম্বা পোৎ নত্তে।

- তুমিন লৈয়ুনেহে ইকাইদবা।

খঙদ্রে ইবেম্মাখোয় নহালসু য়ুম মখাদদি লৈত্রবনিনা ঙাহৌ ঙাহৌ থোকখিবদা মঙায়রি, অমুম্নাগী মতৈ মনাও ফুনবদু হেক থেংনরুরমালে। তাল্লক্কা ওইবদুদা চৈশোং অমনা নুংশিতোম্বীদু তপ তাবমখৈ ফুবিবদু উবদা মানা হোৎচিন্দুনা খাম্মুরমালেদো অদুগদি অমুম্নানা ওনশিম্বীরক্কুনা 'করি নথৌ লৈ খাম্মীনো নঙগী নুপীরা' হায়দনা চৈবিরক্লমালে। উপাই লৈত্তদনা তুমিন্না হল্লকএয়ে। ঙসাইদু নুংশিতোম্বী লাক্কুনা তপ তাবমখৈ কপ্পল্লিবর্বানি, মথোঙ চাদবা নুপানি শাওনু হায়দনা। মনংগন্দু মতিং মতিং পোম্বদু উংলম্লিবা।

- ফরে ফরে অনৌবা মপোক অমা হায়বদু ওইরদৌবনি সিদৈদি। সঙ্গ ফত্তবা তৌদদুনা লৈকাইসিদতা লেনজবগী অফবা ওইরদৌনি ইয়াদি।

ঙসিদি তামোযাইগী জোইন্ট তৌবা নুমিৎনি। লৈকাইগী লৈশাবীশিং তামোয়াইনা অহানবা ওফিস কাবা য়েংবা লাকই। ফুরিৎ অহুমখক লৈজবদু ঙরাং নিঙথিনা শুদোক্লগা ইস্ত্রী তক্কুনা নান্না য়াল্লম্মী। ঈ মচুদা অত্তৌবনা কুপ্পা চেক চৎপা হাপ সার্টতুগা খোংগ্রাও অত্তৌবদুগা শেৎনবা, চান্দনিনা থৱায় য়াওনা খন্দোকই তামোয়াইসু অদুম য়াই।

শুমাঙদা, মাঙ্গোলদা লৈশাবীশিং অঙাংশিং ইরাঙ লাঙই। তামোয়াই নিংথিনা শেৎ চারদুনা থোরকই। ব্রাং চাওবনিনা ফিরোলগা নান্না শেৎলগা থোরকপদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই। য়াতা ফজবনিনা নোক্লক্লগা অমুক হেন্না ফজে। নুপা ওইরবসু ময়াম্না য়েংশিল্লকপদু ইকাইরিপোৎনি। বালানা হায়রকই -

- তামোয়াইগী ওফিসসি খর লাপ্লম্মদি ফদৌবা, ফজবসে খর শাংনা উৎনবা।

- ইবেন্মা সাইকলফাও লৈজদবা ঐগীদি লাইনা চাল্লবনি।

- তামোয়াই লাইনা অমুক্কা হেন্না চানবা অমা লৈরে। ঙসিদি কোইলাস রোড অচৌবদুদা চৎপা য়াররোই, লম্বী মতেক অমা থিংবনি। মনিংগী লৈবাক অনৌবা থোনবা লম্বী অদোমদা চৎহনবনি। ঙরাং, নহাল নোং য়াম্না তাখিবগী লৈখোমদি লোইহৌরবনি।

- ফৈ, নুপানিদনা বন্দ লৈরমশনু লম্বী থিংলমশনু লৈখোম থেংনশনু, পুম্নমক থেংনবা তাবনি। খোইমুনা মকোন্দগী থোঙ্গাল ৱাংমা লান্না পাইথোরকপবু লৈগী লৈ ঙাক্তা থেংনরুবসু খঙপোক্তে। অদুগীসু মথক্তা পাখঙনি, থবক অহানবা কাবনি, বসন্তশিংদু মপঙ ওন্দুনা লেনমুক কল্লন্নবসু ঐঙোন্দা থেংবদা ঈশিং ওনজখ্রদৌনি সিদৈদি।

সোরোক অচৌবদু খোঙনফাওদি চৎপা য়াগদ্রা খন্দুনা য়েংলুবনি। মতেক খরদুদি কন্না হেক্তা থিংদুনা চৎপা ময়াদ্রে। মনিংগী লম্বী অনৌবদুদা চৎপা মতারে। জিপ কার চৎখিবগী ময়ায়দা কুৎথ-কুৎথদুনা ঈশিং তুঙবা লৈনাঙ ঙাক্তনা পিক থন্দুনা লৈরক্তু ওন্থোকপা মওং অমা ওইরম্লে। খোঙনা চৎপগীদি খিত্তং শাফরম্মী। মতাই মতাইদা তোংখৎপদুদা কান কান্দুনা চৎপদা থৌইনা কায়রমদে। তামোয়াইনা লম্বীদু লানথোকপা লোইগদবা ফুট ২০ মুক্তা ঙাইরবা মফমদুদা, মশক মতৌ ফজবী চুঙ ফিরান চাবী, মশা নানবী নুপী অমা লেপ্তুনা লৈরম্মী। তামোয়াইগী ফিজোল নুপীদুদগী নোপপ্রা হন্থনা য়েংজৈ। নোপতে, চাওথোকচৈ। মরুতি কার অমসু লম্বী ময়ায়দুদা পুৎথদুনা লৈরম্মী। দ্রাইভরদুনা কন্না থৌগৎনবা হোৎনরম্মী। ঙমদে। খোংগ্রাও চিংখৎতুনা চেকশিন্না লাক্লিবা তামোয়াইদা নুপীদুগী মিৎয়েং থম্লকই। অতোপ্পা মীসু অমত্তা লাক্তে। গাড়ীদু থৌগৎনবা হোৎনবদা, লৈনাংদুদা ফৈনা ফৈনা হাইদুনা লৈবদু উবদা নুপীদু

পাখৎপোই কপ্লিংবোই তৌরদুনা তামোয়াইগী লম্বী থৎতুনা হায়রকই " ব্রারৌবিবদি য়াদে, গাড়িসি ইনখৎপা খজিক্তং য়াওবিরম্মু।" তামোয়াই খিত্তংদি খনজানে। ঙাইহাক্তং লেপ্তুনা দ্রাইভরনা থৌগৎনবা হোৎনরিবদু য়েংই। থৌগৎপা ঙমদে। উপাই নৈতে। তামোয়াই চংশিন্দুনা ওইথংবা চাকা মনিঙদা লেপ্পি। নুপীদুনা য়েৎথংবা চাকা মনিঙদা লেপ্পি। তামোয়াইগা নুপীদুগা চপ মান্ননা নোনথদুনা গাড়ি ইনবা হৌই। গাড়িদু খঙথৌ থৌগৎনবা হোৎনবদা কাখৎপদি ঙমদনা চাকাদুঙাক্তা উঙলকপদা কাপখৎলকপা নৈনাঙশিংদুনা, তামোয়াইগা নুপীদুগা পুমথুম থুমই। গাড়িদু উচিন নাচিন্নদি কাখৎলে হায়ববু তামোয়াইগী ফুরিৎ খোংগ্রাওদি মশক খরবু উরি, মমায়দুদি মচেৎ অমত্তা উদ্রে। তামোয়াই মফি মরোলদু অমুক্তং হন্থনা য়েংলুরগা শাওনিংলপ তৌনা নুপীদুদা য়েংলকই। নৈনাং মরক্তুদা নুপীদুগী মাইথোংগী ফজবদি উরি। অনানবা সারি, কেজরিবীদুগী অমুক খল্লুবগা, তাইনফম নৈতবগা তামোয়াই শাওনিংবা খর অমুক হনথৈ। নুপীদুনা হায়জৈ - কমদৌনি থবক চৎপিবদি ওইরমনি, ফিভমসিদা কমদৌনি।

- এঃ য়ারে য়ারে। য়ুমদা হল্লগা অমমুক হোংজরুরগে।

নুপীদুগী মপুবোইবা দ্রাইভরদুনা তামোয়াইদা হায়রকই।

- "ঐখোয়দি য়াম্না নুংঙাইজরে, অদোমগীদমক্তি ওন্থোক্লা নুংঙাইজদ্রে" নুপীদুসু পাংশিল্লকই-

- অওইবনি ওনথোক্লা নুংঙাইত্রে।

- "এঃ য়ারে, য়ারে" হায়রম্লগা তামোয়াই তপ্না হনখ্রে।

গাড়িদুদা থিল্লুদৌসু লম্বীদু কিজরে। নুপীদুনা তামোয়াইগী ফিদু

শুদোকপিনিংবা হায়বদু হেক য়ৌই, শুরুবদি য়ারোইদবা। সর্ফ উপু অমত্তং থিনবিনিংবা ফাওই, থিল্লুবদি য়ারোইদবা। মাগী অপাম্বশিং অসি মপুরোইবদা ফোংদোকনিংই, ফোংদোকপদি য়াদবা। কনাগী মরালনো খঙদে, মিনুংশি ফাওবা উৎপা ঙমদবা।

তামোয়াই লৈখোমদু মমিৎতা চঙদনবা কন্না শেন্নরদুনা ফি হোংবা হল্লকই। চান্দনিখোয় থেংনরদি করি খুমসিগে খল্লি। হোয়দা, নুপানি থোঙ্গাল ব্রাংমা লানবদা লৈসু থেংনৈ, লৈখোমসু থেংনৈ হেক্তা হায়রগে। অদুবু থেংনরুরিবা লৈদুমক্তি লৈখোক্তা শাৎলম্বা নত্তে, মীনা হেক্লগা চিল্লকপনি। ফৈ, লৈদি লৈনিদনা, ঐগী দাওবুদি মখোয়না হেন্না খঙবিদৌবা লৈরে।

অয়ুক্কি নুংশিৎনা থেংলন্নবসু অয়িংবদি পিবমদ্রবা, নুমিদাংব্রাইবমগী নুংশানা য়ৈরম্নবসু মঙালদি পীরমদ্রবা তামোয়াইগী পুন্সিনা অনৌবা খত্তু কয়াবু মহাও হাপ্পা ঙমজনবা মাগী জোইনিং রিপোর্টতু বিফোর নুন নংহৌদ্রফাওবা, অফটরনুনদি শোয়দনবা খোঙথাঙ কন্না থাংখ্রে।

---

# নীংশিঙলকপা

নুমিদাংরাইরমগী শোনমেঙনরবা নুমিৎকি মঙাল নিংথম কালেন তাইনরমদাইগী উনা কেনখ্রবা উপালশিং ইংলপ শিৎলিবা লেপ্তুবা নুংশিৎ, য়েংলুবা উরুবা খুদিঙমক্তা নুংওল্লক্লিবা পুক্লিংসিদগী নানথোকপা ইঙম ঙম্মক্তবগুম তৌবসি ঙসি নোং নিনি সুরে। যাওশং থাবল নকশিল্লক্লে খল্লুবরা খল্লুদবরা খঙবু খঙদে, খুজেং খুজেং পায়নদুনা চোংমিন্নখিবা থাবলসু নীংশিঙলকই। থাবলগী মঙালদা লৈতাদ্রবা রাখলনা মাতবু ঙাইজখি। ঙসিসু ঙাইরুই হায়বদি নত্তে, মথং মথং নীংশিঙলকপনি। ইনৌ নৌথোকপা, ইরাঙ লাঙবা রাখল মরকসিদা মমি শামি তারকই, ঐনা থম্মোয় শোক্লা হায়খিবা, লৈকোলগী কামিনি কুসুমগী লৈনম্মা হারবা লৈখোংদা "ঐবু থাদোকপিনু, পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ ফাওবা ননাক্তা লৈজগে।" মানসু নুংশিনা হায়খি - "নঙবু পুন্সিগী থাদোক্লোই, নহাক য়াওদনা ঐ হিংবা ঙম্লোই।" নীংশিঙলি, মাবু কমদৌবমগদগে, খল্লুই ঐবু নীংশিঙবিবমখিদবা। কফোই মপাল, খোঙ্গুল মৈলৈগী অনৌবা লৈযোল মরক্তা মাবু ইনৌ নৌনা উবকপগুম তৌই। থম্মোয়না মনিঙ তম্মা নীংশিঙজববু দোষ লৈগদ্রনে ? পুন্সিদা থেংনখিবা থৌদোকপু নীংশিঙদে হায়ববা মহাক্কু মীনম্মা নৎত্রনে ? নুংশিখিবা কয়াবু নুংশিদ্রে হেক্তা হায়রবা; মহাক্কু মীর্চোয়্রি, ফজদে হায়নখিদ্রা কিজদুনা চেনবা। ঐদি হায়রিসিনি, রাখলনা লাল্লুবদি লৈতে, থম্মোয়না মাবু নুংশিদ্রে হায়বদি ঙম্লোই।

মহাক মচা মরি শুখ্রে। ঐশু ইচম অহুম লৈরে। মরক মরক্তা য়াম্লা তাঙনা মাবু উই। ফিজেৎ চাকচা মহৌশাগুম য়াম্না চেকশিল্লি, নাল্লি। ঐনা মাগী খ্বাইদগী মরাইবক ফর্বনি খল্লিবদি, মশমদু হান্নগুম অদুম্মক বুঙ বুঙ লাওবদুনি। মচ় শঙবনি খঙই অদুবু মুশিন মুনা লেক লেক লাওরিবা মশমদু য়াম্না হেন্না নংথিজরি। মশাসু নোইথোক্তে। অতৈগা য়েংনরবদি মহাক্তি ফিভম করিমত্তা ঙংদে হায়বা য়াই। মহাক উরুবদা ঐখোয়সে চহি যাম্লে হায়বা কাওথোকহল্লি।

নোংমা তরুনকুমার ওফিসতা লাকই। মাদি ফিভম য়াম্না থীনা হোংলে। মবুক নোইথোকপদা নত্তে, চিরাইসু আঃ য়ৌনা তাঙলে। পোকসু নিংথিনা হৌরে। ময়াসু লনথোকপগুম তৌদুনা শকফম ফাওবা হোংবদৌনা তৌরে। চান্দেলদা পোষ্টিং তাখিবদগী, কুইরে উখিদবা। হেদ ওফিসতা থবক খর লৈ হায়দুনা লাকপনি। ঐখোয় কাদসু চঙলকপনি। ঐগী পুক্লিং ইনৌ নৌবা মতাঙ থোকউবনরা, মহাক উবদা অতোপ্পা ব্রারী শাগে খল্লুদে। মতম অমগী মরুপ্নি, মহাক্না তিন্নবদগী ঐখোয়গসু তিন্নখিবা। মতমদুগী ব্রারী মচেক্তা নপ্লোই, ফাগিওই ঐনা হায়রুই - "তরুন কমদৌরিগে ? মতমসি অদুম হৌখিকো। চহিসু অদুম য়াম্মকই, ব্রাখলসিদি সুম নৌদুনা লৈহৌরবরা কৈনোম তৌরি। তরুনহোইবু হনুরবরা, নহা ওইরিবরো মতমসিবো ?

- "এঃ হনুবা য়াদে কৈনোনে। চহিগী ব্রা খঙদে। ঐনা ওফিস য়ৌরকইসে, ব্রাখলদা জগজিৎ, চিত্রাহোয়গী নুংশিরবা গজলশিং নীংশিঙলগা ঐসে চহি ১৮ গী পাখংগী থম্মোয় পাল্লগা শকহেনবী কনাবু ব্রাখলদা উনা উনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা লাকইবনি" হায়রগা লনথোক্লবা ময়াদু হিগৎতুনা ফাক ফাক নোকথোরকই। ঐখোয়সু নোকই।

তরুনখোয়দা নোংমা নোভেল অমখক ব্রাইবা চৎলুবদা মাগী ইঙ্খোলদা ফহৌবা মনা মশিঙ গল্লাদা শাৎহৌবা, মমল য়াম্লবা অতাঙবা লৈ মখল শুনা শাৎহৌবদু নীংশিঙলকই। যুময়াদা মওং তানা তানা হৌহৌবা লৈহাওগী মখল, হৈয়াইনচিংবা হৈগী হৈখল, মখোঙ শৃৎ শৃৎ নান্না লৈহৌবদু মাগী থম্মোয়গী মমিনি। মাগী নান্দ্রবা খুজিল, নান্দ্রবা ফিজেৎ পুন্সিগী লানথেংদনি। মাইথোংগা ব্রাখলগা খেন্নবনা চুমঙাওনি, সদানি শোন্নবী মাবু। ঙাইহাক অব্রা নুঙাই ব্রারী কয়া শান্নরবা মতুংদা কুইনা উনরুদ্রবা মরুপশিং মথং মথং উন্নরমখিগে হায়দুনা ইয়াং য়াংনা চৎখ্রে।

- এঃ বীনা নঙগী গুলাবসিদি ওনথোক্লা ফজরেদা। য়াম্না নুংশিনা অনিখকসু চপ মান্ননা শাৎলিনে, লৈরকইরো ?

- উম, ইচেম্মা। লুপা চাম্মা য়াঙ্খে পি। ফজদরা ? ওফিস কারকপদা লম্বীদা য়োনলম্বনি, পামজমনখ্রদুনা হেনদোকপা ঙমদ্রবা।

- ফৈ ফৈ, ফজবা লৈনা পুক্লিং নুংঙাইহল্লি, অউবা খুদিংমকপু ৱাখল নৌথোকহল্লি। লৈ থাবনা খ্বাইদগী মতম শাংনা পুন্সিবু নুংঙাইহল্লি হায়নরিদুনি। খঙদে, বীনাহোয়দি ফজবসু হন্দে, হনুবসু হৈতে, ৱাখলসু মাইথোংসু ইনৌতা নৌদুনা লৈ। ইতন হেক তনথরুবসি ইনাও উবদা হেক্তা তেকখৎলি ইবেম্মা। মপোক ফবা হায়দুনি ইনাওদি।

- ইচেম্মনা হেক ঙাংথোরকপসিনা।

- অওইবনিনে, লৈতবগা অৱাৎপগী লান্দা কনাগী লৈ, কনাগী কেবা চংবাকা ঙমপোৎ নৎত্রে ইচেখোয়দি।

- ইচেম্মগী ফিজোলদুবু কদায চংতোইনো ?

- ইনেহোয়দা সোরাংকি পোৎয়েং অমুক্তং পীথোকউগে তৌবনি। ওফিসতা অমুক হল্লকখিদোইনি। চংলুখিগেকো।

ইচেম্মনা ঙাংনা ঙাংনা থোকখি। ঐসু ঐগী চৌক্রিদা ফমথবতা মঙাইরি। মহাক দোঙ লাওনা হেক ফাওরকই। অতোপ্পা দিপার্টমেন্টতা দিপুতেশন ওইনা চংখিবদগী এবজোর্ব তৌখিবনি। ঐখোয়গী ডাইরেক্টর উন্নবা লাকপনি হায়দুনা কনানো অমগা লাওনবোই হায়নবোই ঐখোয়গী কারোমদা লাকপনি। ঐনা কৌই 'তাম্মো, ঙাইহাক্তং চংবিরকখোও উদবসু কুইরে, কমদৌবিরিগে, নুংঙাইবিরিবরো?'

- ওঃ বীনা, খঙদেনে নুংঙাইরি হায়গদ্রা ? সিদনা খরবু কোম্মী. আদদি হায়দনবু কান্নদে। কাবসু পুং ৭/৮ দা কাবনা অয়াম্বা, হল্লকপসু নুমিদাং থেঙনা। ঙম্নবা অদুম থেংনরি হায় তারে। অদু, অঙাংশিংদি করি করি, কদাই কদাই য়ৌনখ্রবা ?

- ইচানুপী অমখক য়াওবদুগীদি থোইনা ৱাদ্রে। নুপা অনিদুদি লাক্লবা ঙমদ্রে। লাইরিকসু পাও য়াদে ক্লাসতি ময়াম্বনা সেবননি। মনাওদুনা সিক্লনি। মচেদি ক্লাস টেন পাশ তৌরে।

- ঐগীদি নুপা অনিদুনবু খর ফৈ, নুপী অনিদুদি কয়া য়ৌরোইদৌরি। বীনাহোয়না ওইজবা হেনগ্রে ক্লাসতি, ঐগীদি অহলদুনা ক্লাস আইট কাবতা মঙাইরি।

- অদো তাম্মো ৱা অমা হায়গেনে।

- হায়য়ুনে করি ৱানো ?

- আঃ অদুবুরো তাম্মো, নহাতনে ঐসে অঙাংশিংগা, লৈকাইগী ইমান্নবীশিংগা "রোজা" য়েংঙুইবা। অসঃ কয়াম নুংশি। তাম্মোসু অমুক্তা য়েংঙুনে, অশেংবা য়াম্না য়েংহন্নিংঙি। ঐদি নুংশিবনা ঙাওরে। য়াম নুংশিজাৎনি তাম্মো য়েংঙুনে।

য়াম্না অঙকপা মিৎয়েং অমগা, ইরায় লায়বা মীনোক অমগা লোইননা হায়রকই- "এঃ হৌজিকপু বীনাহোয়দি সিনেমাকা য়েংঙিবোইরে। ঐখোয়দী সিনেমা হায়বা ৱাহৈদুফাওবা পনখিদবা চহি মশিং খঙদ্রে। ইচা মরিগী লাইরিক তাকপা, স্কুল থিনবা, ইঙ্খোল শম্বল, কনাই থৌদোক-ৱাথোক ময়ামসি ঙম্নবা চেনবদা - হাঃ (অমুকসু নোকই) সিনেমানা ঐবু য়েংঙদৌদা ঙাইরেদা বীনা। এঃ নঙগী তেবলদা লৈরিসিদি আদরগুলাবলা ? কায়দৈনো ?

- ঐনা কৈখেলদগী লৈরকপনি। লুপা ১৫০ পী, অনিখক শাৎলিসি উবদা ফজমনগ্রদুনা লৈরকপনি।

- লৈ থারগা করিবু কান্নদৌইনোনে। বীনা নঙসিদি য়ুম পানবগা ইহৈ হৈরমদৌ মান্দ্রেবু। কান্নবা ইঙ্গাং ওইনা থাবনা ফত্রো?

- গন্নাদা থানবনিদা।

- গল্লাদো কোবী থাও, হঙ্গাম থাও-ও। ঐগীদি ইখোলসু য়াম্না ফৈ, গল্লাদসু কোবী পরেং, হঙ্গাম পরেং, মরোই নাপাকপি, নাকুপ্পি, কনাগী মোরোক, ময়াংবা, তিলহৌ, চনম, লৈনগা হেন্না ফজপোৎতে, কান্নবদি য়ামনা হেনখ্রবা। পঙগনু বীনা গল্লাদু লৈ থাজিন্দুনা মাঙহনগনু।

- অদো, তাম্মোহোয়গী থোঙ্গাল ময়াদা হৌবা চুম্ব্রে পাম্বীদু হৌজিক্তি য়াম পুংঙস্মনি। মপাল শাৎলকপা মতমদা য়াম্না ফজরম্মনি। নোংমা তাম্মোগী ইচলনুপী লুহোংলমদাইদা ঐখোয় ময়াম লাকপদা ঐনা চুম্ব্রে মপালদা ঙাওবদুদা তাম্মোনা ফজবা চবোং অমা হেকপিখিবদো নীংশিঙলি।

- অসঃ বীনা ইবেম্মা, মদুগী চুম্ব্রে পাম্বীদুনা পাল্লক্কদবা ময়ামদুনা, পৎপগা পুম্বগা কেল্লক্কদবা ময়ামদুগী খল্লুবদা মপালগাদু য়েংনিংবগা হায়রুরনু। অঙাং নারনি হায়দনা চাদনবা শেন্নবদা থবক অমা ওইরবনি। লোইনা য়ানথৎলসিরা খনবনি, অদুদা শম্বল ওইনদি ফনা কান্নরি হায়দনা থম্মবনি। "অদো ঐ ডাইরেক্টর অমুক্তা উন্নরুখিগে" হায়দুনা পুময়াং য়াংনা থোকখ্রে।

নুংশিবা-নুংওনবা, তরুন-নুংরুন, কনাগী মহাক্কসি পুমথৈ হেক থৈদোকখ্রগা নীংশিঙলকপা অমবু লৈরে । নোংমা মরুপকি অচৌবা শেনফম অনি ফংগদবা কুইদ্রবদা, মরুপ কাইরে হায়দুনা, এজেন্ট লোৎখিবদগী, হুমাং অনপ্পি কাংদুনা, তুমফম চাফম খঙদ্রবী ইমান্নবী অমনা হায়খিবনি।

- "ঙরাংদি ইচানুপীনা স্কুল কাবদা পাখঙনা ইন্নবনা খাঙ ঙমদ্রে থিল্লু হায়দুনা থিল্লুববু, ঐগী মিৎসিদা পাখঙ অমফাওবা উরক্তে, হায়দুনা ইচানুপীদা চৈরুববু - "মফম য়ামখ্রজাৎনি চাক্লা চাক্লা লেপহৌরিবা, ঐঙোন্দা নোক্কুনা খুদোম্বী শিংলকপসু য়াওই" হায়রকইনে। খঙদেদা পাখঙ উরক্কুবা তাংকক হায়বদু ওইরমানে, পুঙ্গিসে নুংবু নুংশি।" ইমান্নবীদুদা ঐনা নোক্কুনা হায়খি, - "থম্মোয়দা লৈবদুনি উগদবদি, থম্মোয়দবু লৈত্রবা, লৈরসু উদ্রবনি।"

---

# লিপূন

কুইরে বীজয়ানা ওফিস কারমদাইদা প্রবিনগা থেংনদবা। থবক চিল্লি হায়দুনা পুং ৮/৯ দগী হোবে হোবেনি। হল্লকপদদি মহৌশাগী মহৌশা পুং ৭ কি মতুং ঙাক্তনি। ওফিসকি মতম লোইরগা, মখোয় অনিমক চপ মান্ননা হল্লক্লুনা শেৎলুবা ফি হোংদনা ফোং ফোং শাবা কোফী থকমিন্নখিবদি কদাজিৎনি। মমাঙগী নুমিৎশিংদা বীজয়ানা ওফিস কারমদাই কেবা লোইদুনা থোরকপদা প্রবিননা হেক হেক লক্লে। "ঙসিদি য়াম্মা ফজেকো, মচুদু য়াম পকচৈনে, ঙসিদি থবক অমা চৎকদবা মাল্লিদা, য়াম্মা কেরেনে, ফসু ফজৈ" অসিনচিংবা। বীজয়াসু নুংঙাইজৈ, "হায়জৌ হায়জৌ,চীনবানথোংদা হায়জিন্নবা ওইরম্মসু, ফজৈবু হায়রদি হরাওরনি সিনিনে।" অদুবু বীজয়ানা মতোমতা খনজবা নুমিৎসু য়াওই, "ঙসিদি হায়জিন্নবা মান্দে, ঐসে তশেংনা ফজৈ" হায়না। প্রবিননা হান্না ওফিস কাখ্রবদি বীজয়ানা ফজবা ফিজেৎকি থোইনা খন্নিংলুদে, অমা হেক্তা শেৎচিনবদা ফজবা থীবগী ব্রাখল থল্লুদে।

ঙসিদি বীজয়ানা য়াম্মা পামজনা তুরুবা অঙাংবা মচুগী ফুরিৎতু লোইরদুনা পুরকই। মান্নবা মচু ঙাইদুনা লৈরিবা মুগাগী অপাবা ইন্নফিদু নীংশিঙলকই। ওফিস কুম্লকপদা স্বষ্টি পূজাগী দান থাদবা চঙলুদৌবা অমসু লৈ। অহনবা ঙাক্তসু ওইরবা পামজবা মচুসু ওইরবা ফিজোলদুগা চান্ননা বীজয়া খরা হেন্না কেজরে। মিংশেল মমাঙদা অব্রাৎ-অপা য়েংনা য়েংনা খনজৈ, প্রবিননা ওফিস কাদ্রিঙৈদা মানা হান্না চৎচবা ওইরম্লবদি প্রবিনগী থাগৎ ব্রাহৈ খরদি লৈরবনি। ব্রাহৈদুমক তাদ্রগসু উবদং উখ্রবসু পুক্লিংগী নুংঙাইবা হেল্লমগদবনি। মিংশেল মমাঙদা লেপ্লগা বীজয়ানা খনজৈ - "হায়সু হায়বনি ঐসে অঙাংবা মচুশিনা ইহেন হেন্নবু পকচমালেদা" খন্ন খন্না প্রবিনবু হায়ফেৎ নীংশিঙবোই, উজবোই তৌরদুনা থোরকই।

স্বষ্টি পুজা মফমদা হায়ফেৎ অমসু লৈথোকউরবনিনা বীজয়ানা হল্লকপদা নুমিদাংগী পুং তরুক মখায় মুক তারে। য়ুমদা চাক-ঈশিং হোৎনগদবা হায়বা অমা লৈবনিনা, অনৌবা লাকপা মমান্নবী খরনা ঙাইহাক লৈথখিনবা হায়রকপা ফাওবা থেঙগ্রে হায়দুনা চেল্লক্লবনি। য়ুম য়ৌরকপদা প্রবিন হল্লকলমদ্রি। থোইদোক্লা খল্লুনিংঙাই ওইদে, মহৌশানি। খজিক্তং খনজানরিবদি ফি হোংদোক্লশিরা, হোংখিগুমশিরা অসিখক্লি। খন্না খন্না মিংশেল মমাঙদা লেপ্লী। বীজয়ানা খনজে, নুংশিৎ মরক্তা লাকপগী হায়ফেৎ মচোই মচোই তারম্বা শমশিং অসিদি ঙসাইদগীবু হেন্না ফজরমালে। লেক হায়ফেৎ চারকপগী থোৎ থোৎ লাওরবী খজাইদু য়েংলগা খনজে, ঙসাইনা কেদ কেবা অতাক্লে, হৌজিক্লা হেন্নবু নেচরেল ওইরম্মে। ফি হেক হোংগদবদু ঙাইহাক ওৎলৈ পারে তৌদুনা, মিংশেল মমাঙদা চেপথোক চেপসিন লৈথোক লৈসিন তৌদুনা লৈ। অশোয়বা খরা অমুক শেমজিন, অৱাৎপা থরা অমুক হাপচিন তৌদুনা লৈরিঙৈ পুং ৭ খিক্তং হেল্লমলে। কান্নদে চাক থোংদোকউরগে খন্দুনা ফি হোংদোকপা হৌই। ফুবিৎতি, ফুরিৎ অঙাংবসিদি হোংদোক্লরোই। ফিয়ান্দা লৈরিবা মল্লপ তৌরবা ফনেক্তু শেৎনিংদবা অমা ফাওই। উপুদগী ফিদুপফম কায়দ্রিবা ফনেক অঙাংবদু ওইনা শেৎচিল্লি। মিংশেল য়েংলুবদা ঙকশমদা পাওদরনা খজিক্তং নানথোক্লিংবা ফাওই, হায়ফেৎ পারপ্লা থাজিল্লি। ঙকশমগী ফজবা হায়ফেৎ য়েংজৈ। অপিকপা ফি মচা অমা য়ানবোই ইনবোই তৌরদুনা চাকশঙলোমদা চঙখ্রে।

থিদোক্লবা চাকশিংদু মফম চানা চানা থমলম্লগা ফমুং কাদা চংলক্তুনা ঙাইহাক পোথাই। ফমুংদা হিপথদুনা পোথানিংবা ফাওই। অদুবু অমুক হীপচিন্দুনা ফজবা ময়েং তাহন্নিংদ্রে। মোরাদু চিংশিল্লগা ফম্মাংদা ফম্মী। প্রবিনগী গাড়ি মখোল তারকই, পৌরপ তৌবা খোঞ্জেলদু ভাবনা তাজে। "এঃ য়াম ফজেকো" বীজয়ানা নোকফেৎ তৌজগে খনজবা তাঞ্জাদুদা থোঙদা তক তক থীল্লকপা মখোলদুনা নোকপা নংহৌদে। প্রপ প্রপ চেনশিন্দুনা থোঙ হাংদোকই। হেক মায়োক্লবদা প্রবিননা অহানবা য়েংলকপা মিৎয়েংদু পুক্লিং চঙনা য়েংলুই। অদুবু প্রবিননা থোইদোক্লা থৌশাদনা মখুত্তা পায়রক্লিবা হয়েং অয়ুক্কি ব্রেক ফাষ্টকি

অচা-অথক, মনা-মশিং, হৈ-রা, কিহোমসু য়াওই পায়বা থুংবোই থুংদবোই, মখুৎ চনবোই চন্দবোই তৌরদুনা খোংথাং থুরপ থাংদুনা হায়রকই। "ঙসিগি চাক য়াম্না লাম্মে, থবক চিনমনখিদনা চা গ্লাস অমা ফাওবা থক্লবা মতম ফংদবা চাক অমুক্তা হান্না পুথোরকউ ফিরোনগা কোন্না হোংঙগে।" ঙাঙনা ঙাঙন পোৎয়ামদু তেবলদা থনম্লগা বেসিন্দা মখুৎ হাম্বা চৎখি। বীজয়াসু ব্যবহার ওইনা য়াল্লম্বা অপিকপা ফি মচাদু সৎ থনম্লগা চাক লৌথোকপা চৎখি। মবানিমক্কী চাক্তু পুল্লপ পুথোক্তুনা থম্লে। মাঙ মাঙ ওনশিন্নদুনা চাবা য়ানবা শেমদুনা থম্মী হান্না থাল্লম্বা টিউব লাইটকী মঙালদুগী মথক্তা টু হন্ড্রেড ব্রাটকী বল্বতুসু থানগৎলি। বীজয়াগী মিৎয়েংদা ঙাল্লবা মৈঙালদুদা, মাঙদা লৈরিবা সংবান্নবা মচুগী দাইনিং তেবল মথক্তা থল্লিবা চাক্লুক অনিদু ফাওবা ওনথোক্লা ফজরে খল্লুরি। বীজয়ানা হান্না ফমদুনা ঙাইদুনা লৈ। মাগী পুক্লিংনদি প্রবিনগী ব্রাহৈ খর তানিঙবনা খোইরাংবা অমা ইফাও ফাওরি। চাক্তা ঈশিংদা লুপশিল্লুবা ইঙম ঙমদ্রি। প্রবিননা মাইয়োক্লনা হেক ফমথরকপগা ঈশিং য়াউম মচা অমত্তং চিংশিনবগা ইরোইননা বীজয়াদা য়েংলকই, বীজয়াসু প্রবিনদা য়েংলকই। প্রবিননা হৌরপ তৌবা খোনথোক্তা হায়রকই, "চৎথোকপদা লিৎলুবা ফুরিৎতু হল্লকঅদি সৎ হোংদোকপা য়াদ্রো ? অয়ুক ফি নুংদাং ফি খঙদবদুনি ঐনা য়াম্না শাওনিংঙিসি। নচাশিংসু নঙ লৌদনা চৎথোকউরগা মফি হোংদোক্কনি অমত্তা খঙদে। স্কুল হল্লকএ ইউনিফোর্মদুগা অদুম টি. ভি. য়েংঙম্লি, শান্নরম্মী। নোইনমা নচাশিংসে শুকয়েং য়েংনিংদে হায়রিসিনি।" বীজয়া করিমত্তা খুমদে, মিহুনদি তিং তিং চোংলকই। শাওসু শাওনিংই, নোকসু নোক্লিংই। তৌফম খঙদনা প্রবিনদা য়েংলকপদা অমুকসু হায়রকই, "ফি মচা অমা ইনসিনগেসু হায়দে, ফুরিৎনা ঙকসম লাওরপ কোৎচরবা, ফি হায়ফেৎ থাদোকচরদি নোয় মঙায়রেনে ফজবা।" বীজয়ানা, ওন্নরবা ব্রাখলগী লান ময়ামদু থেংনবদা, হৈনিংদ্রবা চিনবান্না খিত্তং ইতন তনথনা নোকখিবদু প্রবিন্না য়েংলগা হায়রকই, "মীনা ঙাংলগা নোক্রেম হাইগ্রেম, মীদি উসিৎত্রেনে।"

প্রবিনগী তাইওন্নবা, কল্লপ তৌবা খোঞ্জেলনা থাবদা নিক্কে তৌরবা বীজয়াগী খোঞ্জেলদু তপ্না ফাথরগা, থেক্কোই নাকোই য়াওদবা চুমদ্রিং চুম্বা খোনথোক্তা বীজয়ানা হায়রকই, "ঐগী ফুরিৎসে পকচবরা হংগেনা থওইনা হোংদোকঅমদ্রিনি, ঐনা হংদ্রিঙৈদা নঙনা হান্না ফজে হায়রক্কদ্রাইনা ঙাইরিবা, হৃজিক ফাও ঙাইরি, কৈদৌসিগে। ফিদো নঙ উদ্রকান্দা শুকইন হেক ইন্দবা, নঙ লৈরকান্দা তিংখৎতনা হেক ইল্লবা, অদুদরা ফজে হায়দোইসে, মতুঙদদি খঙজরনি ওজা।" প্রবিন জ্ঞান খংতা তাবগুম তৌই। বীজয়ানা কেজগে ঙাথরকপদা মানা ব্রাইসিনবীখ্রে খঙলকই। মবান্নিমক তুমিন তুমিন লৈনৈ, ব্রা অমত্তা ঙাঙনদে। বীজয়ানা লুকথদুনা চারম খঙদনা সিক্লি সিক্লি চারিবদু প্রবিননা তুমিন তুমিন য়েংই। বীজয়াদি সুকয়েং য়েংলক্তে। বীজয়াদা মাগী ব্রাখল খংহোং হোংবা উৎপদুসু, হৈনদবোই করিবোই তৌদুনা, খনথরুবদা হায়ফেৎ নোক্লিংবা ফাওরকপা মতৌদু লোৎসিনবা ওইনা মমায় লৈথোকখ্রগা, মখুৎ হাম্বা চৎখিবগী মাইথোংদু বীজয়ানা উহৌই।

তুমফম কাদা প্রবিননা খুদৈনা খুৎ তৈথোক তৈথোক্লা, তপ্লপ্না চঙলক্লিবী বীজয়াদা য়েংলগা নাতোন অমুক্তং শাংনা চিংখৎলগা হায়রকই, "ঙসিগী ইঙ্গ্রাংসি হাওই, থব্রাই য়াওনা থোংবা মাল্লি।" বীজয়ানা তপ্না খুল্লকই, "উম, হাওনি, নুপানা ঙাঙবদা নুপীনা খুম্মী হায়দনা য়াম্না শাওদাই, ঐনা সুকখুম হেক খুম্মমদ্রদি হাওনি।" প্রবিন বীজয়াগী মনাক্তা নক্লা চঙশিল্লকই, বীজয়াবু মুন্না য়েংলগা নোকথোরকই।

বীজয়াগী থম্মোয়না খনজখি - নুপা ওইবগী অকনবা ব্রাহৈতনা, কয়ারক হন্না থম্মোয়বু পোখাফম খঙহন্দ্রবসু, মিকুপ অমত্তং নোকখিবা থম্মোয় মশক খঙবিবা মীনোক্তুদনি পুক্সি চুপ্পা মনাক্তা লৈজনিংলিবা।

---

# নোংথাংনা কুপলকপদা

নোংমা নুমিদাংৱাইরম অমা ইতোমতা হকচিক লাংদুনা থোঙ্গালদা ফমদুনা লৈ। নুপীমচাশিংসিনা ইনাৎকী ফনেকপু অশুক্কি মতিক শেৎনিংদ্রিবসি করিগীনো সুম খল্লুরি। খোংগ্রাওদা, সারিদা, সালৱারদা, ইশম শম্না মকুদা ষ্টেন্দার্ড লেপ্লিবা "মনুং হোরবা মণিপুর নওগী নরাইবক কদোমদনো" কন্না খল্লুরি। লৈকাইগী ইনেবেম্মা অঙৌবীসু লাক্কুনা ইনাক্তা ফম্লে। ইনেবেম্মা অঙৌবী চহি ৬৫ মুক শুরম্লগনি। কলেজ ওজা ওইরম্বদগী পেনশন ফংদুনা পোথারবীনি। মপুরোইবসু অচৌবা লোয়শঙ অমগী ডাইরেক্টর ওইরম্মী। মখোয় অনিমক পেনশন চাদুনা, মতিক চানা মহৈ-মশিং হৈরবা মচা অনিখক্কা নুংঙাই য়াইফনা হিংবা ইমুংনি। খোংগ্রাও শেৎপী নুপীমচা অমা লাপতক্কা চংঙকই। ঐদি খঙই, মখা লৈকাইগী ইঞ্জিনিয়ার জয়চন্দ্রগী মচানুপীনি। ইচানুপীবু টিউশন চৎমিন্ননবা হৌবা লাকপনি। ইনেবেম্মগী মিত্তদি চংলক্লিবী নুপীমচাদু সাইখোম তোম্বগী মচানুপী ওইনা উরুরবা জাৎনি। শকফম খংহন হনজিল্লগা, করেম্নরপ তৌবা মাইথোং উৎলদুনা হায়রকই, - "ইমায়পেম্মা, লাইরা-ইনাকখুনবা লৈত্রেকো যুগ অসে, মীগী মমা মপা ওফিসার ওইবা, সঙ্গ তৌবা, ষ্টেন্দার্ড অৱাংবগী মচাশিংগা চপ হেক মান্নরেনে তৌরিবসে, ফনেক শেৎতৌবা মখোয়না খোংগ্রাওকা শেৎলদনা থাক ৱাংবা ইমুং শারিবা হায়দু ওইরমালেনে। অখঙবা ঐখোয়দি কয়া নোক্লিংলগেসে। সাইখোম তোম্বগী মচানুপীসিবু য়েংঙুনে।" ঐ খঙই, সাইখোম তোম্বা, বজারগী দুকান অমদা ফি য়োনবা য়াওবনি। মহাক্কী নুপীনা ললোনফম ফম্বীনি। ইশম শম্না লায়রবা ইমুংনি। ঐনা খুম্মী, - "সাইখোম তোম্বগী মচা নত্তে, মখা লৈকাইগী ইঞ্জিনিয়ার জয়চন্দ্রগী

মচানুপীনি।" হায়না হায়না নুপীমচাদুনা ঐখোয়গী থোঙ্গাল হেক য়ৌরকপগা ইচানুপীসু খোংগ্রাও শেংতুনা চেনখোরকই। খোংগ্রাও অমমম শেংলদুনা অনিমক চংখ্রে। ইনেবেম্মনা মখোল ফাজিন্দুনা নোক্লগা হায়রকই - "হরে হরে, মিং ফংলকত্রবাইসে শিরম্মোইদ্রদো, তোম্বগী মচা ওইরদি মিং নারেদা হায়গে তৌনি।" ঐ ইনেবেম্মনা ঙাংলিবদু তারিবরা, তাদবরা খঙদে। মখোয় মপাসু থবক তৌদে, ঐসু থবক তৌদে। ইচানুপীসু খোংগ্রাও শেংলি।

ঙসাই মখৈ পুক্লিংদা চমম্লনা খল্লম্বা ৱাখলদুসু নোংথাংমুক ঙান্না মশক উৎলকই।

---



“অবা নুংঙাই বারীসু লীখোক্তে
কল্লা লোকপসু উইহন্দে
উনবা কাইনবগীসু পাওদমদে
খোঁরাংবগী অবাবসু উংখোক্তে
পেনজবগী লোকপসু খঙহন্দে,
ফোংদোক্তবা ঙম্বা উংখোক্তবা ঙম্বা
নঙগী শিংজেল নঙগী খাঙহৈবসিননি
নঙনা ফজবা অসুম হেল্লকিবা।
অনৌ অনৌবা মায়খোংনা
ঐগী পুক্লিংবু শুমহৎশিবা;
তমজানিংঙই নঙগী নতৌ
ওইননবা নুংঙাইবা পুন্সি।
লীনিংবা রারী লীদুনা
তম্লিংবা ইপাও তমদুনা
নুংঙাইবনি খল্লা হিংশিবা,
বারি ঐগী মপোকসিদ্দি।”

রাজকুমারী হেমাবতি